# তত্ত্বরসামৃত সিন্ধু

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে



ভুবনেশ্বর

হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ॥

# তত্ত্বরসামৃত সিন্ধু

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে

ভূবনেশ্বর

হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ।।

তত্ত্বরসামৃত সিন্ধু

নবেম্বর ৩০, ২০০৩
পোইনুগী ৭ নি পানবা, নোংমাইজিং

কপি মশিং ১০০০



অফোংবা ঃ অইবা মশা

মমল ঃ লুপা ৬০/-



লাইরিক ফংফম ঃ **রাজেশ বুক ষ্টোর**
কৈশামপাৎ, গবর্নর মনিং রোড, ইম্ফাল।

**জগৎমাতা বুক ষ্টোর,** কাংজৈবুং মনিং রোড, ইম্ফাল
প্রঃ বিঃ রাজেন শর্ম্মা



নম্ফম — ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, মোইরাংখোম, ইম্ফাল।

তমসোমা সদগময় তমসোমা জ্যোর্গময়
মৃত্যোর্মাহম্‌মৃতম গময় ।

তৃনাদপি সুনী চৈব তরোরপিসহিষ্ণুনা ।
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়াসদাহরি ॥

অপদোদূরগামিচ স্বাক্ষরসনপণ্ডিত ।
অমুখংস্ফুতবক্তাচ যজানাতিন পণ্ডিত ॥

গোমাং সং পতিতং দৃষ্টা খণ্ডং খণ্ডং মহিতলে
শিবাকাকাঃ ন গৃহ্নন্তি গৃহ্নন্তিপণ্ডিতাঃ জনাঃ ॥

ভূবনেশ্বর "ব্রহ্মপুর"

# কচ্চবা

কচ্চরি শ্রীচরন্দা লৌবিয়ুকো শ্রীপাদ কমলনা ।
হাপচরি পাদকমলনি নিংজরিবা ননাইনি ।।
পোকপিরম্বনি ঐ তাকপিরমই হৈ-শিংনবা ।
পাংদবদগী ঙমজহৌদরে লৌশিনবদি লোইনমক ।।
খল্লুবদা মঙাই হৌথ্রবনি পুন্সিসিদি ।
নিঙমদবনা হৌজিক খংদরে লৈফম-চাফম ।।
পারুরগা পাঠ্য পুস্কক কয়ানি হৌজিকসি ।
ঙমলোইদৌরি হোৎনরুবদি মতম অসিদা ।।
মাংজরিবনি মীওইবনা হৌথ্রবদা মতমনা ।
কলকইদা কাওবদি ঙমলোইদৌরিদোসে ।।
তমনিং মতৌদো মীদুগী মী অদুনা ।
সিনিদো সংসার চৎলিবনিদো মাসু মীনি ।।
য়ৌবদি ঙমদরে পম্থুংফমনি মানদি ।
হে ভগবন ! কৌজরিবননি তোল্লবনি ঐদি ।।
কচ্চরি পাদ পদ্মদা লৌবিয়ুকো শেংজবনি থম্মোই ।
অমম্বনি সংসার লৈরিবনি চক্রনি চক্র ।
অমম্বদই ঙানহনবিয়ু মঙান ঐগীসু ।।

"জ্ঞানমেবদ্বিপম"

# ৱা খরদং

লাইরিক পাবা ধর্ম্মগী ওইবা লাইরিক (গ্রন্থ) অসিগা মরি লৈনবা লাইরিক মচা/মচা অসুম পাজরুবদই থেংনজরকপনি মরি লৈনবা ধর্ম্ম গ্রন্থগী ওইবা তত্ত্বশিং অসি উরকপনি। মসিদা ঐনা য়াম্না নুঙাইজরুবা অমদি পুক্নিংদা হরাওজবা অমা পোকলকই/ফাওরকই। অদুগী মতুংইন্না লৈরম্লিবা লোনদি সংস্কৃত, হিন্দি অমসুং বাংলা ভাষানি হাইরিবা লোনশিং অসিদগী মুন্না কুপ্না খংলুদ্রবসু মিৎতাংবা নিংউদ্রবা মীনা মাদুনা চৎপগুম চপচাবা অর্থমক নত্তবসু মৈতৈলোন ইমালোন (মাতৃভাষা) দা অনুবাদ তৌদুনা পুথোকচরুরিবনি পুস্তিকাসি। লোন হাইবসি পুরানশিং পাজরুবদা থেংনজরকপদি পৃথিবী অসিদা "সংস্কৃত' লোন অসিনা পুম্নমক্কি অহানবনি, অহানবা লোন ভাষানি, হাইরিবা, লোন অসিদগী মা-মা গী লোন হাইবদি দেশ-মহাদেশ ইউরোপ জর্ম্মন ফ্রেঞ্চ ইতালী মহাদেশ অসিগী লোন ভাষাদা অনুবাদ তৌদুনা পুখিবা ঙাক্তনি ভারত্তসু, অসিগী মরম ইতিহাস চাওনা লৈখ্রবনি।

লোন হাইবসি ঐ-নং-মা-ইমা-পাপা অহৌবনি, মসিদগী অসুম চাওথোকরকপনি লোন ওইরকপনি। লোন করম্বা মতমদগী হৌখিবনো ? হাইবদা, যুগ ৪ গী, ২শুবা ত্রেতা যুক্তগী হৌখিবনি ঙাংনরকখিবা লোন্নি হাইবা ব্রাফম অসি পুরান্না শাক্কি ওইরি। সংনা পূর্ব্ব ওইবা "কৃ" ধাতুগী মখাদা "ওঁ" প্রত্যায় অসি হাপচিল্লগা 'সংস্কৃ' শব্দ অসি পুথোকখ্রিবনি লোননি পূর্ব্বভাষা পুম্নমককি অহানবা লোন অসি মথক্তদি দেব ভাষানি।

মরম কয়া অসিদগী ধর্ম্মগী ওইবা তত্ব অসিবু "আদ্যোপান্ত" পাঠকশিংনা অমুক্তংদি পাবিনবা নিংশিংজরিবনি । মতাং অসিদা হাইজরিবদি পাবিবদা করিগুম্বা অরানবা যুক্তি প্রমান চাদবা থেংনবিরকপদা চুমথোক্লগা পাবিয়ু অমসুং তাকপিরক্লবসু থোইনা হরাওজগনি । অমুক হন্না হাইজরিবদি হৌবদগী লোইবা ফাওবা অমুক্তংদি পাহঞ্জনিংই । অসিতদি পাঠক পাঠিকাশিংগী মফমদা নোল্লুকচরিবা অসিতনি উদ্দেশ্যদি — ইতি

ভূবনেশ্বর

# নিংশিংজরিবা

ইরৈবাক অসিদা লৈবিরিবা ভদ্রলোগ ভদ্রমহিলাশিংগী মফমদা নিংশিংজরি। লাইরিক ইবা মীনা ই হাইদুনা হেক্তা ইগনি হাইবসি মিনা পংহাই হাইবনি খুৎ খাবা তারবদি য়াম্না লুরনই হেক য়ার্বদি নত্তে। চুম্না ত্রানস্লেসন তৌবদি লুরবসু খরদি অদুম ইনবা ঙমগনি অদু ওইরবসু ঐগী ৱাখলমক হেক ইয়াও য়াওদ্রবসু তাংজবদি অদুম তাংবা তাবনি উপন্যাস ইনৎ নত্তবদা ওইহনবা মনাহনবা থাজহনবা চংলিবনি লুরিবদি অসিনি। থবক তৌবা য়াম্না লুই লুরিবসি খংলবদি লাই খঙননবা হোৎনবা মতম চংই। হৌখ্রবা পৌরানিক ওইবা কয়ানি, লৈরিবনি পারি, অভিধান কয়ানি ভারত রামায়ন রাজর্ষি কয়ানি ৱারিনি লৈরমলিবা ঐতিহাসনি। পার্নরি পুকনিং লৌশিং ওইনরি পাবা তোকপা য়াবনত্তে, তম্বা ঙাক্লসু খংবদি ৱাংলি পাবা নত্তনা, লাইরিক লৈ লাইরিক হাইরগা অদুনা চৎনবা হেক য়াদে সমাজ অমদা চংলুবা মতমদা পাবনা লাকচরকই মফম খুদিং মিতিন খুদিংদা শিংথানরি মীওই কয়ানি খুদম ওইনা আরঃ কুঃ ছলজিৎ সিংহ ৺নিলকান্ত শোনামরি অসিনচিংবা পনবদা মতিক চাই।

হাইনিংলিবদি ঐনা ইজরুরিবা লাইরিক 'পুস্তিকা'' মনিংনা ''তত্ত্বরসামৃতসিন্ধু'' আদ্যোপান্ত অমুক্তং পাবিয়ু পাঠক পাঠিকাশিংগী মফমদা নোলুকচরিবা মতম অদুক য়ামবা কাইথোকপিরুদ্রবসু ঙাইহাক পোথাবা মতমদা অমুক্তং য়েংবা পাবসিতনি নিংশিংজরিবা অসিতনি অমসুং লেখককি লেখনী অসিদি অমনা পাইরবসু অদুম ইবনি অসিগী মগুণতদি ঙাকপিবা।

ইরুরিবা অসি পাঠ্য পুস্তক মচা/মচা খর অসুম পারুবদগী নুঙাইরকপা ইনিংলকপা অমা ঐগীসু ফাওরকই, অদুদগী লৈরমলিবা লোন অদুদগী ঐনা ইমালোন্দা অনুবাদ তৌজবনি আধুনিক নচ্ছদে বৈদিককী ৱানি। মীওইবনা হিংলিঙৈদা তৌগদবা সদাচারগী মরমদা ঙাক ওইনা তৌবা লাইরিকনি। থোইদোকপা ৱাফম অমনা লাইরিক অসিগী মশাদা ৱাহৈ-ৱাত্তা ওনবা বানান লানথিবা তাকপিরকপা হরাওজগনি। ইতি -

ভুবনেশ্বর

# প্রস্তাবনা

"তত্ত্বরসামৃত সিন্ধু" মরুওইগ্রবা ভক্ত বৈষ্ণব সমাজগীদমক্তা ইরকপা পুথোরকপা পুস্তিকানি। কানগ্রবা য়েংলুবদা মথং/মথং মখা করি অমুক য়াওরমখিগদগে হাইরমখিগদগে খল্লমগদরা নিংবা কানগ্রবা লাইরিক অমনি হাইবদা হাইমনলোই নিংই। লাইরিক অসিগী মমিংনা "তত্ত্বরসামৃ সিন্ধু" কৌরিবসি লাইরিক অসিগী মতিক মগুণ হায়বনি হাইবসি হাইনিংই। মতাং অসিদা হাইজনিংলিবা পঞ্জনিংলিবদি পাঠক-পাঠিকা শিংনা অমুক্তংদি আদ্যোপান্ত পাবিয়ু রস অসি খংনা থকপিয়ু, চুপ্পিয়ু হাইজনিংলিবদি অসিতংনি।

ইজরুরিবসি থেংনজরুরিবা খরদং পুথোকচরুরিবা অসিতংদি পাঠকশিংগী মফমদা লাম্ভোকচরিবনি অমসুং পুক্লিং চিংসিঞ্জরিবনি। অদুগা ওসি সমাজ অসিগী পুকৈদা ঐগী সিমতংগা হাপচিঞ্জনিংদুনা লাইরিক মচা অসি পুথোকচরুরে। লাইরিক হাইবসিতবু তম্নবনি অমদি পানবনি হাইদুনা পুথোকপনি/ইরকলিবনি পণ্ডিতশিং অমদি আধুনিক বৈজ্ঞানিকশিংনা মসিমক সিদ্ধান্তনি। বেদ তমলুদ্রবদি নৈনরুদ্রবদি অমসুং য়েংলুদ্রবদি, তারুদ্রবদি কনানবু হেক খংবদি ওইথোক্তে। মিনা তাকপা ঙাক্তনসু খংবদি খর ব্রাৎকনি নিংই।

পুন্নমক্কি অরোইবদা ঐনা হাইজনিংলিবদি লাইরিকগী তাৎপর্য্য মতিক মগুণ অমুক্তংদি "আদ্যোপান্ত" পাহঞ্জনিংবা অসিদি ঐগী পামজবনি অরোইবদা নোল্লুকচরি পুন্নমক্কি মফমদা লাইরিক ইবা পুথোকপা অসিদি মথং/মথং পামজৈ ঙমজবদং পিনবিয়ু হাইজনিংলিবদি। পুন্নমক্কি অরোইবদা হাইজনিংলিবসিমদি লাইরিক পুথোকচরিবসি হৌবদগী লোইবা অমুক্তংদি পাহঞ্জনিংবা অসিতদি ঐগী চেৎলবা ব্রাখন্নি – ইতি

ভূবনেশ্বর

# পাওমত্তং

আকাশগী পাওনি চাও শাংখ্রবা ৱাংখ্রবা উপাম্বি অমা হৌরি মশানা ৪ খক্তা পাল্লি (লোংই) য়াম্লাৱাংই চাওই মনা মহৈ জুম জুমই য়েংবদা য়াম্লা ফজে। ৱাংখিবনা মতোন উবা ফংদে অমুক্তং উবা ফংলবদি মতোন অসে খন্দুনা য়েংবদা ঙক অসি তেক্কদৌই ৱাংখিবগী প্রমাননি। মনা কোরি মচুনি মহৈদি কদম মপানগুম ফজে চারুবদা থুম্বা হাওখিবনা অমৃতনি হাইনৈ চারুবা মীনা তম্বা পাওনি। ফংনদে চাবা ফংলিবা মীদো লাইবক ফৈদা পুন্সিনি অসুম হাইনরিবা উসিগী মহৈনি। ৱাফমদি ভারতদা জম্বু বৃক্ষ অমা হৌই হাইরি "প্লক্ষ"সু কৌই মহাক্কি মমিং ৱাংই চাওই মশা মরেং ফন্দোকখিবনা পাম্বি অদু ঐখোয়গী পাম্বি ওইজরবসু চাবদি ইফং ফংবদা য়ুমলোন কৈরোনবনা য়ুরোপ, আমেরিকা, জম্মু-কাশ্মীর, ফ্রেন্সনা চারিবা মহাও লৈখ্রবা অমৃতগুম্লবা মহৈ ফলনি। কল্পবৃক্ষনি 'প্লক্ষ' অসিগী মহৈ চাবিদি।

কাশ্মীরিনাঃ কর্নাটকাঃ মহাদেশেষুনরনর্য্যাঃ

শৌভাগ্য বতিনাংনৃনাং প্রাক্তকর্ম্মনাংসম্প্রাপ্তা ।।

মরম অসিদগী মীওইবা হাইবসি মফম অফবা পোক্লুরগা পুন্যপুরুষনি হেক্তা হাইবনি, মীদি অমত্তনি খেন্নদে মরোন ইরোন খরদংতগী ৱাতনি। মথক্তা পনখ্রিবা মীশিং অসিসু "ইউপি" মথুরা বৃন্দাবন, হরিদ্বারনা চিংবদা পোক্লুরিবা লাইবক ফরবশিংসে পাপ ক্ষেত্রদা পুন্সি লোমখিবা য়াওদবা নত্তে, পুন্যক্ষেত্রদা পোকলিবা মীসু পূন্য ক্ষেত্রদা কয়া অমা পুন্সিলোইখ্রিবনি অমসুং "ঐ" ব্রজদা শিংজরুনি চৎখিবা কয়ানি কয়া, সিগীসু মথক্তা ব্রজদা পোক্লুরবা সঙ্গদগী ব্রজদা লৈখ্রবা কয়াসু

পুন্সি লোইখিবা কয়ানি । মতম কুইনা ব্রজা শিজরুরনি, নাপি ওইনা হৌজরুরবসু ভাগ্যনি নিংদুনা কয়ানি লৈখ্রিবা লোইখিবা কয়ানি । অসিগী ওন্ন-তৈনবদা পাপক্ষেত্র হাইরদি মশাগী য়ুমদা লাক্কুনা শিখিবা কয়াসু য়াওরিবনি । লাইবক্কী ঐনা নিংবা ঙাক হেক ওইবদি য়াদবনি, সিগী মথক্তা লুরিবদি সঙ্গ অসিনি "কিটোঽপি সুমনসজ্ঞাৎ সতাংশিরো প্রবদ্ধতে" পিক্লবা তিনশিংনা লৈগা তিনরুবদি ঈশ্বর চরন অমসুং সাধুগী কোক্তা কাই হাইরিবনি মরম অসিনা সাজৎ হৈবা সাধু সঙ্গ তৌবা তঙাইফদবনি । অদুগা সঙ্গ হাইবসি য়াম্নসু লুরিবনি সঙ্গনা ফরুরবদি তিনসু ঈশ্বর ফংই, সঙ্গ শোইখ্রবদি নরক তাবদি শোইদে কুকর্ম্মবু হাইবনি, মফম মতম য়েংবা তঙাইফদে সত্যবাদি ওইবা তমগনি ঈশ্বরবু লুনা চান্না নুংশিগনি, ইমানা জন্ম ভূমিনি ইপানা স্মর্গনি দেবতানি খনগদবনি মীওইবা ঐখোয়না থক কাওরোইদবনি ।

## য়াওফম তাকপা ঃ

# তত্বরসামৃত্ত জ্ঞান সিন্ধু

## মঙ্গলাচরনম্

বন্দে গুরুনীশঙক্তানীশ নীশাবতারকান্ ।
তৎপ্রকাশাংশ্চ তচ্ছক্তী: কৃষ্ণ চৈতন্য সংজ্ঞকম ।। ১
বন্দে শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য নিত্যানন্দৌ সহোদিতৌ ।
গৌড়োদয়ে পুষ্পবন্তৌ চিত্রৌ শন্দৌ তমোন্নুদৌ ।। ২
বন্দেঽহং গুরুচৈতন্যাং অজ্ঞান তম: নাশকং ।
নিত্যানন্দা দ্বৈতংবন্দে তৎভক্ত সঙ্গকং ।। ৩
শ্রীকৃষ্ণাখ্যাং নমস্কৃত্য প্রদক্ষিনঞ্চ শ্রীগুরুং ।
অজ্ঞানানাং সুখবোদ্ধার্থং ক্রিয়তে রসামৃতং ।। ৪
অধ্যাপকং শ্রীযুক্তং ব্রজবিহারী দেব শর্ম্মানং ।
কাব্য ব্যাকরণং স্মৃতিতীর্থাখ্যং প্রনমামিসদা ।। ৫
নারায়নং নমস্কৃত্ত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমম্ ।
দেবীং সরস্বতীঞ্চৈব ততোজয়মুদিরয়েৎ ।। ৬
প্রণম্য শিরসাবিষ্ণুং প্রদক্ষিণঞ্চ শ্রীগুরুং ।
অধ্যাপকমতৈনৈব লিখ্যতে ময়া বাঙময়ম্ ।। ৭
অম্বুজাক্ষ্যং অম্বুজাননং অম্বুপাদং অম্বুস্থানং ।
অম্বুহস্তং অম্বুময়ং অম্বুনং প্রণমামিসদা ।। ৮
আদৌ প্রদশিক্ষনং কৃত্বা দ্বিতীয়েচ প্রণামকং ।
তৃতীয়ে অষ্টাঙ্গ প্রণামং চতুর্থে পঞ্চাঙ্গনং ।। ৯

# নোগুণ

নোগুণ পবিত্রনি য়াম্না শেংবা যজ্ঞশ্রেনীদগী পুথোক্লকপা অসিগী মমিং য়াম্না শেংব ওইবনা মহাক্কি মমিং পবিত্র কৌরিবনি প্রমানং –

যথা –ব্রহ্মনা নির্ম্মিতং সূত্রং বিষ্ণুগ্রন্থিসমন্বিতং।

নিবেদয়ামি জুষানেদং পবিত্রং হরিরোঁহরি ॥

হায়রিবা নোগুণ পবিত্র অসি দ্বিজাতিশিংনা করিগুম্বদা থাদোকপা য়াদবনি থাদোকলোইদবনি। সুপথা থাদোক্লোইদবা য়াম্না কান্নখ্রবা মরু ওইখ্রবা পোৎ অমনি "ক্ষনমপিমাত্যজেৎ" য়াম্না মরুওইখ্রবাপোৎ অমনি মসে প্রমানদি খরদং পুথোকচরিবা তোঙানব কান্নবগী ৱাফম খরদং, মী ওইরিবা ঐখোয় অসিনা দেশ-বিদেশ কয়া কোইনা চৎলি, মতম অকক্লবা করিগুম্বদসু মতম য়েংদনা থবক অদুগী মতুংইন্না ৫ নত্রগা ১০ নি সু ওইবা য়াই। মতম অদুক্কি খংদব মখৈ চৎলিবসু কয়ানি, থোক্লু থোকলুবনি, ঙসি হয়েংনি হাইবদা ঙমদব কয়াসু লৈরিবনি। লম্বি চৎপদা লম মাংনবা, চৎতবদি য়াদব ইতোমতসু চৎলিবনি মীওইবগী লাইবক হাইবঙম্বা নত্তে, লম্মাংনবা কয়ামসু য়াওরিবনি। চৎত্তনা লৈথোকপদি য়াদে থুংফম থিগনি, কদাইদা লৈগনি কনাগী মফমদা য়ারেক্কনি, লম্বি লমহাং শা-কৈগী মরমনি, মীওইবা হাইবসিগী খোংচত্তা "মৃত্যুনা পদেপদে অনুগম্যতে" হাইরিবনি, নুঙাইবা ঙাক খল্লুবদি লানগনি। করিগুম্বদা য়ুমদগী হেন্না নুঙাইবা মফমসু লৈতবা নত্তে মখল কয়া কয়ানি।

খুদোংচাদবা হাইববু নাইতোম চৎলিবনি তাঞ্জা চাদ্রবদি, নাইতোম মীওইবা কনানা খংবা ঙমগনি শিবদি শোইদে লংফৈনি ইতোমতনি। থেংনবা মীনা শোইদনা য়েংগনি হিন্দুরা-মুস্লীমলা নাগারা মসিবু হাইনা মথং মথং য়েংলকপদা উরিক য়াওই শিখা থাকই, নাগাসু মৈতৈসু শিখাদি লোইনা থাকই। কনানো মসিবু য়েংলকপদা নোগুণ থেংনরবদগী মৈতৈ

হিন্দু অশেংবনি খংলদুন সংস্কার তৌই হাইবা পুরাতন ওইখ্রবা ৱারি লৈরিবনি। নোগুণগী মতিক মগুণ কয়াদা চাওখ্রবনো শেংখ্রবনি পবিত্রনি নোগুণনা মরম ওইদুনা সংস্কার মৈ থাই, কয়াগী মতিক মগুণ লৈখ্রবা নোগুণনো "যজ্ঞে জাতং পবিত্রং" নোগুণ নি।

নোগুণগী অধিকার ওইরিবসি ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিয় বৈশ্যনি সূদ্র নোগুণগী অধিকার ওইদরে। ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিয় বৈশ্য অহুম অসিগী অধিকারনি হাইবা অসিদি লেংদ্রবা ৱাফম অমা ওইরিবনি। মরম অসিনা মখোয় অহুম অসিগী মমিংবু দ্বিজাতী কৌরিবনি। খুদমদি মাতৃ গর্ভদগী অমুক পোকই। মথংদা অমুক যজ্ঞশ্রেনীদগী অমুক পোকই, মরম অসিদগী হাইরিবা বর্ণ ৩ অসিবু[১] দ্বিজাতী কৌরিবনি খংনরিবনি।

নোগুণ হাইবা লং পবিত্র অসিগী মরমদা খজিক্তং পঞ্জনিংবা মচা অমখক্কি মমিংনি। মচা অমা অসিদা লং ৩x৩=৯ অসিনা তাশিলগা অমত্তা ওইবা অদুবু নোগুণ কৌরিবনি খংনরিবনি। জাতি অহুম অসিগী অধিকার ওইবনা "দ্বে পবিত্রে সদা ধার্য্যে সর্ব্বেষামেবধর্ম্মত:" হায়রিবনি। জাতি অহুম অসিগী মনুংদা ব্রাহ্মন্না অমা হেন্না থাংলিবগী মরমদি অসিনি "বিষ্ণুসেবায়, পূজাকর্ম্মনে" অসিগীদমক্তনি ব্রাহ্মন্না(বামোন্না) সেবাদা পূজাকান্দ ফি অমা শেৎ অমা ইনগনি হাইবনি, ফি অদু করিগুম্বা অভাব ওইরবদি অদুগীদমক্তা পবিত্র অমা হেল্লিবনি।

নোগুণ লংগী বিচারদা ব্রাহ্মণগীদমক্তদি লশিংদগী থোকপা লং ওইগনি হাইরি। সূদগী পুথোকপা লংনা ক্ষেত্রিয়গী ওইগনি। অমসুং য়াওমতুদগী পুথোকপা লংনা বৈশ্য জাতিগী নোগুণ ওইগনি হাইরি। হাইরিবা নোগুণ অসি লংজা ৩x৩=৯ না তিন্বা লং ৯ অসিগা অমত্তা ওইনা তাসিন্নবু নোগুণ ওইরিবনি।

---

১ মীওইবগী য়া য়ারিদা তোংদুনা হৌবিবা শাইননবা চিক্লবা অসিবু "য়া" কৌই, অসিবুসু দ্বিজাতী তৌরিবনি, মরমদি অহানবা হৌবা য়া লোইনা তেকখ্রগা অমুক লোইনা মহুৎ শিল্লিবা হৌরকলিবা য়া অসিবুসু "দ্বিজাতি" কৌই হাইবা বেদগী ৱা প্রমান কয়া লৈরিবনি।

প্রমানং-কার্পাসমুপবীতং স্যাৎবিপ্রস্যোর্দ্ধবৃতং ত্রিবৃৎ।
শনসূত্রময়ং রাজ্ঞ্যং বৈশ্য স্যাদ্‌বিকসৌত্রিকম্ ॥

নোগুণ লং অসি কন্যা ওইবীশিংতনা পুথোকপনা অথোইবনি। অসিগী মনুংদা ব্রাহ্মণী বিপ্রকন্যানন অমুক হেলিবনি বিষ্যেশ্যনি হাইরি।

প্রমানং– "সামান্য ধর্ম্মত: বিষ্যেশেনবলবান' ইতি

থোইদোকপা ৱাফমদি বিপ্রকন্যা হাইবসি লক্ষন কয়াম লৈরি মদুদি রজস্বলা ওইদ্রিবী দিক্ষা ফংলবীবু কন্যানি। অসিগুম্বা বিপ্র কন্যানা লশিংদগী নাইরগা চিংলগা পুথোকপা লং অদুনা নোগুণ পবিত্র অদুনা নোগুণ ওইবা ফরিবনি, ধর্ম্ম-অর্থ-কাম (মোক্ষ) ফংলিবনি – যথা –

কার্পাস সম্ভবং সূত্রং ধর্ম্ম কামার্থ মোক্ষদম্।
তচ্চবিপ্রেন্দ্রকন্যয়া নির্ম্মিতঞ্চসুশোভনম্ ॥

## (১) অহানবদা

অহানবদা দীক্ষা গুরু অমদি শিক্ষা গুরু পুম্নমকপু খুরুমজরি। শ্রীরূপ অমসুং সনাতন ভট্টরঘুনাথ, শ্রীজীব গোপালভট্টদাস রঘুনাথ ভগবত ভক্ত প্রধান শ্রীবাস পাদপদ্মদা খুরুমজরি। অদ্বৈত আচার্য্য ভগবতঅংশ নি প্রভু মিংথোন ফংবনি খুরুমজরি। শ্রী নিত্যানন্দ প্রভুগী স্বরূপ প্রকাশনি খুরুমজরি। গদাধরনচিংবা পণ্ডিত প্রভুগী শক্তিনা তিনবনি খুরুমজরি। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু স্বয়ং ভগবাননি পাদপদ্মদা চংজরি খুরুমজরি। গুরু কৃষ্ণ অমত্তনি শাস্ত্রনা প্রমান তৌরিবনি খুরুমজরি। গুরুগী মশক ওইবা ভক্ত পুম্নমক খুরুমজরি। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী পাদপদ্মবু হন্ন-হন্না খুরুমজরি শ্রীচরনদাসনি ঐদি তোলবনি চংজরিবনি।

---

# অহানবা শরুক

# প্রথমকল্প

## ভ্রমজ্ঞান বর্ণনা।

## (ঐ কনানো ঐ অসি কনাগীনো)

সাধু ওইবা বৈষ্ণব ওইবশিংগী চরনবু খুরুমজরগা, ভ্রমজ্ঞান্না করি হাইগনি করি তৌবা ঙমগনি। জ্ঞান ফংননবগীদমক হোৎনগনি চংজগনি দিক্ষা গুরুগী মফমদা। আত্ম জ্ঞান্না অথোইবনি হাইরিবনি মুনিশিংনা চাওরবা জীবদি কর্ম্মগী মখা পোন্দুনা লৈ। শিরমদাই ফাওবা মশাগী দোষ তত্ত্ব খংদ্রি। মবম অসিনা নানা শ্রাস্ত্র য়েংবতাই থিবতাই, হংবা তাই, খংবা তাই, ভ্রম জ্ঞান্না করিসু তৌবা ঙমলোই। ভোজবাজীগী মত অরেম্বনি কানদবনি। অরেম্বদা কপলি ঐগী ঐগী, ঐ অসি কনাগীনো বিচার খক তৌদে। মায়াচক্রদা পুল্লগা লৈরিয়ে জীবগী জীবন য়েংউ ঈশিংদা নুংশেন্দা উগনি প্রতিবিম্ব মীনি ঐগী ইমীনি। মসি অমুক লৈ অমুক লৈতে কদাইদনো চৎলিবা॥ তৃনকাষ্ঠ খর পুরকই হাপচিললি মৈদা চাকখরে লোইনা করি লৈহৌরি। য়ুমনি হাইরির্বনি পৃথি অসিদা মিথ্যানি ওইবনি মুন্না বিচার তৌগনি। পোৎ পুন্নমক য়ুমদা থল্লে পোৎশিং অদু করিনো খংদবনি। মিথ্যাবু ওইদববু অওইবনি খল্লি মীওইবা। ময়াই কাবনি ঙাওরিবনি জীবনি মীওইবা। য়ুমগী মশক ওইবা দেহনি য়েংশিনবা কান্নগনি। মখল মখা অয়াম্বা পোৎনি। ভগবৎ কৃপানী দেহগী মনুংদনি। নিশ্বাস প্রশ্বাস স্বর হোন্দোক হোঞ্জিন নুংশিৎনা পুরি চৎলি। অমুক চৎখ্রবদি অমুক লৈত্রবনি। ব্রহ্মানচিংবা দেবতান পিব ঙমদে আয়ু। জীবনা শিখ্রবদা উথিদরে মিংনা, মায়াদ লুপখ্রবনি অরেম্বনি মিথ্যানি। কুইনা য়েংলবসু

উবা ঙম্লরোই মিৎ অসিনা অরেম্বদা ভাবনা দলান শারিবনি। অসিগুম্বা রস অসি অঙাং ওইরিঁঙৈদগী হৌগদৌবনি। অসিগুম্বা ব্রাখল লৈতবনা অহল ওইরবা ফাওবদা যুবাকাল মথোৎ কারকপদা অরেম্বদা মতম মাংহললি শেৎপদা চাবদা নুঙাইথোকই, অহল ওইরকলবদি শম মুরম্বা ঙৌরকই য়াতেকই পাঙ্গল শোঙ্করকই করিসু তৌবা ঙমদে। ঈশ্বর নিংদরে অভ্যাস লৈহৌদবনা। য়ারিঁঙৈ মতমদদি ভার্য্যা পুত্রগা লোইননা নুঙাইথোকই কিশোর অবস্থা পাঙ্গল কল্লিঁঙৈদা নোমগনি লনতানগনি পুম্নমক অসিদগী মতম য়েংলগা হরি নিঙ্গনি কাওরোইদবনি নিংগদবদি হরি মাদনি। ইন্দ্রিয়সিনা শোঙ্করক্লবদা নোংমদি শোইদনা শিরগনি। অসুম তৌদুনা মতম অসি হৌখ্রিবনি মতম কাল শূন্যনি অহাংবনি। জীবগী দেহ লৈরমই মতম কয়ানি চৎখ্রবদি হল্লক্লে অমম্বদা ঙাওরিবা জীব হলক্রুবনি। মীওইবনা নুঙাইবগী খনবদা লন থুম কয়া তানসিলি, কৈদৌঙৈনো নুঙাইগদবা খল্লি ব্রাখন চিন্তানি অপাম্বনা খুদুম চনবা মী করি তৌগনি খঙদরে অরোইবা মতমদদি শিরবনি মহাক। চাংদমনিঙাই লৈতবা ঐশ্বর্য্য করিগুম্বদা ফংবনি ভাগ্যানা। পুম্নমক অসি থাদোকই নারায়নতবু নিংগনি তৌগনি। শিরবদা আছাগী মতুংইন্না লাপনা চৎলি। আছাগী ফল য়েংসি হৌজিক। বিজ্ঞানিশিংনা শাস্ত্রদা মসিবু বর্ণনা তৌই। মীওইবগী আশানা যমপাদ ফংই, যমরাজন খলি ইন্দ্রীয় পামই, দেব রাজনা পেলবদি ব্রহ্মপদফংই। ব্রহ্মানা পামই বিষ্ণুপদবু থোইনা পামই। য়েংসি আশাগী ঙমখৈ করিগুম্বদা লৈতে। আশা বৃক্ষ করিগুম্বদা ককথৎলি। আশান বৈতরনি নদী লাম্বা য়াদে। পূন্যবান ওইবা মীদি বৈতরননী লাম্ভোকই। আশাগী নদী লোইবা নাইদে। আয়ু লৈতবা মীনা খনবদা লোইবা নাইদে। মসিবু অঙাওবদা হেন্না ঙাওরিবনি। ভ্রমজ্ঞান বর্ণনা তৌবা মতিক চাদে। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য পাদপদ্ম পুক্লিং চংনা নিংশি। অসুম্না খন্দুনা হাইজরি শ্রীচরন দাসনা — ইতি

---

# দ্বিতীয়কল্প

## বৃথামান বৃথা অহঙ্কার

অনিত্যানি শরীরানি বিভবৌনৈবশারত।
নিত্যংসন্নিহিতো মৃত্যুঃ কর্ত্তব্যোধর্ম্ম সঞ্চয় ॥

সত্য, ত্রেতা, অমুক য়েংলসি দ্বাপুর যুগ অসিদা। আয়ু নির্দ্ধারিত খনগত্তুনা শ্রাস্ত্রদা হাইরি। তৌইগুম্বসুং কলি অসিদা আয়ুগী পরিমান লৈতে, অঙাং পোকপদা ঙাইরিবা খর মতম হিংলবা যুবা শিরিবনি গর্ভদা লৈবা অঙাংসু শিরিদা যত্য যুক্তা দেহদা লৈরিবনি প্রান (থৱাই)। ত্রেতাযুক্তা প্রান শরুদা পক্কুনা লৈ হাইরি। দ্বাপর যুক্তদি চর্ম্ম গতপ্রানন হকচাং শরীরদা লৈ প্রান। ইহকলিযুগ অসিদদি অন্নগত প্রান চানব চাক অসিদা প্রান (থৱাই) লৈরিবনি। মরম অসিনা ধন-মন অহঙ্কার পুম্নমক থাদোকউ। লেংদন লৈবা জীবদা নাপন তৌগনু। কলিগী মতম অসিদা মীওইবগী জীব আয়ু চহি ১০০ তনি হাইরি। অদু ওইরবদি মপাগী মাংদা মচা শিরিবা করিগীনো ? ভাগ্যনা চহি ১০০ আয়ুনি হাইরি, অরেম্বদা মায়া মোহননা মতম কয়া অমা হৌথ্রবনি। জীবনা তুম্বদা পুন্সি তংখাই হৌখরে।

মতৌ অসুম্না পঞ্চাশবর্ষ চহি ৫০ গী মতম হৌখ্রবনি। হাইরিসিগী মনুংদা অঙাং ওইরিঙৈদা চহি ১০ অমা খংহৌদবনি। মথংদা অমুকসু চহি ১০ অমনা অমুক নুপি অঙাং য়োকথাকপদা হৌথ্রবা মতমনি। অরোইবা চহি ১২ না অহন ওইশিল্লকপা, শোঙ্থরকপা, হাইনা হাইনা আয়ু পুন্সি নুমিৎ তাবগুম তাখরে মাংখরে। পাপন মপুং ফারবা মায়া জাল অসিদা অরেম্বদা অভিমান অমদি নাপন অহাঙ্কারনি। অমদি লন-থুম সনা লুপা শাগে অসিদা অরেম্বদা নাপন কয়ানি তৌরিবা। ৱারিবা

অমদি নিচজাতিশিংগী মফমদা থওইদবা, লন থুম খর ফংলগা নাপন তৌবসি মীওইবগী খরদি মতৌই। তৌইগুম্বসুং দেহদা লৈরিবা থৱাই প্রানদি অমত্তনি। অনেম-অৱাং চপ মান্নে শ্মশানবু য়ৌখ্রবদি। মরন লৈবা অফবা শাগৈদা পোকপা খাইদে অমত্তনি। অতোনবা অৱাবগী অসিগুম্বা আচার লাইরবা অতোনবা পুম্নমক মতম্না লাক্লবদা কনাসু লৈহৌদে লোইনা শিরিবনি। শিকখিনি অসুম্না মহারাজদা মতম অদু লাক্লে। লাইরবা কয়ানা চিন্তা কয়া তৌরিবনিদো মরন লৈবা পুম্নমকনা মতম পুম্নমক্তা মরন অদুত্তা খল্লি। শাগৈ জাৎ অফবদা পোকপা মীনা শাগৈ অদুদা অভিমান। হুরানবনা হুরুরবা লন থুম অদুদা পুক্লিং চংলি। মতৌ অসুম্না মীওইবা হাইবসি আছান পুলিবনি। মায়ানা পুম্বজীবনা মায়াদা ঙাওরি। মী অমা শিবদা কপলি কয়ানা, শিরিবা অদুগী ৱাখন হেক্তা থাদোক্তে কদাইদা চৎখরে জীব কদাইদা লৈবা, অসুম্না মীওইবা মায়ানা শুমহৎলিবনি। হিংসা নিন্দা পরচর্চা অতোপদা চর্চা ফোংদোকপা অহঙ্কার, ময়ানঙাওদুনা ভেদাভেদ মখল কয়ানি সংসার অসিদা। ফংঙমদবা মনুষ্য ফংবদা করিনো তৌরিবা চুরাশীলক্ষযোনিদা কোইনা চৎলগা, মনুষ্যকুলদা পোক্লরে লাক্লুনা। গর্ভগী যন্ত্রনাদি অমুক করি হাইগনি। জঠর যন্ত্রনাদা কয়া ৱানা খাংলিবা। কৃমিটিম্নি মলমুত্র মরক্তা কয়া ৱারিবা, মতম পুম্নক্তা শরীরদা অৱাবা পিবি। অসুম্না অৱাবা ভোগ তৌদুনা, মথং মথং চৌরাশীলক্ষদা কোইনা চৎলি। মুম্না মুন্না সাধু ওইনা পুক্লিং চংনা চৌরাশী যোনিগী বর্ণনা মতাং অসিৱাই লোইবনি ॥

---

# তৃতীয়কল্প

## চুরাশীলক্ষযোনিদা কোইনা চৎপা

স্থাবব ত্রিংশল্লক্ষশ্চ জলয়োনর্বলক্ষক ঃ

কৃমিরোদশলক্ষশ্চ রুদ্রলক্ষশ্চ পক্ষির্ণো

পশোবো বিংশলক্ষশ্চ চতুর্লক্ষস্তু মানব ।

এতেষু ভ্রমনং কৃত্বা ভ্রদ্বি জন্ব মুপজায়তে।

মনুষা দুর্ল্লভং জন্ম মদিস্যাৎ কৃষ্ণসাধকঃ ।।

(মসিমক শ্রীমদ্ভাগবত্তা দশমস্কগী প্রথম অধ্যায়দা শুকদেবগী মফমদা পরিক্ষীতনা হাইবনি নিবর্ত্ত্যগী স্বরূপ ওইনা লাক্লিবা অসুম্মা শ্লোক অসিগী ব্যাখ্যাদা গোস্বামীনা হাইখিবনি) ।

পুরান্নচিংবশাস্ত্রদা মসিমক হাইদুনা বর্ণনা তৌরি । মুন্না তারো চুরাশী লক্ষযোলিগী ৱিররন । ত্রিলক্ষবার হন্না হন্না বৃক্ষ যোনিদা পোকলিবনি । মসিদা অৱাবা কয়া খাংই লোইবা লৈতনা । নুংশাগী মৈশা বৃষ্টিগী ধারা কয়ানি কয়া । কল্লবা নুংশিৎকি শাফুনা মশা কয়া থুদেকই । কনানা ককথত্তুনা লৈমাইদা থাদে অৱা-নুঙাইগী ৱাখল খংদ্রবনি । চিংথক্তা হৌবা অচৌবা উ পাম্বি কয়ানা চহি লিশিং কয়া লেংদনা হিংলি, ত্রিংশ লক্ষবার যোনিদা কোইনা চৎলি । যুগ কয়া কয়া কোইনা মথং মথং কোইনা চৎলগা । অসিগী মতুংদা ঈশিংদা লৈবা জীবদা অমুক পোকই । ঙাগী মশক থেঙ্গু ঈশিংনা মরম ওইবা জীবদা পোকফম লৌই । মখুৎ পান্দে মখোং পান্দে দেহদি পিকই চাওই । অসুম্মা নবলক্ষবার হন্না হন্না পোকলিবনি । ৱা অসি মুন্না তারসি জীবনা কয়াগী মতিক ৱানা ৱানা পোকলিবা, জীবাত্মা ভেদাভেদগী বিচার করিসু তৌদে, গর্ভ অমদা মহাক্লি

মচা কয়া পোকই। মাংস অমা অতোপ্পা কয়াবু চাদুনা প্রান বক্ষা তৌরি অয়িংঅছা খাইদে হিংসাদা পুক্নিং চংই। ঘর বাড়ী য়ুম লৈফমগী অরোইবা খংদে লৈরুবা থেংনবা মফমদা য়ুমনি। অসুম্না নবলক্ষবারনি জীবনা কোইনা চৎলিবা অসিগী মতুংদা কৃমি যোনিদা অমুক পোকই। শতলক্ষবার কোইনা চৎলি, ১০০/১০০, ১০০০/১০০০ লক মখল কয়াগী মশক লৌদুনা জীবনা লৈ। ইন্দ্রিয় য়াওদবা য়াম্না নোইচাওবা, অৱা নুঙাইগী ভাব লৈতবা। পোকপু পোকলবদি অপাম অপাম্বা বিষ্ঠা গর্ত্তদসু লুপ্তুনা নুঙাইনা শানরি। মলমুত্র নমথিবা মফমদা কৃমি ওইবা পোকই মফম অদুদা কৃমি ওইনা দশলক্ষবাব কোইনা হিংলি। একাদশলক্ষপক্ষী ওইনা উচোক ওইনা ভোগ কযাসু তৌদুনা হিংলি। নুংশাগী মৈশা নোংগী অয়িংবা ঈশিংগা লোইননা হাইবা ঙমদে কনানা। য়ুম ইংখোন লৈতে উশাদা য়ারেকই। মতম মতমগী ওইবা অফংবা চাই। গর্ভদা মরুম ওইনা উগী উশাদা। কয়াদা ৱানা মচা-মশু যোকলিবা। মশানদি চাদে অতোপ্পনা চাথোকই। পাইথোকখ্রগা অমুক মফমদুদা লাকখিদরে। মমা-মপা মফম মফমদা পাইখরে চৎখরে। মশাগী চাননবগীদমক মফম কয়া কয়াদা চৎখি পাইখি। লাইগী নোংদমদগী পোকই কাক গৃহিনী ওইনা মতম কয়া হিংলমই পৃথিবী অসিদা। একাদশলক্ষ যুগ কোইনা চৎলি পশু যোনিদা। পক্ষিদুনা অমুক অৱাবা কয়া খাংই অয়িং অশা জীবগী থৌদাংনি। প্রানী অমনা অমবু চাথোকই নাপি চাদুনা হিংবসু কয়ানি।

মশাগী কানবদা য়েংবা মীসু শাগী মওং কয়ানি। শা ওইনা ষন-ইরোই অচৌবা অরুম্বা পোং মবেংদা পুই কয়া অৱাবা খাংই করি হাইবা ঙমদে। অহিং নুংথিল মথি-ময়ুং মরক্তা য়ারেকই। শামুগী যোনীদা পোকই চাই কয়া অৱাবা খাংই। অসুম্না অৱাবা কয়াগা লোইননা বহুযোনিদা অতৎ-অখম লৈতনা কোইনা চৎলি জীবনা অসুম্না মথং মথং লাকপনা গোযোনী য়ৌরকপদদি অমুক হন্না পশুযোনীদা অমুক চৎলরোই।

অসিগী মথংদাদ গোযোনী থাদোক্লগা মনুষ্য যৌনীদা পোকলগনি। মানবা চারিলক্ষাবার হন্না হন্না পোকখিগনি। কয়া পাকসন্না বনমানুষ ওইনা কোইনা চৎলি শাগা মাননবা অহার কয়া কয়া চাথোকই জ্ঞান লৈতে বন্দা লৈবা জীব কয়াসু চাথোকই। বিজাতিনি হাই মহাক্লা। মথংদদি পাহারিয়া জাতি ওইনা পোকত্রে। নাগা-কুকি-সাওঅলি অসিনাচিংবা মমিং। পুন্নমক বিজাতীয়নি অসিগী মনুংদা শিংথানবিবদি পুক্লিং নুঙাইনা চাব-চাদবা পোকই কয়াম অতোনবা মপোক্তা। হুই চাবা শেংদবা অসিনচিংবা শিংথাবা ঙমদে। দেব-ধর্ম্ম করিসু খংদে হিংসাদা পুক্লিং চংলিবনি ফত্তবা থবক মদ্য পান তৌবা চাব-চাদবা। অসিগী মথংদদি শুদ্ধকুলদা পোকই। অদুমক কর্ম্মগী মতুং ইন্না অপান্না ভোগ তৌই। কনানা মখোং তেকপা কনানা মমিংতাবা মনাপংবা। নপুংশক ওইন মবোন খোক্তদা কয়ানি, অসিগীসু মথক্তা মানা মানা তৌখিবা কর্ম্মনা ওইরকপনি কাওথোক্তুনা ইঞ্জিন্দুনা লাইদা শাউবসু কয়ানি কয়া।

কনাগুম্না ফত্তলা কয়াগী মনুংদা অফবা সৎকর্ম্মা তৌবসু কয়ানি অসিগী মতুংদা জাতি ওইনা পোক্লে। কর্ম্মগী মতুংইন্না ভোগ তৌরি। মমৈথংদা ব্রহ্মকুলদা পোক্লরে। অথোইবা মপোক ব্রাহ্মণ জন্মনি মহাক্কি কর্ম্মনা ফংবনি। ব্রাহ্মণ ওইরবসু উপনয়ণ তৌদ্রবদি শুদ্রগা মান্নৈ খংউ অশেংবনি। যজ্ঞ উপবীত (লোগুন) থাংবনা দ্বিজাতী কৌবিবনি। বেদ বিদ্যা শিক্ষা তৌরিবসি বিপ্রগী ফজবা মিংনি। ব্রহ্মজ্ঞান ফংলবদি ব্রাহ্মণ ওইরবনি। নওক্লো পান্নবদি আত্মাজ্ঞান ফংগনি। আত্মাজ্ঞান ফংলবদি ব্রাহ্মণ কুলদা শোইদনা পোক্কনি। অমুক হন্না চুড়াশীলক্ষ যোনিগী লম্বিদা কোইনা চৎপা, হন্না হন্না পোকপা কয়া অৱাবসি ফংলবনি। ব্রহ্মজ্ঞান ফংনবা চংজসি শ্রীচরন্দা শ্রীচরনদাসনা হাইরি অসি নত্রবদি উপায় অমা লৈতে ইতি।

---

# চতুর্থ কল্প

## মীওইনা পোকপা জীব করম্না ধন্যনো ?

উত্তম জন্ম সংপ্রাপ্তে আত্মনাং যোন তারয়েৎ ।
স নরশ্চাত্ম ঘাতী স্যাৎ পুনব্যাসতি যাতনাম্ ॥

(ইতি কর্ম্মবিপাকে)

অফবা শাগৈদা পোকপা করম্না অফবা ওইরিবনি ? ব্রহ্মজ্ঞান য়াওদ্রবদি শূদ্রগা মান্নে। মনুষ্য মীওইবা মপোক ওইনবা লক্ষবার হন্না হন্না হোৎনরিবনি। অসি খন্দুনা মিথ্যাগী আছানা তৌরিবসি য়েংসি কলি অসিদা। লক্ষ মরিরক হন্না পোকলিবনি পুর্ব্বকালদা। উপ-তপ-জাতি ধর্ম্মনা জাতি গুণ ঙাকলি কলি কান অসিদি থাদোকখরে পুন্নমক অসিনা মরম ওইদুনা অৱাবা কয়া মীওইবনা ফংলি। অমুক হন্না মনুষ্য জন্ম ফংলবদা।

সাধু ওইবা ফরবনি মীওই মপোক্তা, মীওইবা মপোক ফংঙমদ্রবনি করি অমুক হাইরুগনি। কনাগী মপা কনাগী মমা, কনাগী মচা কপনরি লাওনরিবনি। মীৎ অসি হেক উইশিনখিবদা পুন্নমক মমলিবনি। মীওইবগী মপোক ঈশ্বরনা পিবনি। অসুম্বা মপোক মনুষ্য জন্ম অরেম্বদা মাংলি।

নিষ্পদ ঃ পদচিন্তসী বাক্যচিন্ত চতুষ্পতি।
দেবৈর্ম্মানব চিন্তসী মানবে কি করিষ্যসি ॥

দেবতাশিংনা পামই মিহৌই মানব দেহ। মী ওইরগা করিগী চৎলি চুরাশী যোনিদা। মীওইবগী ব্রহ্মজ্ঞান করিসু ওইখিদরে। মদু খংই জ্ঞানী ওইবা মীনা কৃষ্ণ নিংবনি। শ্রীকৃষ্ণ নিংবা নত্তনা করি গতি লৈগনি।

শ্রীকৃষ্ণগী পাদ পদ্মবু মতম চুপদা কাওগনু। জীবগী স্বভাব মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণদাস ওইয়ু মতম পুম্নমক্তা কাওরোইদবনি। শ্রীকৃষ্ণ ভজন তৌবা নত্তনা জীবনা মুক্তি ফংলোইদবনি। আত্মা জ্ঞান পামই সাধুনা জীব মুক্তি ওইনবা। জীবনা মুক্তি ওইরবদি কৃষ্ণ পাদ ফংই। নত্রবদি মীওই মপোক কানদরে। মরম অসিদগী তারো সাধু অতোনবগী ব্রানি। শাস্ত্রগী মত্তা থবক তৌ নত্রবদি অমাংবনি জয় জয় গৌরচন্দ্রগী জীবন। কৃপা তৌবি খাংবা কনবা দোষ লৈতবা মন অসিনা গোরাচাঁদগী পাদ পদ্ম হৃদিদা চেৎনা থমগনি। অসিগুম্বা প্রবন্ধ হাইজরিবনি শ্রীচরন দাসনা নিংজবনি কাওবথক লৈতে ইতি –

**মতাং অসিদা ১বা শরুককি ভ্রমজ্ঞান বর্ননা লোইরে।**

---

# দ্বিতীয় খণ্ড

## ১ কল্প

### অসিগী মতুংদা কর্ম্ম জ্ঞান বর্ননা তৌরি।

## ব্রত, পূজা অমসুং প্রায়শ্চিত্তনচিংবগী ফল হাইরি।

"ওঁ কারশ্চান্ধকারঃ স্যাৎ রুকারস্তেজউচ্যতে।
অজ্ঞান ধ্বসকং ব্রহ্ম গুরুরেব ন সংশর ঃ" ॥

"গু" শব্দ অসি অন্ধকাব অমম্ব হাইবনি "রু" শব্দনা তেজমণ্ডান হাইবনি। খংদবগী অমম্ববু মাংহল্লিবা ব্রহ্মতেজনি। মরম অসিনা গুরু পাদদা খুরুমউ। কর্ম্ম জ্ঞানগী ফল কবিসু বর্ণনা তৌরুন্। রা অসি মুন্না তারো সাধুশিংগী মরুওইবা ৱানি। শ্রীকৃষ্ণ ভজন নত্তবা কর্ম্ম অরেম্বনি। কর্ম্মজ্ঞান্দা জীববু পুল্লোইদবনি। জীবন্মুক্তি পাম্না মীনা কর্ম্মা কয়া তৌরি ভক্ত ওইনা। কর্ম্ম জ্ঞান্দ পোকপা শিব নাইদে। শোইদনা চুরাশীলক্ষ হন্না হন্না কোইবিবনি। কর্ম্ম মার্গগী ফল ভোগ ফংগনি। গর্ভনা চিংবা যন্ত্রনা হন্না হন্না ভোগ তৌরি পুন্নমক্তা। কর্ম্মা মার্গগী ৱা হাইগে তারো য়াম্না চাওরিবনি। বিধি কর্ম্ম, কামনাদি কর্ম্মতন মহাক্কি মমিংনি। জপ, তপ, যাগ, যজ্ঞ, তীর্থ অসিদা পুক্লিং চংউ। ব্রত পূজা আচরন তাকলি স্মৃতিগী মত্তা। কর্ম্মা ফলদা স্বর্গনা চিংবা কয়া ভোগ তৌই। মত কয়ানি শান্তি ফংলিবনি কর্ম্মযোগতা। কর্ম্ম অদুগী মশক ফল ফংই মী পুন্নমক। বেদনা য়াদবা থবক তৌরবদি পাপ পুই খাম্বা ঙমদে। শাস্ত্রগী মত মতুংইন্নমা থবক তৌই কনা কনানা অপকর্ম্ম (বেদনা য়াদবা) কর্ম্মা থাদোকনি থিন্দনা। দেবপূজা যাগ যজ্ঞদা প্রানীবোধ তৌরবা প্রানী বোধ পাপ থিন্দনা ফংগনি, বিধিগী মতুং ইন্না পূজা তৌদে কলিদা, মরম অসিদগী থওইদবদগী পাপ কয়া ফংলিবনি। করিগুম্না কর্ম্মদা কবিগুম্না ফল নত্রগা লুরবা তত্ত্ব

লৈরিবনি। নিত্য কর্ম্মনি হাইরি ৱারিনি। সন্ধ্যা পূজা সোইদনা তৌগনি, মসিদা আত্মশুদ্ধিচিত অদু ওইরে। তৌইগুম্বসুং সন্ধ্যা তৌদ্রবদি পাপ পুগনি। নানা মত পাপকি কর্ম্ম তৌরি জীবনা প্রায়শ্চিত কয়া তৌই পাপ মাংনবা। অদুবু অমুক হন্না পাপকী থবক তৌরবদি মীদু প্রায়শ্চিত তৌরুবগী কানদরে। কৃষ্ণদা পুক্নিং হাপ্লবদি পাপ লৈতরে; কৃষ্ণদা কর্ম্ম কথোকনি। কর্ম্মগী ফল পামলোইদবনি। তীর্থ কোইবগী পরিক্রমা তৌবগী ফল বর্ননা তৌরি। পুক্নিং চংনা তাগনি। ভার্য্যা পুত্র পরিবার লোইনা থাদোক্লগা তীর্থ-তীর্থদা কোইনা চৎপা, শেংলবা থম্মোইনা তীর্থদা শিজবা অথোইবা ধামদা চৎপা দিব্য দেহনি। ইন্দ্রিয় মহৈ য়াল্লে কোইনা চৎপদা দিব্য দেহগি ফলনি মী অদো। জনম-মরন থিংবা ঙম্বা নত্তে কনানা। ৱানা পোকপা দেহ অরেম্বদা মাংবা পানুই। প্রকৃতি গীতাগী ৱানি লাই মমিৎ অহমনি। মুন্না তাগনি পার্ব্বতী ! তীর্থ কোইবগী ৱা অসি – ইতি –

---

# ২ শুবা

## দান ধর্ম্ম ৱা খর

মনোঽন্যত্র শিরোঽন্যত্রে শক্তিরন্যত্র মারুতঃ।
ইদং তীর্থমিদং তীর্থং ভ্রমন্তি তামসা জনাঃ।
আত্মতীর্থং ন জানাতি কথং মোক্ষ বরাননে ॥

মুন্না মুন্না পুক্নিং চংনা তাবিসি অয়াম্বা মী পুম্নমক ? দান ধর্ম্ম ফল কথা বর্ননা তৌরিয়ে। ষন দান তৌরগা স্বর্গ ফংই। ষনগী মশাদা লৈরিবা মতু (লোম) সংখ্যা মশিংগা মাননা লৈ হাইরি স্বর্গদা। অদুগী অরোইবদা স্বর্গদগী লাকই অমুক লৈমাই পৃথিবী অসিদা। কর্ম্মগী মতুংইন্দুনা মী

মখল কয়াগী যোনিদা পোক্লিবনি। ব্রাহ্মণবু পেলহনবগীদমক সনা-লুপা দান তৌগনি। ঐশ্বর্য্যনা জন্মান্তরদা মানদবা মোৎ কয়া কয়া ফংলিবনি। হিংসা নিন্দা তৌদুনা নাপন্দা লন তাম্বা কয়ানি। অরোইবদা হঞ্জিন্দুনা নীচ যোনিদা পোকলুরিবনি। প্রতিষ্ঠানচিংবা কর্ম্ম কয়া তৌরগা। পুখ্রি হোংবা কৎপা মন্দির কৎপা, বিষ্ণুনা পেম্বিনবা হিংলিঙৈদা ধন-রত্ন কয়া কৎপা দান তৌবা। লৈনবা য়ুম লৈতেং কয়া মখল কয়াগী শয্যা অমসুং ফম্নবা আসন। করি অঙকপনো করিসু ঙকনিংঙাই ওইদে। মহাক্কী মরন পিরগা মহাক্না চায়। হুরান্দুনা পুরক্লগা ময়ুমদা থমই অপংবা অসিগুম্বা খরিদ্দার অসিনা ফংলকপা পোৎ চাথোকই। দাননচিংবা কর্ম্মাদা মখুৎতিংথোকনি। অদুগুম্বা খূৎ মহাক্কি নত্তে দানগী খুৎনি। দানগী ফলনা করিগুম্বদা স্বর্গদা লৈরিবনি চৎলিবনি। চহি হাজার ৭ স্বর্গদা চাদুনা লৈরিবনি প্রতিমা প্রতিষ্ঠা তৌবা নানা দেবতা পূজা তৌবা। মুর্ত্তি অদু উদ্রগা মুর্ত্তি সেম্বঅসি কদাইদা দেবতা করম্বা মওংনো। করম্বা কান্দা উগনি হোৎনবা তাবনি। শাস্ত্রদা লৈ মন্ত্রনচিংব দেব লাইগী ওইবা। কলিদদি নিস্তেজনি মন্ত্রনা বিধাননি। কলিদা মন্ত্রনা জপ তৌরবসু লাই ফংদে। দেবতা ফংদ্রবদি ফল করিনো, মতম অসিদা থমোই শেংনবা ভক্তি তৌগনি। জন্মান্তরদা খজিক্তা ওইরবসু ফংগনি। ভোগ তৌরবা মতুংদসু অমুক পোকলিবনি। প্রতিমা পূজা তৌবনদি জীব মুক্তি ওইদবনি। শ্রীকৃষ্ণ প্রতিমা সেবা তৌরি সাধুশিংনা মদুদা ফল ফংবা মদুগী মরোন য়ুম থাদোক্লগা পোৎলম কয়া বন্দা অসুম্না তৌরিবা সেবা মুক্তি সেবানি। বৃন্দাবন্দ ব্রজাবাসীনা কৃষ্ণ সেবা তৌই। বাঁশী খোংবা কৃষ্ণনা পামই। মীওইবগী মশক্তা বৃন্দাবন্দা লৈ কৃষ্ণ। মীওইবগী আচাম্বমক তৌরিবনি। মুর্ত্তি লৈতে ব্রাদি ঙাংই বাঁশী খোংদে। মহাক্না (কৃষ্ণ) না মীগী থবক করিসু তৌদে॥ বৃন্দাবন্দগী চৎখরে কৃষ্ণনা নবদ্বীপতা। খংলিবা তারিবা মখল কয়াগী মশকনি। কলিদদি অসিগুম্বা মশক অসি খক ফোংদোক্তে। অদুম ওইনমক পুজাদি তৌনরিবনি। কৃষ্ণ দেবতা পুম্নমক্তি প্রভু মপুনি। মন্ত্রনা পূজা সেবা তৌরি কৃষ্ণদি লাক্তে।

মওং মতৌ মীওইবমক্কি। কলিদদি মীওইবগী মশক্তা লৈরে নবদ্বীপ্তা মীওইবশিংগী মনুংদা কৃষ্ণনা বর্ত্তমান ওইরিবনি। অসি খন্দুনা নিংদুনা মুক্তি সেবাদি মী খুদিংনা মফম খুদিং সেবা তৌনরিবসিনি।

বেদগী মত্তা যোগাচার সন্ন্যাসনচিংবা কয়ানি। প্রান রক্ষা তৌদুনা জগৎ অসিদা মতম শাংনা লৈরিবনি। ব্রহ্মা উপলক্ষদা ব্রহ্মা পুক্নিং চংদুনা মতম কয়া দেহ ধারন তৌদুনা লৈ, দেহ অরোইবদা ব্রহ্মা অদুতা জপ তৌদুনা লোইখিবা অসিগীদমক অসিদা ভেদ জ্ঞান্দা পোকই অমসুং মৃত্যু। যোগগী অচারদা অৱা-নুঙাই লৈতে জ্ঞানতনি। ইহকাল-পরকাল মানবনি অমত্তনি। ব্রহ্মা ফংলবদা জীব মুক্তি ওইরবনি মতম নাইদে। হন্না হন্না পোকপা অমদি শিব হাইবসিদি শোইদবনি।

গয়া তীর্থদা বিষ্ণুপাদদা পিণ্ডদান তৌবা, পিতৃশিং স্বর্গ ফংই হাইরি। মহাপাপী ওইরবসু মফম অদুদা থৱাই থারবদি অমদি মচা মশুশিংনা মফম অদুদা বিষ্ণু পাদদা পিণ্ড পিব, শিরগা চহি অদুগী মনুংদা পিণ্ডদান তৌবা, সোইদনমক্কি স্বর্গ ফংই হাইরি থওইদবা তৌরোইদবনি। অসিগী মতুংদা পিণ্ড পিরবদা কর্ম্মগী ফল ভোগ তৌগনি। মসিগী মুন্না তারো ভক্ত পুন্নমক নোংমদি জীবসে যমগী লৈফম সোইদনা য়ৌই, যমরাজনা নুমিৎ অদুদা জীবগী চহি মশিং পাই। মরমদি চহিসিগী মনুংদা পিণ্ডদান তৌবা, চহিগী অরোইবদা পিণ্ডদান পিবগী ফল করি ওইবা। বিষ্ণু পাদদা পিণ্ডদান তৌদ্রবদি কান্নদ্রে। সুখভোগ হাইবদি পিণ্ডদান অদুনি সুখভোগনা স্বর্গ কাই হাইরি কনা কনাগুম্বনা, মসিগী মরম শাস্ত্রদা পাওন্না ইদুনা লৈরিবনি। কনাগুম্বনা অফবা মপোক হাইবদি অফবা শাক্তদা ব্রহ্মকুলদা পোকপা সুখভোগ পিণ্ডদান্না ফংলিবনি। শিরবসু অমুক পোকলিবনি বিণ্ডদানগী ফল করি হাইরুগনি। চহিগী মনুংদা পিণ্ডদান কনাগুম্বনা তৌবদা মদুগী ফল অরেম্বদা মাংদে। অদুককি মতিক স্বর্গদা লৈ সোইদরনি। ভোগ অদু লোইরবা হাইবদি ঐনা স্বর্গ হেক ফংগদবদি নত্তে, দান ধর্ম্ম কয়া তৌবা

ঐনা তৌরিবা পিতৃমাতৃগী কর্ম্মা কয়া অমদি অভ্যুদরিক শ্রার্দ্ধনাচিংবা কয়া ভগাবান্দা চিংনবা য়াওদনা কথোকপা অসে স্বর্গ ফংগে নিংলিবনি, অদুম্না মী অদুনা মখোম থোকপি ষনবি মচাগা লোইননা মতিক চাবা দক্ষিনা ব্রহ্মন্দা দান কথোকপা ষনদুগী মতুমশিংগা চপ মাননা স্বর্গ দৈ হাইরিবনি। হাইরিবা ভোগ অদু লোইরগদি অমুক হল্লকই লৈমাইদা পোকই অদুক জীব ওইনা। পিণ্ডদানগী ফল মুম্না খংগদবনি। বৈরাগ্য ধর্ম্মগী বা হাইরগে, মুন্না তারো ভক্ত পুম্নমক! পুক্নিং চংনা তাগদবনি। "ক্রিয়াযোগ সার" গী মত্তা বর্ননা তৌরি, শাস্ত্রগী বচন অম্নেম্বা নত্তে মিথ্যা নত্তে। কর্ম্মগী মতুংইনবনি কর্ম্মগী ফল ভোগ তৌবনি – ইতি।

---

# ৩ শুবা

## বৈরাগ্য ধর্ম্ম হাইব

শিক্ষা সূত্রং পরিত্যক্ত্বা কৌপিনংকটি কারয়েৎ।
বৃশলি সংযোগে বাস নরকে পতনং তিথি ॥

(মসিমক ক্রিয়াযোগসারদা হাইরি)

হাইরিবা বা অসি গয়া তীর্থগী বানি। অমুক তারসি কর্ম্ম ফলগী বানি বৈরাগ্য ধর্ম্মগী বা হাইরগে, বৈরাগ্য বা অসি বেদ শাস্ত্রনা ব্যবহার তৌনরিবনি। বৈরাগ্য ওইদনা পোক্তনা কৌপিনন ধারন তৌবা আচারদা বৈরাগ্য ওইবনি শিংথানরি। কৌপিন ধারন তৌরগা দণ্ড কমণ্ডলু লৌগদবনি। য়ুম ৭ তগী ভিক্ষানজীবন ওইগনি, সেগাইবা ফি শেৎ ইন্দুনা ইকাইবা থাদোক্তুনা হরাওনা তীর্থ কোইগনি। বন্ধু-বান্ধবকি মমাই খক য়েংলোইদবনি, প্রকৃতিগী সংগা অমদি ঐগী য়ুম থাদোকনি, মসিবু

বৈরাগী ধর্ম্মনি খংনগনি, শ্রীকৃষ্ণপাদ পদ্মবু কাওরোইদবনি, অসিগুম্বা প্রবন্ধ শ্রীচরন দাসনা শকচরি হাইজরি ॥

শেংলবা বৈরাগ্য ধর্ম্মগী আচরন, ঈশ্বরবু চিন্তা তৌদুনা খন্দুনা দেহ থাদোকপা অসিবু হাইবনি ॥ অদুগুম্বা সাধুশিং অদু সারূপ্যমুক্তি কৌরিবনি, সারূপ্য হাইবসি মশক মানববু হাইবনি। ভগবান্না ভেগকি মরম কয়া হাইরি। পুক্নিং চংনা তাসি সাধু পুম্নমক ! মতম অদুদা ভোগ পুর্ন ওইবদা মতুংদা অমুক পোকপা কর্ম্মগী ফলনি ॥ ধর্ম্ম-কর্ম্ম মখল কয়ানি অমুক হাইরুবগী ফনদে, গ্রন্থদা লৈরি কয়া পাকসন্না। দেব ধর্ম্ম লোক ধর্ম্ম স্মৃতি আচার, পুম্নমক অসিবু কর্ম্মানি হাইরি শাস্ত্রাকারনা। ধর্ম্ম-অর্থ কাম মোক্ষ মরি অসি ফলনি। সারূপ্য সালোক্য স্বস্তি সামীপ্য পুম্নমক অসি মুক্তিনি হাইরিবনি কর্ম্ম তৌবা মীনা। কর্ম্মগী ফলনা অমুক হন্না পোক্লবসু, ভাগবত তুল্য ভগবতকা মানবা সারূপ্য মুক্তি ফংলিবনি। সালোক্য মুক্তিদা জীবনা বৈকুণ্ঠক ফংলিবনি। সৃষ্ঠি মুক্তি ভগবৎ মানবা ঈশ্বর্য্যনি সামিপ্য ওইবনা ভগবৎ মনাক নক্না লৈবা ফংই। মখল ৪শুবা ভোগ মুক্তি ফংই। ভোগ তৌরবা মতুংদসু মপোক অমুক ফংলি, অসিদদি দেবতা উপাসনা তৌরিবনি। মতাং অসিদা লেংদবা ভক্তিনা দেহ থাদোকই। মদুগী সাধনাগী ফলনা দেব ধাম ফংই। পরিমিত চাং ওইনা লৈরিবনি হেনবা য়াদে তাবসু য়াদে মতম অদুদা দেব মন্ত্র ইষ্ট মন্ত্র জপ সংকীর্ত্তণ তৌরিবনি। ইষ্ট মন্ত্র ঈশ্বর নিংবা চিন্তা সদাচার কাইদবা সন্ধ্যা বন্দনানচিংবা, অসিগুম্বা পূন্য ফল অসিনা মরম ওইদুনা স্বর্গ ভোগ ফংলিবনি। মতাং অসি য়ৌরক্লবদি পোকপা শিবগী ব্রা লৈতরে ॥ স্বর্গগী ভোগ ফংদুনা নানা মত নিরূপন তৌদুনতা, সুখভোগ স্বর্গনি হাইদুনা পুরান শক্তুনা লৈবনি। ক্রিয়াযোগসার গ্রন্থ আলোচনা খন্ন-নৈনদুনা লৈরবনি। হাইখরে মরুওইবা কয়ানি পুক্নিং চংনা তারসি। সাধু ওইবশিংগী পাদ পদ্মদা পুক্নিং চংলসি, অসুম্না শ্রীচরনদাসনা হাইজরি।

# ৪ শুবা

## স্বর্গ অমদি নরকী ৱা খর

নারী স্বর্গং সুখং স্বর্গং সুখং তাম্বুল ভোজনম্।
ইহাপি নরকঃ স্বর্গ ইতি মাতঃ প্রচখ্যতে ॥

(তথাপি প্রকৃতিগীতায়াং)

মর্ত্ত অসিদা নুঙাইবা স্বর্গ লৈ, স্বর্গদনা নরক ওইরি। থোইদোকপা ৱাদি হাইরগে মুন্না তারসি সাধক ! মর্ত্ত্যলোক্তা নুঙাইনা ভোগ তৌরি মী অদুনা মসিবু স্বর্গ কৌরিবনি জ্ঞানীশিংনা। স্বর্গপুরদা চৎলগা মতম অদুদা পোক্লুরো মদু নরকনি হাইরি শাস্ত্রনা। মসিগী মরমদি মুন্না তারো। স্বর্গপুরদা চৎলি জীবনা নুঙাইনবগী। দেহদগী তোঙাম্বা নুঙাইবা ভোগ ফংদে, দেহঁ থাদোক্লগা উৎ ওইখরে। শূন্য দেহ ওইরে আত্মা চৎখরে স্বর্গপুরদা। দেব কুলদা পোকখরে লাই ওইনা দেব দেহ ফংখরে স্বগগী ভোগ চাখরে। চহি সাতহাজারগী মতুংদা স্বর্গপুরদা শিরে। শিব-পোকপা নরকনি হাইরি শাস্ত্রগী মতদা। স্বর্গদা নরক লৈতবনি অদু ওইরবদি করিগী। স্বর্গদা মর্ত্ত্যদা জীবনা কোইনা চৎলি। পোকপা শিবগী ত্রিতাপ (অধ্যাত্মিক্ আধিদৈবিক, আধি ভৌতিক) লৈতবনি। ঈশ্বরগী অংশদগী জীব পোকপনি। মায়ামোহনা জীবদা কাওহল্লি। জগৎপতি ঈশ্বর ভগবাননি হাইবসি। কাওখিবদগী জীবনা অরানবা ফংদবনি। মরম অসিদগী সাধু সংগ তৌ অপাম্বা শ্রীচরন শোইদনা ফংগনি শ্রীচরনদাসনা হাইজরিবনি।

---

# ৫ শুবা

## কৃষ্ণ ভজনগী মরম খর অমসুং মওং

কিং ব্রহ্ম কিম্নুবা বিষ্ণু কিং পার্ব্বতীচশঙ্কর।
মুদ্রৈকে সহস্রানি জন্ম মৃত্যুচ পুনঃ পুনঃ ॥

(তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে)

ব্রহ্মলোক, বিষ্ণুলোক, শিবলোক মমিংনি। ইন্দ্রলোক, চন্দ্রলোক, ধ্রুবলোক অসিনা মফম ধামনি। পিতৃলোকচিংবা অসিগুম্বা নক্ষত্র লোক লৈরি। পুম্নমক অসিগী মফমদা লাই লৈরিবনি। হাইরিবা পুম্নমক অসিনা মতম পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু নিংই। শ্রীকৃষ্ণগী অজ্ঞাতনা সৃষ্টি তৌই, মসিদা পোকপা শিবা কয়া থোক্লিবনি। কর্ম্মনা মুক্ত ওইননবা কৃষ্ণবু নিংই লাইশিংনা। অসিগুম্বা লাই অসি নিংই কৃষ্ণবুদি কাওথোকই। কৃষ্ণবু নিংদনা কর্ম্মদা করম চংগনি, কর্ম্মদা পুক্লিং লুপই হাইরগা কৃষ্ণ ভক্তিদি য়াওদবা। ভক্তি য়াওদনা কৃষ্ণ ফংবা য়ারোই। বেদ শাস্ত্রগী ৱা মুন্না তাসি। কৃষ্ণদা ভক্তি য়াওদ্রবদা জীবনা মুক্তি ওইবা য়াদে। মরম অসিনা জীবনা কৃষ্ণভোজন কাওরোইদবনি। মতম অসিদা সাক্ষাৎ স্বরূপ ওইরিবা কৃষ্ণবু ফংনবা উপায় থিগনি। কর্ম্ম মার্গদা চংসিল্লগা অনুমান তৌদুনা কৃষ্ণ নিংবনি। অদু ওইরবদি কৃষ্ণ ফংগনি বিচার তৌসি। বিষয়দা চংলবসু শ্রীকৃষ্ণবুদি খক কাওরোই, মুর্খ ওইরবসু কৃষ্ণবু নিংলবদি চিংনরুরগনু। আছা লৈত্রবা কর্ম্মা থাদোক্লবদা শ্রীকৃষ্ণদি কাওগনু। কৃষ্ণবু নিংদ্রবদি কর্ম্মা মাংলে। শুদ্ধ প্রেম্না কর্ম্মা তৌবদা মাংলবা, অদু ওইরবদি বৈরাগ্যা ওইগনি মিকুপ্তা। বৈরাগ্য অথোইবা ভক্তিনি মথং/মথং, ভক্তিগী ফলনা বৃন্দাবন ফংগনি। বৃন্দাবন্দা লৈবনি শ্রীভগবান, বৃহৎ বৃন্দাবন ধামদা সোইদনা কৃষ্ণ ফংগনি।

**সর্ব্বদা দ্বিভুজং কৃষ্ণনকদাপি চতুর্ভুজঃ ।**
**বৃন্দাবন পরিত্যজ্য পাদমেকং নগচ্ছতি ॥**

**(তথাহি নিগম কল্পতরু)**

ফংলবদা কৃষ্ণ নিংগদবনি। পাপ পূন্য-জম্ম-মৃত্যু করিসু লৈতবনি। কর্ম্মা থাদোক্লগা বৈরাগ্য পোক্কনি। কৃষ্ণ ভক্তি তানসিনবদা মতিক চারবনি। পোক্লবদি জীব কর্ম্মনা পুনবনি। ধর্ম্ম ককথৎলবসু পুলবসু খুৎলাই কৃষ্ণ মন্ত্রনা থৌরি অদু ককথৎকনি। কর্ম্মগী বন্ধন লাপ্পা থমগদবনি, কর্ম্মবন্ধন ককথৎলবদা থাজদ্রবা। অমুকসু লাইনা কর্ম্মনা পুললি। কর্ম্মনা পুনবা থাদোক্লবদা মদুবু সন্ধান তৌরি তারসি। ভাগবৎ পুরান্দা গীতাগী মনুংদা লৈ। য়াম্না থুপ্না মদুগী মরম ইরি। ব্রহ্মণ য়াম্না পুক্লিং চংনা বেদান্তদা। পুক্লিংনা একান্ত ওইনা হাইরি। চেষ্টা তৌরি কর্ম্ম ফলদা চাকলিবসি। অদু ওইরবদি ভক্তিনা সোইদনা বৈরাগ্য ফংলগনি থিন্দনা। ভোগ পুম্নমক অসি মৈনা লোইনা চাকথেকই, কর্ম্ম ফল মৈদা লংসিললি। অদুম তৌরগা মহা অগ্নিদগী ব্রহ্ম জ্ঞান ফংই মদুদা কর্ম্ম অদু চাকলিবনি মুন্না তাও। নিগমকল্পতরুদা মসিমক শিব বচন ৱানি। মীওইবা খংজিল্লু পুক্লিং অমত্তা ওইনা।

**যথাগ্নিনা দহেৎ সর্ব্বং কাষ্ঠগুল্ম কলাদিকম্।**
**তথা জ্ঞানেন দহ্যন্তে সর্ব্ব কর্ম্মফলানিচ ॥**

ভ্রমজ্ঞান কর্ম্ম জ্ঞান অসিনচিংবসি মায়াগী ভ্রমনি। ব্রহ্মজ্ঞান মাংদ্রবদা ফংগনি সোইদনা থিন্দনমক। মতম অদুদা বৈরাগ্য পোক্লকদবনি। বৈরাগ্যদগী শেংলবা ভক্তি পোক্লকনি মথং/মথং। প্রেম ভক্তি ফংলবদা পুক্লিংদা আশা তৌরগনি। কর্ম্ম জ্ঞান ফোংদোক্লগনি নিংদুনা শ্রীচরন দাসনা ইতি।

(মতাং অসিদা ২শুবা খণ্ডগী কর্ম্ম জ্ঞান বর্ননা লোইরে)

---

# তৃতীয় খণ্ড (আত্মজ্ঞান)

## ১ — কল্প

## অসিগী মতুং আত্ম জ্ঞান বর্ননা

## আত্ম জ্ঞানগী কানবনা করিনো ?

জ্ঞানেন লভতে মোক্ষং জ্ঞানেন পাপ নাশনম্ ।
জ্ঞানাৎ পবিত্র সর্ব্বঞ্চ জ্ঞানে নৈব পবিত্রকম্ ॥
জ্ঞানঞ্চ বিবিধ খৈস্তু ভেদাভেদ বিভেদতঃ ।
ভেদ জ্ঞানাং বহুবিধং শৃষ্টি সংহার কারকম্ ॥
অভেদাদ্বৈতকং জ্ঞানং পাপ পূন্যং বিবর্জিতম্ ।
ভেদ জ্ঞানেন যৎকার্য্যং পূন্যং পাপং যুগেযুগে ॥

(তথাহি হরি ভক্তি বিলাসে)

শ্রীগুরুগী পাদপদ্মপু খুরুমলগা, আত্মজ্ঞান অমদি কথা কয়া বিচরন খংলিবনি। অহান্বা খন্দদা বর্ননা তৌরি ভ্রম জ্ঞান, ২শুবদনা কর্ম্মগী ফল কৌরিবনি। অসুম্না হাই আত্ম জ্ঞান ৩শুবা খক্তদা। মুন্না তারো মী পুম্নমক পুক্লিং অনি লোংদনা। বাল্য কান্দ খংহৌদে চংখি হরাও তয়াম্বদা। যুবা কান্দা চংখিয়ে মথোন কারকপগী নুঙাইবা মতমনি। বৃদ্ধ কালদদি লাক্লে রোগ লাইনা শিরিবনি। অপাম্বা মিহৌবদি কয়ানি। সাধু বৈষ্ণবকি আশীবাদনা, আত্মজ্ঞান ফংই হাইবসি কাওথোকই। আত্মজ্ঞান ফংবা মরু ওইখ্রবনি। ব্রহ্মজ্ঞান্না ব্রহ্ম অগ্নি মৈহৌরিবনি লংলবা। মতম অদুদা কর্ম্মগী ফল উৎ ওনখি অশেংবনি চিংনগনু। পাপ পূন্য-ত্রিতাপ। (হাইবদি লাইগী নোংদম্না ফংবা অব্বাবা, ভুৎ প্রেত্তগী ফংবা অব্বাবা অমদি মশা মশাদগী ওইরকপা অকিবা। অসি পুম্নমক লৈত্রবনি। দেহ অসি পরি শুদ্ধনি আত্মজ্ঞান হাইবসি। ব্রহ্মজ্ঞান মমিংনি মুন্না তারো। আত্মজ্ঞান

হাইরগা জ্ঞাননীবু খংই। তত্ত্ব অমসুং চৈতন্য জ্ঞানগা অমত্তনি মাঁনে। চহি ১০০/১০০ চংনা কৃষ্ণগী সেবা তৌগনি, আত্মজ্ঞান ফংদ্রবদি অরেম্বনি, আত্মজ্ঞান নত্তনা জীব মুক্তি ওইদে। মুক্তি ফংদ্রবদি পুন্নমক অরেম্বনি কদাইদা সাধন করিনা সাধন। তত্ত্ব খংদ্রবদি অরেম্বনি ব্রাদুনা তোকই। আত্ম জ্ঞান্দ প্রহলাদনা কৃষ্ণ ফংবনি। অম্বরীশ, বিভীষন, ধ্রুব, জ্ঞানতনা কৃষ্ণ ফংবনি আত্মজ্ঞান ফংবনা নারদনা কৃষ্ণগী গুণ শকলিবনি। আত্মাজ্ঞান নত্রবদি নত্তনদি কৃষ্ণ করম ফংগনি। আত্মজ্ঞান নত্তনা শুদ্ধ ভক্তি পোকলোইদবনি। তোঙান তোঙানবা মওংদা কৃষ্ণ ফংই। ভক্তিনা অথোইবনি ভক্তিনা অথোইবা কর্ম্ম তৌই, ভক্তি পোক্রবদি কানদে। আত্মজ্ঞান ফংনবা হোৎনগদবনি। মতম অসিদা মন শুদ্ধি ওইনবা হোৎনহৌগদবনি।

জ্ঞানেন লভতে ভক্তি, ভক্তি প্রেম্না প্রদায়ি নীং।
বিনা প্রেমে মহেশানী নৈবসিদ্ধিঃ বরাননে ॥
(তথাহি জীবন্মুক্তি গীতায়াং)

শ্রীকৃষ্ণগী শরীর নিত্য শুদ্ধনি, নিত্য রসনি নিত্য ধামদা অতৎপা লৈতনা ঙান্দুনা লৈবনি। কর্ম্মনা পুনবা দেহদি মতম পুন্নমক্তা শেংদ্রবনি। অপবিত্র দেহনা ভজন তৌবদা করিগুম্বদা সিদ্ধ ওইদে। মহারাসদা গোপীশিংগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা হাইখিবা ব্রানি। ঐগী ভক্তদি মতম চুপদা শেংবনি বিবরন হাইগে তাও ॥ স্নান তৌবা প্রায়শ্চিত তৌবনা শেংবা নত্তে। আত্মজ্ঞান য়াওদনা করিগুম্বদা চিত্তশুদ্ধ ওইদবনি। আত্মজ্ঞান লৈতবা মী শাগা মাঁন্নে হাইরি, শাস্ত্রগী বচননি লেংদবনি খংউ। শ্রীকৃষ্ণ চরন খুরুম্বদা আত্মজ্ঞান তনা ফংবনি। থৌজানবিয়ু আত্মজ্ঞান পিবিয়ু তোলবা ঐঙোন্দা হাইদুনা ঙক্তা ফি য়েত্তুনা হাইজরি শ্রীচরন দাসনা। আত্মজ্ঞান নত্তনা ফংদনা শিবা পামদে, অসিনি ভক্তগী ব্রাদি ॥

---

# ২ -কল্প

## আত্মজ্ঞানগী য়েক্লবা, করিনো ?

আহার-চাব, নিদ্রা-তুমদুনা লৈথোকপা, ভয়-অকিবা, মৈথুনঞ্চ-নুপি নুপা পরহেলা তৌবা, হাইরিবশিংসি অমত্তনি। মীওইবশিংগী অথোইবা জ্ঞাননি, জ্ঞানবু লৈত্রবদি মীদো শাগা মান্নে হাইরি। থোইদোকপা জ্ঞান ৱাখল অফব-ফত্তবা অসি খংদ্রবা য়াওদ্রবা মী শাগা মান্নে হাইরিবনি।

চারগা লোইরে নুঙাইথোক্লগা লোইরে, তুমথোক্লগা লৈরিবা নোংশাবু ঐখোই কিবনি শাওইনা। অসিনা মখোইগী লমচৎ ওইরিবনি। জ্ঞান য়াওদ্রবদি শাগা মানৈ হাইবসি আত্মজ্ঞানবু হাইবনি। অথোইবা মীওইবদি জ্ঞান হাইবসিনি মীওইরগা আত্মজ্ঞান লৈত্রবা মীদি নর পশুনি হাইরি। আত্মজ্ঞান হাইবসি মীদুনা ঐনা তৌরিবা থবক তৌগদৌরি থবক অফবরা অসি তৌরগা ফত্তবরা হাইবা বিচার মসিনি লুরিবনি থবককি মমাংদা ক্ষন অমগী মমাং খনগদৌরিবনি হোরেন হয়েংগী নত্তে মশিদা সিদ্ধান্ত পিবা অদুবুনি আত্মজ্ঞান। শ্রীকৃষ্ণগী শরীর মতম পুন্নমক্তা শেংবনি, জীব দেহ কৃষ্ণ ফংননবা হোৎনগদবনি। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতদা ইদুনা লৈ। কৃষ্ণগী গুণ কৃষ্ণগী ভোজন তৌরবদা করম্না জীবদেহদা কৃষ্ণগী গুনলৈবা মরম অসিদগী আত্মজ্ঞান ফংলবদি হৈশিংগনি। জাতিগী বিদ্যা মতিক মগুন মশক অমসুং অবস্থা য়েংগনি, অসিবু পঞ্চতত্বনি শিংথানরি। ঘৃনা-লজ্জা ভয় জুগুপ্সা অসুয়া কুলশীল নিদ্রা মখোই নিপান অসিনা পুল্লি। মীওইববু। কাম ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ অমসুং মাৎসর্য্য ৬ অসি মীওইবগী য়েক্লবনি। অসিগুম্বা তিংখং ৫ অমদি ৮ অসিগা লোইননা, রিপু ৬ কা ১৯ ওইরে। মসিবু মায়াদা ঙাওবা তোঙান্ব মৈচাক অমনি। অসিবু আত্মজ্ঞান মৃত শেংদোক্লগা কৃষ্ণ ফংবগী মরমদি জীবগী

দেহনা কৃষ্ণপ্রাপ্তী হেক য়াদে। কৃষ্ণপ্রাপ্তি য়াম্লাতপথবা জীবগী স্বভাব লৈত্রবদা, মতম অদুদা বৈরাগ্য পোক্লবা, শুদ্ধ বৈরগ্যওইদুনা ভক্তি হেনগৎলগা ভক্তি যোগদা কৃষ্ণগুন দেহ সঞ্চার, কৃষ্ণগী শরীরদা অনন্ত গুণ লৈরিবনি। গুনশিং অসিদা নিংথিনা মুন্না খংবা। গুণ পুম্নমক্তা কৃষ্ণ ভক্তগী মখাপোম্বা গুণ পুম্নমক ভক্তশিংনা গুণ অসি লৌবা ওম্বা আত্মজ্ঞান লেংদ্রবদা অদুবু পাম্লবদা থোইদোক্লা কৃষ্ণগী গুণ অমদি লৈ খংগনি। জগত্তা লৈরিবা প্রানী পুম্নমক অমত্তনি খম্ব উবা, অনেম অন্নাংগী ভাব লৈতবা ব্রাহ্মণ চণ্ডান অমদি শূত্র বৈশনচিংবা, স্থাবর জঙ্গম অমদি দেবতা মী লাই অমত্তাওইনা পুকচেন মাননা কৃষ্ণগী মফমদা চংজবা হাইরিবা অসি অয়াম্বা পুরান্দা ইদুনা লৈ উরবনি। মহাভারত্তা অমুক হন্না মমিং চৎলিবনি, আত্মাগী রূপতা মফম পুম্নমক্তা কৃষ্ণ লৈ খংলিবনি। মসিমক মীং অসি শ্রীনিবাসনা হাইরি শ্রীকৃষ্ণগী চরনতবু পামজবনি, অপাম্বা অদু শ্রীচরন্দা থম্বা শ্রীনিবাসকী অপাম্বনি নিংলি তত্তনা পামজবা শ্রীচরনতবু নিংজবা ব্রহ্মজ্ঞান ফংবা মীবু হাইবনি। ইতি।

## ৩ কল্প

## ভেদজ্ঞান্ন করম্না মুক্তি ফংবা

**সর্ব্বত্রাবস্থি তং শান্ত নপ্রকাশ্য জনার্দ্দনঃ।**

**জ্ঞানচক্ষু বিহীনত্বা দ্বন্দ্ব সূর্য্য বিলোকিতঃ ॥**

**(অধ্যাত্ম রামায়ন)**

অয়াম্বা জীবগী মফমদা কৃষ্ণনা ভেদজ্ঞান লৈতে। মায়ান তাংলবা জীব অদুদি ভেদ জ্ঞাননি। ঐ-ঐগী হাইনা জীবনা ভেদ জ্ঞান তৌরিবসি ঐ-ঐগী হাইবা বিচার তৌদবনদি। শাগৈগী মান গৌরব অসি ভেদজ্ঞাননি। খংদবনা তাংলবা মশক অদুদগী আত্মা ভেদ পোকপনি। ভেদজ্ঞান্না

করিগুম্বদা মুক্তি ওইরোই। ভেদ জ্ঞান লৈতবা প্রভুনি। তন্ত্র-মন্ত্র যাগ যজ্ঞ জপ সংকীর্ত্তণ শ্রীগুরুদা চংজনবা সাধন তৌগনি শিবগী শক্তি বৈষ্ণবনচিংবা গনপতিগী মত্তা অয়াম্বা মত ধর্ম্মগী জীবন মুক্তিদা ভেদজ্ঞান তোঙানবনি নিংলবদি ফল ঐনা তৌরিবা থবক অদুগী ফল মাংজরে। বেদান্তদা নারদগী মফমদা ব্রহ্মান হাইরি। পোকপা শিবা অমদি পাপ পূন্য ময়েং তাই ভেদ জ্ঞানী জীবগী পুক্লিংদা যমবু কিরিবনি। ত্রিজগৎ অসি কৃষ্ণনা শিন থুংই ভেদজ্ঞান্না কৃষ্ণবু তোঙান খলি কৃষ্ণ দেহ তোঙানবনি খলবদি কৃষ্ণবু নিংবদা অমদি ফল মুল ককথৎপা উদা ঈশিং চাইবা, হিংসা-নিন্দা অতোপ্প রা ঙাংলুবা আত্মা অহাঙ্কার তৌবা খৎনবা য়েক্লবদা লৈবা ভেদ জ্ঞান্নি। পুন্নমক অসি থবক্তা মন সেংদ্রবনি। পুকচেন সেংদবনা কার্য্য সিদ্ধি ওইদে। মায়ান কুপ্লবা মন শুদ্ধ ওইদরে। আত্মজ্ঞান হাইবসি সূর্য্যনা থমোইদা ঙানবনি। ব্রহ্মানন্দ ওইরবদা নুঙাইবদু মাংই। কার্য্য সিদ্ধি ওইববদা পুন্নমক নুঙাইবনি, আত্মাগী মশক্তা হরিনা ঙানলিবনি মতম পুন্নমক্তা। আত্মাজ্ঞান্দ আত্মা য়েংউ হরিপাদদা। সংসার অসিদা জ্ঞান্নি অমদি আত্মা খংদে জন্ম যন্ত্রনা থাদোকপা করিগীনো। গীতাদা অর্জ্জুনগী মফমদা মাধবনা হাইখি। আত্মজ্ঞান্দা আত্মাবু সোইদনা উগনি। থোইদোক্লা ফোংদোক্তবা অথুপ্পা রা নহাক্কি মফমদা লৈ। আত্মজ্ঞানত্তনা সোইদনা খংবা ঙন্নগনি পরমাত্মাগা লোইননা জীবসি পুন্দুনা লৈ। মায়া কর্ম্মদা মানা পুক্লিং খক চংলুদে মরুওইবদা কাওবা য়াওই মতম অদুদা। অমুক হন্না স্মৃতি শাস্ত্রগী মত্তা হাইরি আত্মাজ্ঞান অসি পুক্লিং চংনা তাও লিরবা রানি। লৌখৎকদবা ওইবা শিব পার্ব্বতীগী রানি, মহাক্কি অংশ অমদি ভাগবত্তা হাইরি। শার্দ্দুন মুনিনা সম্পাদন তৌদুনা হাইরি। শ্রীঅধ্যাত্ম রামায়ন্দা ফোংদোকনা ইদুনা লৈরিবনি। মসিমক গুহ্যকথানি হাইনা সনদোকলি, মসিবু পুক্লিং চংনা তাগনি।

---

# ৪ কল্প

## গর্ভদা লৈবা জীবাত্মান পরমাত্মাগা ৱারি শানবা

**মাতৃগর্ভে মহাপদ্মে মহামন্ত্র মুপাশ্রিতাঃ।**
**তন্মন্ত্রো বিস্মৃতি য়েন গর্ভাবাসং পুনঃ পুনঃ ॥**

মাতৃগর্ভদা জীবনা সঞ্চার কোইনা চত্তুনা লৈবা। থা ৫ শুরকপদা জীবগী দেহ লোইরে। তরুক শুরকপা থাদ জীবনা গর্ভদা কোইরি। থোইদোকপা চৈতন্য নিংশিংবদি লৈতে। তরেৎ শুরকপা থাদা পরমাত্মা মহাগুরু থেংনরে। জীবদা নিংশিংবা পীরে চৈতন্য মহা মন্ত্র ফংলে। চৈতন্য মহামন্ত্র অসি ফংবদা জীবনা মিৎ ফংই। পরমাত্মা প্রভুনা মাগী মমাংদা লৈ। মতম অদুদা জীবনা আত্মজ্ঞান মপুং ওইরে। গর্ভদগী যন্ত্রনা মৈচাক লৈতনবা, পরমাত্মা উবদা জীবনা স্তুতি তৌই। মপোক চামরককী ৱা অসি পলদুনা জীবনা জীবগী স্তুতি ৱা অসি তারগা, পরমাত্মান হাই। গর্ভদা লৈবসি ৱারবদি জম্বুদীপতা লৈনবা হাই জীবনা জম্বুদীপ চৎপা পামদে। অমুক হন্না মফম অসিমক্তা লৈবা পামই। জম্বুদীপ চৎননবা শক্তি ঐগী লৈতে। মফম অসিদা লৈরগা নহাক্কি শ্রীরূপ উবা ফংজবা শ্রীরূপ উজবদা ঐখোইগী থমোইগী অৱাবা কয়া খাংলিবনি। মতম কয়ামুক ৮৪রক হন্না কোইদুনা লৈ। অদু ফাওবা মতমদু নারায়ন উবা ফংদে। য়াম্না ৱানা মপোক কয়া ফংলিবনি মহাকপু থাদোক্লগা চৎপা ঐ পামদে। জম্বুদীপ্তা চৎথ্রবদি নহাকপু ফংলোই সংসারগী মৈচাক চাক্লুনা শিরগনি। জম্বুদীপ্তা লৈবা পুম্নমক মায়া বাদিনি। মায়াগী থৌরিনা ঙকশমদা পুনবা শোইদবনি। মায়াদা জীবদুনা সোইদনা কাওথোকনি। মায়াবাদীগা সঙ্গ তৌবা মায়াদা লুপ্লবনি। অরেপ্পা লৈতবা আচারদা ওইদবা সোইদনা তম্লকনি। লেংদবা পোৎ নহাকনি মদুবু থাদোক্লুনা জম্বুদীপ্তা লৈবদি

খংদবদগীনি। পরমাত্মা পরব্রহ্মনি হাইবসি খংদে কাওথোকই। অদুগুম্বা থৌজান লৈত্রবনি নহাক শিরে, অদুগুম্বা মফমদা ঐনা চৎপা খংদবা ঐগী করি মরম লৈবা। অসিগুম্বা ব্রা অসি প্রভুগী মফমদা হাইজরিবনি। পঞ্চভুত্ত্ব পোকপা অহান্বদা ফৌনচিংবা মনা-মশিং পোকই। অসিগুম্বা ফৌ অসিদগী চেং পোকলিবনি। চেং অদু মুলহল্লগা চাবনি চাক অদু জীবনা চাই। অসিদসু নত্তনা জীবনা চাননবা পোৎ কয়া চাদুনা জীববু ঙাকশেলবনি। মরু ওইবা শুক্র শোনি সারাংসনি। মাতাগী ঋতুকান্দ পিতৃগী শুক্রগা তিন্নৈ। মদুনা সন্তান ফংলিবনি তাবিয়ু নারায়ন ! মায়াগী সংসার অসিদা ঐগী মস্তাননি হাইরিবনি। অসুম্না খংদবনা ঐ ঐগী হাইনা চৎলি কয়া অমনা হন্না হন্না ফংই সংসারগী অৱা অনা।

ত্রিতাপকী অৱাবা দোষ কয়া কাওই, অসিগুম্বা নিত্য স্থান্দ, নং লৈরি তারিবা উরিবা পরমাত্মা জীবগী মফমদনি, তারো জীব ! লেংদবা ব্রানি। মহাক অদু নারিবোধপাপ লৈরবা অমুক নরকতাই সোইদবনি। অহানবদা পাপকি থবক তৌখিবা জীবনা মদু উরগা পুম্নমক থাদোকই। অদুগুম্বা পাপ অদু লৌদনা অমুক হন্না থুনা চৎখি জম্বুদীপ্তা। জীবনা জম্বুদীপ্তা ঐ মসি পামদে। দোষ অসিগী পাপ পূন্য কানান পামদে। পরমাত্মানা হাই তারো সাধুগী ব্রা। জীবনা পাকসন্না কোইখরে জম্বুদীপ্তা, মতম অদুদা সাধু সঙ্গ তৌবা চৎলি মহাক্না, ব্রা অসি মহাক্কি মফমদা খংহল্লি ঐগী ব্রা। পুম্নমক অসি দেহতত্ত্বগীদমক্তনি, অদু ওইরবদি গুরুনা য়াবা সাধু সঙ্গ তৌবদি তঙাইফদে। মহা মন্ত্র অসি নিংশিংদ্রবা অদু ওইরবদি চুরাশীলক্ষ যোনিদা কোইরুখিগনি অমুক হন্না ।। পরমাত্মা প্রভুনা অদু ওইরবদি চৎলো, মহামন্ত্র ব্রাহৈ অসি ফংবদা জীবনা জপ তৌই। পাপ তাপ লোইনা কাওখরে মহা অনন্দদা লৈখরে। মতমগী মতুং ইন্না মতমগী মতুং ইন্না পোকপগী মতম ওইদুনা জীবনা অকিবা অমগা লোইননা পোক্লরে। পোকপতদা মঙ্গলগী

উলুধবনি লাওরক্লে। মতম অসিদা জীবনা মহামন্ত্র কাওখরে, মখোন হৌনা কপলকলে। জগৎ অসিদা করিসু খংখিদরে কপলিবা করিগীনো কপলিবা অসিগী মরমদি অমৃত থকনিংদুনা। অসুম্ন কপ্না কপ্না মপাঙ্গল কল্লে চাওরে নোইরে। মায়াবাদীনা মায়াগী কর্ম্ম কয়া তমবিরে। মায়াগী ওইবা কর্ম্মনা পুললরে অতৎপা লৈতনা। পরমাত্মা কদাই কাওখরে মনিং তৌরে। লাইবক ফবদগী সাধু সঙ্গ ফংলরে আত্মা জ্ঞান্না। জ্ঞান নিংশিংবগী ফলনা আত্মা ভগবান থেংনরে। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতদা ফোংদোকলিবনি ফাবা পুনবা অমসুং মুক্তা ওইবা জীবগী লৈরি মত ২ নি। আজ্ঞানান্ধকার সংসারদা অমক্তনি। মদুবু হাই বদ্ধ জীব শাস্ত্রদা ফোংদোক্লা লৈ। নিষ্কাম ওইরগা কর্ম্মা সংসার অসিদা কর্ম্ম ময়েং তাই, অদু গুম্বা মী অদুনা মুক্তা জীবনি খংই। মায়ানা মন্নবা বদ্ধজীবনা সংসার অসিবু কাওথোকই। মুক্তা জীবনা শ্রীকৃষ্ণ ভোজন অধিকারনি। আত্মজ্ঞান্দা খংদে আত্মাগী চেতন। কৃষ্ণ ফংবা লাপখরে সংসার তামখরে। সংসাবগী পাপ-পূন্য লৈবনি দেহদা। অদু লৈত্রবদি কৃষ্ণ ফংগনি সোইদনা। পরমাত্মাগা লোইননা জীব ৱাহৈনা পুল্লি। বাক্যভ্রষ্ট ওইবে কাইরে অপারাধী করম্না ওইগনি ফংগনি জীবনা অসিনি লুবিবদি।

ঈশ্বরদা চংসিল্লগা ব্রজ ভাব ফংগনি। কর্ম্ম তৌদ্রবদি নরক তাই শিবিবনি। জ্ঞান চৈতন্য য়াওদ্রবদি মন করি ওইনি। করিগুম্বা মন্ন সিদ্ধি ওইরকপা কান্দা। মহানির্ব্বান তন্ত্রদা হাইরি পঞ্চানন্না (শিব মহাদেবনা) মুন্না তারো পার্ব্বতী গর্ভদা লৈবগী ৱানি। মুন্না তারো সাধু পুন্নমক ইতিহাস অসি ওইরকদবা কয়াসু সাধু সঙ্গদা লৈবনি। বামন ওইরগা চিংদগী লংথবা খংদবনা মদু পামই, জ্ঞান লৈবা মীদি অদুবু ওইরগা মমিং উইশিলিবনি। পবমাত্মাগী মফমদা ভক্তিনা চংসিল্লু, সোইদনা ফংগনি শ্রীচরন কাওগনু।

---

# ৫ কল্প

## পঞ্চকোষদগী আত্মা উদ্ধার

**মনসা কল্পিতা মুর্ত্তিঃ নৃনা ঞ্চোম্মোক্ষ সাধনী।**
**স্বপ্নলব্ধেন রাজ্যেন রাজানো মানবা স্তথা॥**

**(তথাহি শ্রীমদ্ভগবদগীতায়াং)**

অদুক্কি মতিক অনুমান তৌদুনা ভজন তৌগনি নিংগনি। ফলদু ফংনবা নিংবদা হিংলিবা জীবিকা ওইরিবা। জাতি ধর্ম্ম দেব ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোকই। সাধন তৌই সিদ্ধি দেহ ফংলবদা। প্রতক্ষ ওইনা সাধ্য সিদ্ধি ওইরে। অদুগুম্বা সাধক অদুনা পুক্লিংদা যমগী অকিবা ফংই। পাপ-পূন্য যমগী অকিবা মরক্তা লৈ। ঐকান্তিকী ভক্তি য়াওদ্রবনি। শিবকান্দ শিবদা সাধককি ফলনি। শিব মতমদা জীবনা দেহান্তদা লৈবনি।

**যংযং বাপি স্মরন ভাবং ত্যজ্যন্তেকলেবরম্।**
**তংতমে বৈতি কৌন্তেয়ঃ সদা ত্তাবভাবিতাঃ॥**

**(মসিমক গীতাদা হাইবি)**

মন-ইন্দ্রিয় শেংলগা কৃষ্ণ ফংগনি, শিরমদাইদা পুক্লিংগী অৱাবা থাদোকনি। জ্ঞাননা মনগী অৱাবা খংদে পুক্লিং ২ লোংদবা সাধনগী ফল কদাইদা লৈবা। আত্মজ্ঞানগা লোইননা খংবা নত্তে মন ইন্দ্রিয়দা। ভেদ জ্ঞান সাধন চংখরে মমৈ থংদা কাওখরে। ইন্দ্রিয়গা লোইনবা আত্মা জ্ঞান প্রত্যক্ষ ওইদরে। সাধনাগী করিগুম্বা ফল খংখিদরে। আত্মা খংদরে সাধনগী বাক্যতনি। শিরগা ঈশিংদা লুপখরে খংদবা অঙাংগী মতৌগুম। আত্মা পঞ্চকোষদা পুন্দুনা লৈরগা। পুলিবা আত্মান সাধন তৌ কনাগী॥ আত্মা পঞ্চকোষদা পুন্দুনা থম্বা করি মরমগী। মথং মথং খংনিংই মসিগী মরমদা॥

**অন্নংপ্রানো মনোবুদ্ধিরানন্দশ্চেতিপঞ্চতে।**
**কোষাস্তৈরাবতঃ স্বাত্মা বিস্মৃত্যা সংসৃতিংবজেৎ ॥**
**(মসিমক বেদান্তা পঞ্চদশ্যা ৫ম পরিচ্ছেদদা)**

অন্নময় প্রানময় মন্ময় সহ অসিগা লোইনবা, বিজ্ঞানময় আনন্দময় হাইরিবা ৫ অসি খংউলৌ। মথক্কি আবরন অসিদা আত্মা পুন্দুনা লৈবনি। আত্মা আবরনগী মরমদি কোষ অসিদা লৈ। মকড়সা (তিন মখল অমনি) মহাক্কা মশাদগী থোকপা লংনা লাং অমা সেল্লগা। মদুগী মনুংদা চংদুনা লৈ লাং অদুদা জীব মচা কয়া চংসিলকই অদুবু ফারগা চাথোকই জীবিকানি অসুন্না অমম্বা অঙকপনা আত্মা মশাবু কাওথোকই। পুল্লগা পঞ্চকোষদা কর্ম্মগী ভোগ তৌরিবনি। পঞ্চকোষগী মরম লক্ষন করিনো, পুক্লিং চংনা মঙান অদু লৌরো অন্নময় কোষ অসিদা হাইরিবা অসিনি। অন্নদা লৈবা আত্মা অন্নগতনি। মন প্রান খুদুম চল্লগা আত্মাগী মমিং প্রাননয় মমিং অসিনি। ঙাওরিবা মন অদুগা তিনরগা পুলি পোত্থাবা লৈতে, পুক্লিংদা মদুবু লৌশিল্লগা আচরন, মহাক্কি মমিংনা মনময়কোষ কৌরিবনি ॥ বুদ্ধি কোষদা মহাক্কি মমিং বিজ্ঞান খংনরিবনি। জ্ঞান কোষ হাইরগা আত্মাবু খুদুম চনবা হায়বনি। সংসার অসিদা সুখ ভোগ তৌবা মহাআনন্দনি। লেপ্পা লৈতবা আনন্দনি নুঙাইবনি কাওরিবনি। অসিগুম্বা পঞ্চকোষ অসিদা আত্মা পুন্দুনা থমই। পুল্লিবা আত্মা সাধনাদা সিদ্ধ ওইদরে, সেংদ্রবা দেহনা কৃষ্ণ ফংবদি ওইথোক্তে। অরোইবা মতমদা মায়া অসি ঙাওদ্রবা, মতম অদুদা উপাইনি। মরম অসিদগী মুন্না তারো ঐগী ব্রা আত্মা জ্ঞান ফংলবদি জিবাত্মা উদ্ধারনি। মশাবু মাংহনবা মহাক পাপনি স্মৃতি শাস্ত্রাদা লৈ। ইচ্ছামৃত্যু আত্মা ঘাতী কয়ামুক হাইরি। মপুং ফাবা মতম অদু যৌদ্রবদি কনাসু শিদে। ঈচ্ছামৃত্যু আত্মাঘাতী কয়ানি মখল মখল পঞ্চ কোষদা পুল্লগা আত্মানা সংসারদা কোইনা চৎলি। অরেপ্পা লৈতবা কর্ম্মনা মরম ওইদুনা পাপ মাংলিবনি। অথোইবা

মপোকতা পোক্লগসু আত্মা উদ্ধার তৌদে। আত্মা ঘাতী ওইনা খংলিবনি মী ওইবনা। মতম অদুদা আত্মা ঘাতী ওইরবা কৃষ্ণ সেবা তৌবা দেহান্তদা চুড়াশী লক্ষ কোইবা চৎলি বেদান্তদা হাইরি পঞ্চ কোষগী ৱা। সৎগুরুদা চংজরবদি আত্মা মী অদুগীদমক্তা উদ্ধার লাম্বোক্লিবনি।

**অন্বয় ব্যতিরেকাভ্যাং পঞ্চকোষ বিবেকতঃ।**
**স্বাত্মানং ততউদ্ধৃত্য পরং ব্রহ্ম প্রপদ্যতে॥**

**(মসিমক নাতৃভেদিকাতন্ত্রদা শ্রীশিবগী বচননি)**

জীবগী মফমদা গর্ভদা পরমাত্মানি হাইরি। আত্মাগী উদ্ধার তৌদে আত্মজ্ঞান লৈতে॥ আত্মজ্ঞান ফংননবদি পামই, সৎ গুরুদা ভক্তিনা আশ্রয় তৌবতাই তণ্ডাইফদবনি নিংই।

**যে জানন্তি গুরুর্ব্বক্তাদাত্মাৎ চৈতন্য মিশ্বরং।**
**তেপুনঃ গর্ভশয়নে নস্বপন্তি কদাপি হি॥**

**(মসি মাতৃভেদিকাতন্ত্রদা পার্ব্বতীদা শিবনা হাবনি)**

সদ গুরুগী মফমদগী মুখদগী আত্মজ্ঞান ফংবা ইতিহাস ওইবনি মসি। হাইবা ৱা অসি গর্ভদা লৈরিঙৈদা তাখ্রবানি। সংসাব অসিদা গুরু অনম্ভনি হাইনা মী পূম্নমক হাইবনি। মসিগী মরমদা শাস্ত্রদা ইদুনা লৈরিবনি ৱাসি অসিবু তারগা কনাগী পুক্নিং চিংনবা। পাপকি মশকনি গুরুভেদ তৌরোই অরেপনি। গুরুতত্ত্ব খংগদবনি মদুগী নির্নয় তৌরি। কর্ম্মভেদদা গুরুঅমত্তদা নানামত পুথোকপতনি।

**অনুগ্রহায় ভক্তানাং মানষং দেহমাশ্রিত ঃ।**
**ভজতে তাদৃশী! ক্রিয়া মাশ্রুত্বাতৃৎপরোভরেৎ॥**

বৃন্দাবন ধামদা কৃষ্ণনা মীওইবগী রূপ পুথোকই। ব্রজবাসিশিংনা মহাকপু ভোজন তৌই অসিগুম্বা প্রেমভাব অসি লৌরিবনি ব্রজবাসিনা। নবদ্বীপ্তা অবতার তৌই শচীগী মচা ওইনা মহাক্না ভক্তি ভাব অসি তম্বিখি।

ভক্তশিংনা ভক্তি ভাব অদু য়াম্না পার্মখি। কৃপা তৌবিখি প্রভূ শ্রীরূপ অদুদা ব্রজ ভাব পুথোকই শক্তি লৈনা। তাবিয়ু পুন্নমক ঐনা নিবেদন তৌজরি। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত পাবিয়ু। বিচারগা লোইননা গোস্বামীশিংনা। শ্রীগুরুবু ইকাই খুম্নবগা শ্রীকৃষ্ণ ভজন তৌগনি। সিদ্ধ ওইরবদা শ্রীকৃষ্ণ সোইদনা নিংলক্কনি। মথং মথং দেহদা সঙ্কার তৌরবনি। শ্রীরাধাকান পরকিয়া ভাবতা রস আসদা আশ্রয় তৌরি। নিংউ শ্রীকৃষ্ণ মতম পুন্নমক্তা শর্করী (নুপি) ওইনা প্রেমগী রসদা শ্রীকৃষ্ণ ভজন মতম পুন্নমক্তা। কৃষ্ণ ভজন নত্তবা জগত্তা লৈত্রবনি। কৃষ্ণ নিংউ কৃষ্ণ হাইয়ু কৃষ্ণ নাম লৌবো, কৃষ্ণগী কৃপান সোইদনা বৃন্দাবন ফংগনি। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য অমদি নিত্যানন্দ রায়, শ্রীরূপ শ্রীজীব অসিনচিংবগী সহায়না। প্রভু ভক্ত বৃন্দ পুন্নমক্কী আভিপ্রায়নি। আত্মতত্ত্ব খংগদবনি অসুম্না হাইরি। প্রভু পাদ পদ্ম থগোইদা খমগানি ? পাপ শাকপিগনি। শ্রীচবন্দ মতম পুন্নমক্তা কাওবোইদবনি শ্রীচরনগী ননাইনি নিংজরিবনি ॥

---

## ৪ খণ্ড/১ কল্প

## দেশকালপাত্রবর্ননা চতুর্থ খণ্ড (দেশকালপাত্র) আশ্রয়নির্নয়।

**আশ্রয় গুরুপাদশ্চ বৈষ্ণবোদীপন ঃ স্মৃত।**
**প্রবর্ত্ত সাধক সিদ্ধিং ক্রমাৎ পঞ্চ বিধাশ্রয় ঃ ॥**

আশ্রয়নির্নয় হাইবসি ৫ থোক্লা খাইদোকই। তারো ভক্ত পুন্নমক মরুওইবা ৱাফম অদু ১-মন্ত্র, ২-নাম, ৩-ভাব, ৪-প্রেম ১সুং ৫-রসাশ্রয় অসিনি, সাধন আশ্রয় ৫ অসিগী মশক শিংনি। প্রবর্ত্ত সাধক সিদ্ধি ওইরবদা, প্রবর্ত্তককি মন্ত্রাশ্রয় অমদি নামাশ্রয়নি। নামাশ্রয় অহানবদা

লৌগনি পাপ মাংননবা অহানবদা সেংদোকপনি । মসিদা প্রবর্ত্তক সিদ্ধওইরে হাইনা বিচার তৌগনি । সোইদনমক্কি সিদ্ধ ওইবে হাইবসিদা চিংনরোই । প্রবর্ত্তক নত্তনা সিদ্ধ ওইরোই । চৎনবগী মতুংইন্না খংগদবনি অরেপ্পনি । সাধক্ক ভাবাশ্রয় তৌগনি । সিদ্ধি দেহদা প্রেমাশ্রয় রসা শ্রয় লৌগনি । শ্রীগুরুগী চরন্দা চংজগনি । সখিগি চরন নাক্তা নকখিগনি । সেবাদা পান্না চংসিলগা গইখিবনি, উদ্দিপন্দ বাধা কৃষ্ণবু দর্শন ফংবনি । পুক্লিংনা নিংবদ্র সিদ্ধওইরগা দেহদা চিন্তা তৌবনি সাধকক্কী ধর্ম্মদি মসিদা অবোইবনি । শ্রীরাধাকৃষ্ণগী চবন ২ দা সিদ্ধগী আশ্রয়নি আলম্বন সখি সঙ্গ অরেপনি । মসি অকনাব মৈনোকনি মুন্না তাসি । নব কাদম্বিনী হাইবা অসি মেঘা মলানি, খোইনু, কোকিল, ময়ুবরাক্তোং হাইবিশিং অসি উদ্দিপনগী লক্ষন ওতনি । রাগগী হেংলকপগী আশ্রয় অদু বর্নন। তৌবতনি । সিদ্ধগী অনুরাগনি খংগনি । নিবৃত্তি ওক্তবদা প্রেম রাগনি । প্রেম রাগসি ফংলে হাইনা খনগনি নিশ্চয়, সাধককী লীলা বাণ মপুং ফাববনি । চংসিলকলিদা রাগ অদু উদ্দিপন মপুং ফারবনি । নাম অসি পান্নবদি, মন্ত্র অসি লৌরো, আশ্রয় নির্নয়গী মরুওইবনি । দেশকাল পাত্রগী মতুংইন্দুনা ব্রা অসি মুন্না হাপদবনি অপাম্বনি লোইদ্রবা ব্রামন্নি ।

---

## দেশকাল পাত্রগী অর্থ

সাধুশিংনা পুক্লিং চংনা তাগদবনি । দেশকাল পাত্রগী ব্রা অসি বর্ননা তৌরি । সাধকশিংগী লম্বি মরি থোক্ল খাইদোকই । গাহস্থ্য ১সুং বান প্রস্থ, মথা অমুক তাবসি ॥ ব্রহ্মচর্য্য ১সুং সন্যাস ৪ অসিনি । স্থুল প্রবর্ত্ত সাধক সিদ্ধি মনিংনি । দেশ কাল পাত্র ১দি আশ্রয়নি ! আলম্বন উদ্দিপন হাইবিবশিং অসিগী তত্ত্ব নির্নয় তৌবসি । জীবাত্মাগী লৈফম মাতৃগী অষ্টদল দা লৈ । চতুর্ব্বিংশতি তত্ত্বনা মহাকি মফমনি হাইরি । দেহ ধারী জীব অসি গর্ভ অসিদগী পোকপনি । মনিংগী মরমদা খংগনি মতম

অসিদা ।। পিতৃগী শুক্রশোনিত অসিনা দেহ অসি সেম্বনি । চিঞ্জাক্লা চিংবা মথং মথংগী পাত্রনি । নিত্য নৈমিক কর্ম্ম ১মদি প্রায়শ্চিতনচিংবনা আলম্বন তৌরগা থবক পুম্নমক অসি ওইরকপনি । তারগা উরগা ভাবনা পুথোরকপনি । উদ্দিপন মৈচাক অসিনি হাইরি সাধুশিংনা । স্থুল ১সুং প্রাকৃত দেহ অসি পঞ্চভূতনা সেম্বনি শাবনি বেদনা চিংবকার্য্যদা স্থুল দেশকী পরিচয় তাকলি । কৃষ্ণফংননবগী থবক্তা লৈ প্রবৃত্তিমরম । থবক অদু তৌরগা দেহ অদু প্রবৃত্তি ওইরে হাইব মফম শ্রীকৃষ্ণগী থবক কয়াদা সাধকনা তৌরিবনি, মসিবু সাধক দেহনি হাইরি । শ্রীকৃষ্ণগী তৌগদবা থবক কয়া মপুং ওইরে, সিদ্ধিদেশনি হাইনরি ।।

## দেশকাল পাত্র বিভাগ

| | স্থুল দেশ | প্রবর্ত্ত দেশ | সাধক দেশ | সিদ্ধি দেশ |
|---|---|---|---|---|
| দেশ | মায়াময়জম্বু-দ্বিপ | নিত্য নবদ্বীপ | শ্রীবৃন্দাবন | বৃহৎবৃন্দাবন |
| কাল | অনিত্য কাল | নিত্য কলি | দ্বাপর | আধার দণ্ড নিশা |
| পাত্র | সৃষ্টি কার্ত্তা ব্রহ্মা | শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভু | শ্রীনন্দের-নন্দন | শ্রীরাধিকা জীউ |
| আশ্রয় | পিতা মাতা চরন | শ্রীগুরু চরন | সখিভাব | শ্রীরূপ মঞ্জরী |
| আলম্বন | বেদাদি ক্রিয়া | হরিনাম সংকীর্ত্তণ | ভাবনা ময় | প্রেম সেবা |
| উদ্দিপন | পুরানাদি শ্রবন | বৈষ্ণব গোশাঁই | পূর্ব্ব রাগ | বংশীধবনি |

# তৃতীয় কল্প

## দেশকাল পাত্রবর্ণনা

সাধকশিংগী অসিগুম্বা স্থুল, প্রবর্ত্ত, সাধক ১সুং সিদ্ধি ৪ অসি লেংদবনি, হাইরিবশিং অসিগী তোঙান তোঙান মওং থবক লৈরি যথা:–

১। স্থুলদেহগী স্থুল অদু লেংদনা লৈবা, স্থুলগী প্রবর্ত্ত (ইস্‌সীলকপা) প্রবর্ত্তক অদুগী সাধক ১সুং স্থুলদেহ অদু সিদ্ধিওইবা অসি অভিমাননি (পামজবা)।

২। প্রবর্ত্তগী মফমদা প্রবর্ত্তগী লেংদবা, প্রবর্ত্তগী প্রবর্ত্ত (ইস্‌সিল্লকলিবা) প্রবর্ত্ত অদুগী হোৎনরিবা সাধক (মী) ১সুং প্রবর্ত্ত অদু সিদ্ধি (থবক অদু পাংথোকপা) অভিমান (অপাম্বনি) সাধক অদুগী।

৩। সাধককি মফমদা– সাধক্কী স্থুলদেহ, সাধককী প্রবর্ত্ত সিদ্ধি ওইরবা সাধক ১সুং সাধক্কী সিদ্ধি হোৎনবগী নুঙাইবা অসি অভিমাননি।

৪। সিদ্ধিগীনা– সিদ্ধিগী লেংদবা স্থুল (নোই পেম্বা দেহ) সিদ্ধিগী প্রবর্ত্ত সিদ্ধিগী সাধক ১সুং সিদ্ধিগী অভিমান (নুঙাইবা পামজবনি)।

১। স্থুলদেশকী থবক – স্থুল দেহনা ব্রহ্মাগী য়াথং মতুংইন্না অমদি পিতা-মাতাগী মত মতুংইন্না দশবিধ সংস্কার. বেদ তম্বনচিংবা থবক তৌবা পুরান তাবা প্রবর্ত্তক অদুগী সংস্কার ফংবগী বাসনা হৈনবা নুঙাইবা পোকপা অসিনচিংবা অসিনি।

২। প্রবর্ত্ত দেশগী কার্য্য– দেহদা অনৌবা ৱাখল ভাব লৌবা মসি প্রবর্ত্তনি; গুরুগী চরন্দা চংজবা হকচাং দেহ অসি চিংসিন্না অমসুং মন্ত্র লৌবদা চৈতন্য সমপাদন মাংওইনরগা নাম কীর্ত্তন তৌবা বৈষ্ণবকী আশ্রয় তৌবা অসিনি।

৩। সাধক দেশকী কার্য্য— সাধক দেহ অদুনা বৃন্দাবনগী থবক পরিক্রমা অসিনচিংবা অপাম্বা ওইবা। শ্রীনন্দ নন্দনগী য়াথং মতুং ইন্না সখিগী চরনাশ্রয় তৌবগা পূর্ব্ব রাগ নিংশিংবা।

৪। সিদ্ধিদেশকী থবক— সিদ্ধি দেহ (মপুং ফাববা) দেহ অদুদা শ্রীমতিগী অযাব য়াথং লৌবগা শ্রীরূপ মঞ্জুরীগী মতুং ইন্দুনা প্রেম সেবা ১৮ দণ্ড গী মতুং ইন্না কঞ্জ সেবা তৌরগা, বংশী মখোল তাননবগী যাম্না খৌবাংনা ওইনা বিশুদ্ধ দেহ ফংলবদা শ্রীশ্রী রাধাকৃষ্ণগী যুগল চরন সেবাদা প্রেমানন্দ ওইর্বাস নিত্য শুখ ভোগ ফংলবনি।।

অম্নক মখল ৪সিগী অন্বয ব্যাখ্যা —

১। স্থূল দেশকী ব্যাখ্যা— স্থূল প্রবর্ত্ত সাধন ১সুং সিদ্ধি অসিগী মতৃং স্থূলগী প্রত্যেক সাধক লেংদবা কার্য্যনি। বেদ পাঠনাচিংবা বৈদিক অনিত্য কর্ম্ম, প্রায়শ্চিত্তনাচিংবা থবক স্থূলগী প্রবর্ত্তকনি। দেবতাশিং দর্শন তৌবা নিংশিংবা পূজানাচিংবা থবক অসি লেংদবনি কার্য্যনি। নামাশ্রয় তৌবদা আশক্তি পুক্লিং চংবা মতিক চাবা অসি স্থূলগী সিদ্ধি ওইবে হাইবনি। পুম্নমক অসিদি স্বধর্ম্মগী আচরননি। বিষ্ণু ভক্তিনি। অহনবগী হাইর্বাদ থাইস্থ ধর্ম্মনি মসিদি।

২। প্রবর্ত্ত দেশকীব্যাখ্যা - স্থূল, প্রবর্ত্ত, সাধক ১সুং সিদ্ধি ৪ অসিনা প্রবর্ত্তক ওইরবনি হাইরি ? প্রবর্ত্তকী স্থূল অসি প্রবর্ত্তকী কার্য্যনি মানতৌরিবনি। নাম আশ্রয় ১সুং মন্ত্র আশ্রয় প্রবর্ত্তকী প্রবর্ত্তক ওইবনি। সন্ধ্যা পূজা নিত্যনৈমিত্তিক থবককয়া প্রবর্ত্তক অসিগী সাধক ওইবনি। সেবাদা পুক্লিং চংবা ভজনাচিংবা থংবা ওইরগা প্রবর্ত্তকী সিদ্ধি কানবা ওইরে। হাইরিবা কর্ম্ম পুম্নমক ভক্তিগা লোইননা ভগবান্দ কখোকপা মসি অনিগুবা বানপ্রস্থগী ধর্ম্মনি।

৩। সাধকদেশকী ব্যাখ্যা– স্থূল প্রবর্ত্ত সাধক অমসুং সিদ্ধি অসি করি করম্বা মওংনো ? সাধক অসিগী লেংদবা সাধক কার্ত্তানি। উপাসনা তৌনদা তম্বনানিংবা অসি সাধকী প্রবর্ত্ত (ঊনসিন্না চংশিনবা), অসি সাধকনি মানা তৌরিবনি সেবাদা পুক্লিং চংবা সাধকী সিদ্ধি ওইরগনি। মসি গ্রন্থ লৈত্রবসু ভক্তিনি মসিদনা অষ্টমশুবা সোপান হাইবদি ব্রহ্মচর্য্য ধর্ম্মবু হাইবনি।

৪। সিদ্ধি দেশকী ব্যাখ্যা - স্থূল, প্রবর্ত, সাধক অমসুং সিদ্ধি করি করম্বা মওংনো ? সিদ্ধি স্থূলগী কার্ত্তানি। ভাব মতুংইন্না সিদ্ধিগী প্রবর্ত্ত প্রেমগী আশ্রয় চংজফম অমসুং রস অদু ফংবা সিদ্ধিগী সাধকনি। সেবাদা পুক্লিং চংলগা থবক অদু প্যাংথোক্লগা সিদ্ধি ওইবনি। হাইরিবা ব্রা অসি প্রেম ভক্তিগী অনুরাগনি মরিশুবা মসিনা সন্যাস ধর্ম্মবু থংনর্গবনি

প্রবর্ত গুরু সেবা তৌরিবা শিষ্য সেবকনি।

সাধকদা– সখিগা সম্বন্ধ ওইনা।

সিদ্ধিদা-- মঞ্জুরী কংলগা মতৈ মতৈ প্রেম সেবাগী মহাভ রস আস্বদন তৌবা লৌবা অসানি।

অহানবা সোপানদগী হৌরগা সাধক অদুনা মরুওইরিবা সিদ্ধ বস্তু অদু ফংবদা ১৬ অসি মপুং ফারে।

বৃহৎচাওরবা দেশকাল পাত্রগী অর্থ খংলগা মথক্কি মহাজনশিংগী মফমদা মফম অদুগী লেংদবা লৈবিবা অমসুং প্রবর্ত্ত দেশতা যান্না কুপ্পা তটস্থ মফম অদুদা লৈবনি হাইবগা মফম পুম্নমক বর্ননা তৌবে হাইবসি খংনরে। মসিমক মফম অসিদসু বননা তৌরিবা অসিনি। মহাজনো যেন গতঃ সপন্থাঃ।

---

# চতুর্থ-কল্প

## দেশকালপাত্রগী মহাজনী অর্থ

স্থুলদেশকী অর্থ মখল অনিনি। অনি অসিগী মনুংদা অমদি মাতৃ গর্ভদা লৈবনি, অতোপ্পা অমনা মপানগী ভাব ফোংদোকপনি। স্থুলতশেংবা লৈফম মায়াগী মশক ওইরিবা জম্বুদীপনি।

স্থুল হাইবসি করিবু হাইরিবনো ?

স্থুলগী অর্থ পিণ্ডাকারনি। পিণ্ডগী মশক ওইরিবা শুক্র শোনিতদুনা অমত্তা ওইরগা (হাইবদি মতুম) ওইরগা নোই চাওই, মহাকি মমিং স্থুল হাইরিসিনি।

তটস্থ করিবু কৌরিবনো ?

তটস্থগী অর্থ পোকপা। মসিদা ইন্দ্রিয় তরা (১০) পোকপা, অসিগী মমিং তটস্থ কৌরিবনি। পিতৃ মাতৃদগী ওইবা মায়া শক্তিগী সৃষ্টিবু স্থুলতটস্থ হাইরিবনি; অসুং জীবগী লৈফম দেশ হাইবি। মাতাগী খোইদৌ মখা মনা ৮ পানব থম্বানদা জীবগী লৈফম ওইরবনি।

মায়া পাশ কদাইবু কৌবগে ?

পিতান মচাবু পুলগা, নিত্য-অনিত্যগী জ্ঞান লৈতবনা ঐ অমসুং ঐগী হাইবা মায়া অনিনা মরম ওইরগা 'অহং' ৱাহৈ অসি মায়ানি মায়া।

জম্বুদীপ কদাইবু কৌবগে ?

পোকপা, লোইবা লৈবা, শিব অরোইবনি, মসিগী মমিং জম্বুদীপ কৌই।

কাল-অরেপা লৈতবা কলি অসি করি হাইবনো ?

মতম অদুদা মাতা-পিতা সঙ্গদগী ওইরকখিবদু মাতাগী মনা ৮ পানবা থম্বান ময়াইদা মায়া ওইনা লৈরিবা, অসিগুম্বা মায়া অনিত্যানি হাইরিবনি ।

পাত্র— সৃষ্টিকার্ত্তা ব্রহ্মা কদাইবু কৌবগে ?

অসিনা মরম ওইদুনা থবক অদু পাংথোকই নত্রগা মহাক্না সেমখিবনি অমসুং সেমলিবনি অমদি অসিনা মরম ওইদুনা দেহ পোকলিবনি, হাইবদি পিতা মাতা অনিগী সঙ্গদা অদুগুম্বা শুক্র-শোনিত অদু তিনরগা জগৎ সেমখ্রিবনি, অসিবু সৃষ্টিকার্ত্তা হাইনা খংনরিবসিনি ।

আশ্রয় (চংজফম)— পিতা মাতাগী চরন করি কৌবগে ?

পিতা মাতাগী চরন মতুংইন্না চংজবা অদুবু আশ্রয় চংজফম কৌরিবনি ।

আলম্বন— বেদনা চিংবা বেদনা তাকপা কার্য্য করি কৌবগে ?

অদুগুমবা থবক অদুনা মরম ওইদুনা থোকহল্লিবা পুথোকলিবা অসিবু আলম্বন কৌরিবনি খংনরিবনি অসিনি ।

উদ্দীপন— পুরান্নচিংবা তাবা হাইবসি করিবুনো ?

অদুগুমবা শাস্ত্রগী ৱা তাবদা, ময়ানা তৌরিবা জীবা আগী মায়া থবকশিং অদুদগী মুক্তি ফংলগা, পাপ-পূন্য জন্ম-মরন অসিবু লৈতবা শোইদনা জীবন অসি মুক্তি ফংবা, অমুক হন্না ষদ্জ্ঞান ফংখ্রবনি সংসার মায়ানি খংলবা, অসিগুম্না শাস্ত্র অসিদা কুপ্না বিচার তৌদুনা মায়া থাদোকপা অসিবু দেশ নত্রগা প্রবর্ত্তক দেশ কৌরিবনি ।

সুক্ষ্মতট হাইবসি করিবু কৌবগে ?

সূক্ষ্মগী অর্থ চৈতন্য লেংদবা ব্রহ্মবু হাইবনি । তটস্থগী অর্থ পোকপনি ।

ব্রহ্মগী মশক ওইরিবা প্রকৃতিগী ওইদবা, পঞ্চভুতকী চিৎশক্তিগী হাইবদি জ্ঞান হাইবা অসিনা মরম ওইদুনা শ্রীচৈতন্য গুরুদগী খোমজিল্লকপা যোনিদগী ওইবা নত্তবা উৎপত্তি পোকপা চতুর্বিংশতিদগী ওইরকপা দেহ অদুবু সুক্ষ্মতটস্থ জীব কৌরিবনি।

নিত্য নবদ্বীপ কদাইবু কৌরিবনো ?

মহাক পোকপা অমদি পোকপা শিবা অমুক নাইদ্রবা অমসুং মদুদা পঞ্চ জ্ঞানেন্দ্রিয়গী সাক্ষাৎ প্রতক্ষ সংশং মিৎনা উবা মহাকি মমিং নিত্যানি। নবদ্বীপকী অর্থ অনৌবা দ্বীপ হাইবনি। চিৎ শক্তি মরম ওইদুনা শেমখিবা থমোইগী অরেপা মফমবু হাইবনি। হাইবদি চৈতন্য গুরুগী মশক্তা অদুগীসু মফমদা অমদি মসিদা চৈতন্যগী লৈফম ওইরিবা অসিগুম্বা মফম অসি নবদ্বীপ কৌই।

কাল– নিত্য কলি কদাইবু কৌবগে ?

কালগী থোইদোকপা, প্রবর্ত্তগী অহানবা, তিনখিবগী মতম মন্ত্রগী অর্থ অদুনা মরম ওইরগা গুরুবু চৈতন্যগী মশক ওইনা উরগা, অজ্ঞানী ওইবা জীববু চৈতন্য ওইরগা মশাগী ওইবা লেংদবা থবক কয়াবু মপুং ফানা পুথোকলিবা হাইরিবা অসিবু নিত্য কর্ম্মা কৌরিবনি।

পাত্র– শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভু কদায়বু কৌবগে ?

শ্রীগী অর্থ ফজবা হাইবনি, কৃষ্ণগী অর্থদি, চিংশিলগা আকর্ষন তৌরগা চৈতন্যগী অর্থ ইংবা তপ্পা, মহাপ্রভুগী অর্থ- মহাভাবপু চেনচাওবা থৌজান হৈবা হাইবদি মহাক্না নিত্যকর্ম্মনচিংবা তৌগে হাইবগীদমক শ্রীকৃষ্ণ ওইরগা জগৎ অসিগীদমক 'মন' পুক্লিং ফংজখ্রবা মওংদা আকর্ষন তৌরগা অরেপ্পা লৈত মায়া সংসার অসিবু মাংহনবা অমসুং চৈতন্যগী মশক্তা খংদবা জীবশিংবু চেতন পিবা, ঐ-ঐগী হাইবা অহঙ্কার মায়ানা সেল্লিবা খোঙ্খোক মাংহনবা লেংদবা আত্মা চৈতন্যগী জ্ঞান পোকহলগা চৈতন্যমকনি উহনলিবা অসিবু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মহাপ্রভু কৌরিবনি।

আশ্রয়— শ্রীগুরু চরন কদাইবু কৌবগে ?

অজ্ঞানী জীব ওইবা মান, মাতৃ গর্ভদা তরেৎশুবা থাদ, অসিগুম্বা থোইদোকপা তত্ত্ব সি খংলগা জীব মুক্ত ওইরিবনি। নাম অমসুং মন্ত্রনা মরম ওইদুনা নববিধা ভক্তি খংলগা চেতন ইংবা মুন্না খংবা ওইরিবনি। মসিবু শ্রীচৈতন্য গুরুগী চরন আশ্রয় কৌরিবনি।

আলম্বন— হরিনাম সংকীর্ত্তন কদাইবু কৌবগে ?

হরিগী অর্থ— মহাক্কা পুক্লিং-মন হুরালি, হাইবনি, সংকীর্ত্তনগী অর্থদি রাধা কৃষ্ণগী লীলা কয়া গুণনচিংবা কীর্ত্তন তৌবা শকপা শোনবা অমসুং জগোই সাবা কযা অসিবু হরি হাইরিবনি।

উদ্দীপন— বৈষ্ণব গোঁশাই করি কৌবগে ?

উরগা তারগা মনগী ভাবকী উদয় ওইরকপা অসিনা মরম ওইদুনা পঞ্চ জানেন্দ্রিয়গী মুন্না খংলকপা সাক্ষাৎ ওইবা গোচরগী জ্ঞাননি অমদি উবা ফংবনা, রাধা কৃষ্ণগী তত্ত্ব, পঞ্চতত্ত্বনচিংবা অমসুং সাধককী বৃন্দাবন লীলানচিংবা খংবা ঙম্বা, অসিবু উদ্দীপন বৈষ্ণব গোঁশাই কৌরিবনি।

সাধককী দেশ— নিত্যবৃন্দাবন কদাইবু কৌবগে ?

দেশ অদু চুরাশী ক্রোশনা সিন থুংবনি অমসুং শাংবা মানবনি মসিবু নিত্য বৃন্দাবন হাইরিবনি।

চুরাশী ক্রোশ কদাইবু কৌবগে ?

চুরাশী খুদম হাইবদি খুদুপ অহুম মখাইবু চুরাশী ক্রোশ কৌরিবনি।

কাল— দ্বাপর কদাইবু কৌবগে ?

দ্বাপরগী অর্থ— দ্বিতীয়তত্ত্ব অনিশুবনি তত্ত্বনি। মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণ বৈষ্ণবপু গুরুগী শক ওইনা উবা, কাম গায়ত্রি উপাসনা তত্ত্বনা মরম ওইরগা থমোইবু চিংশিনব অমসুং ২৪$\frac{১}{২}$ চন্দ্রগী তোঙানবা তত্ত্বনি খংলগা

প্রকৃতিগী দেহবু প্রকৃতিগী ওইদবা লংলবা মঙান রস মহাও সাধন তৌবা মতম্থু দ্বাপরনি।

পাত্র– শ্রীনন্দগী মন্দন (মচা) করিবু কৌবগে ?

পাম্বোম ২ পাম্বা মুরলী পাইবা শ্রীকৃষ্ণবু নন্দগী মন্দন (মচা) কৌরিবনি। হাইবদি মহাক্লা বৈষ্ণবপু গুরু ওইনা থোইদোকপা তত্ব অদু খংলগা শেংনা ভজন শিক্ষা তৌরগা অন্তরর্য্যামি ওইনা উবা, বৃন্দাবন্দা লৈবা কৃষ্ণ রাধা অমসুং গোপী সঙ্গ তৌরগা, খংদবা মতমদগী হৌরগা অরোইবা মতমদা তৌরিবা লীলা থবক কয়া তৌখরে; মসিবু মুন্না খংলিবা মতিক চাবপাত্র শ্রীনন্দগী মন্দন মচানি হাইরিবনি।

আশ্রয়– সখি ভাব কদাইবু কৌবগে ?

মসিগী অনুগত ওইনা লৈরগা, মখোয়গী য়াথং মতুং ইন্না অয়াবদু লৌরগা অদুগী মতুং ইন্না আদেশ অদু পালন তৌবা আশ্রয় সখি ভাব কৌই।

আলম্বন– ভাবনাময়ী ভাবতগী ওইবসি করি কৌরিবনো ?

সখিগী অয়াবা অপাম্বদু লৈরগা, মখোইগী অয়াবগী মতুং ইন্না থবক তৌরিবা অদু আলম্বন ভাব ময়ীনি।

উদ্দীপন– পূর্ব্বরাগ কদাইবু কৌই ?

অহানবা অনুরাগ অদু পূর্ব্বরাগনি, হাইবদি দর্শণ অমসুং শ্রবন অসিনা মরম ওইরগা, পুক্লিংগী অনুরাগ অদু উদয় ওইরকপা, উকবা অরুবগী আকাঙ্ক্ষানা নুমিৎ নুমিৎকী চাওখৎলকপা অসিবু উদ্দীপন পূর্ব্বরাগনি।

সিদ্ধিদেশ– বৃহৎবৃন্দাবন কদাইবু কৌবগে ?

চুরশী ক্রোশনা সিনথুংবা দেহ (হকচাং) বৃন্দাবন্দা সুক্ষ্ম চারিক্রোশকি মনুংদা লৈবা দ্বি-ক্রোশ, মতম চুপ্পা শানবদা কৈশোর ভজন ওইরিবা মফম অদু সিদ্ধি দেশ বৃহৎ বৃন্দাবননি।

কাল— আঠার দণ্ডনিশা কদাইবু কৌবগে ?

মতম মতম অদুগী রসপ্রেম শৃঙ্গারগী মতম ওইরকপা অদুবুনি। হাইরিবা মতম হাইবদি নায়ক নায়িকা অনিগী থমোই তিংথোক্লবদা ১৮ দণ্ড লেংদবা কৈশোর ভজন নিংলিবা মতম অদু আঠার দণ্ড নিশা কৌরিবনি।

পাত্র— শ্রীরাধিকা জী কদায় কৌবগে ?

মহাক অদুনা রসময়ী মুর্ত্তি লৌরগা, রসরাজবু আকর্ষন তৌবা অদুদা রস অদু আস্বাদন তৌবা, অদুগুম্না পাত্র শ্রীরাধিকা জীনি হাইরিবনি।

আশয়— শ্রীরূপমঞ্জুরী কদাইবু কৌবিবা ?

মহাক প্রকৃতিগী ওইদবা দেহ অদুনা নিত্যকার্য্য তৌবা নিত্যবস্তু সাধন তৌরগা নিত্যেশ্বরী ফংখ্রিবনি, অসিবু আশ্রয় শ্রীরূপামঞ্জুরী কৌরিবনি।

আলম্বন— প্রেম সেবা কদাইবু কৌই ?

শ্রীরূপমঞ্জুরীগী মতুং ইলগা, হাইবদি মঞ্জুরীগী মশক লৌদুনা গুরুগী মফমদগী লাকপা আশ্রয় লৌবা গুরু অষ্ট শখিবু ফংলগা মহাকপু আলম্বন তৌদুনা নিংথিনা প্রেম সেবা তৌবা অসিবু হাইবনি।

উদ্দীপন— বংশীধ্বনিগী উদ্দেশ্যাদা শ্রবনেন্দ্রিয় শিংথানিঙাই ওইরিবা ষোড় শোপচার পোৎলম ১৬ পূজা তৌননবগীদমক, গন্ধ পুষ্পনাচিংবা থোমজিনবা অসিবু বংশীধ্বনি কৌরিবনি। হাইবদি বংশীধ্বনি তাবতদা থমোইদা কৃষ্ণরূপ ফাওরকপা শংশংনা, পুক্নিং লাংলগা কৃষ্ণ উননিংবা লোইননা নিংবা, লৈবা ঙম্লক্তবা ব্রাখল থমোইদা ফাওরকপা অসি উদ্দীপন বংশী ধ্বনি কৌরিবনি অঙকপনি ভাব ব্রাখল জীবগীনি॥

মতাং অসিদা দেশকালপাত্র লোইরে।

---

# পঞ্চম খণ্ড

## ৫শুবা খণ্ড (আত্মতত্ব ১সুং পঞ্চতত্ববর্ণন)

## জীবতত্ববর্ণনম্

### অহানবা কল্প

১। জীব অসি মখল কয়া শুবগে ? জীব মখল মঙাথোক্না থাইদোকই। যথা ঃ–

(১) স্থুল জীবনি, (২) তটস্থ জীবনি, (৩) বদ্ধ জীবনি, (৪) মুক্ত জীবনি, (৫) সুক্ষ্ম জীবনি।

১। স্থুল জীব কদায়বু কৌবগে ? উত্তর জীব অদুনা রজগুণগী বীর্য্য অদুগা তিনরগা নোইরে চাওরে মওং নাইদরে অদুবু স্থুল জীবনি খংনরে।

২। তটস্থ জীব কদাইবু কৌবগে ? উঃ– অদুগুম্বা জীবদো দশ ইন্দ্রিয় হাইবদি জ্ঞান ইন্দ্রিয়, মিৎ-না-নাতোন-নাকোং-উম্সা ৫ অসি জ্ঞান ইন্দ্রিয়নি ! কর্ম্ম ইন্দ্রিয় খোং-খুৎ গুহ্যদ্বার– জলনিক্ষেপ, মলনিক্ষেপ থবকসি পাংথোকলিবা অসিবু তটস্থ জীবনি খংনৈ।

৩। বদ্ধ জীব করিবু তৌরিবা? উঃ– পিতাদুনা পুত্রগী প্রেম পাশনা পুন্ব হাইবদি মতাং অসি পিতা মপাদুনা হরাওই, ঐনা মাবু ফংবসিদি লুপ্তপিণ্ড ওইররোই হাইবগী হরাওবা, যথা– "পুত্রার্থং ক্রিয়তেভার্য্যা পুত্রোপিণ্ডোদকক্রিয়া ন তু ইন্দ্রিয় সংযমানার্থং" মরম অসিদগী লুপ্তপিণ্ড ওইররোই হাইবা অসিদগী হরাওজরিবা মপা অদুবু বদ্ধ জীব কৌরিবনি।

৪। মুক্ত জীব করিবু তৌবগে ? উঃ– অদুগুম্বা জীব অদুনা গুরুদেবগী মনাই ওইরগা পাশনচিংবা ভোগ হাইবদি সংসারগী মায়া-অয়িং, অছা,

অৱা-নুঙাই, অথুম-অহাও, সনা-লুপা, নুপী-অঙাং, লন-থুম, পুত্র-ডার অসিনচিংবসি থাদোক্লবা মদুদা মিহৌরুদ্রবা সন্যাস অসিবু খংনৈ।

৫। সুক্ষ্ম জীব কদাইবু কৌরিবা ? উঃ– অদুগুম্বা জীব অদুনা কৃষ্ণগী মনাই ওইরবদা হাইবদি সংসার অসি থাদোক্লগা করিসু অপাম্বা লৈত্রবা মীদুনা ঐ সংসারগী মায়া বিরক্তওইরবনি, কায়-মন-বুদ্ধি সংযোম তৌরদুনা শ্রীভগবানগী চরনতবু নিংলিবা পামলিবা মী অদু সুক্ষ্ম জীবনি হাইরিবা ময়াম অসি আত্ম জ্ঞাননি, মী নম ছোরি যাওদ্রবা তত্ব জ্ঞান মপুং ওইরবা ভগবৎকি চরনতবু মীহৌজবা জীবনি।

৬। আত্মা মখল কয়া শুবগে ? উত্তর– আত্মা অসি মখল ৫ থোক্লা খাইদোকলি।

৭। অদুগুম্বা আত্মা করিনো ? উত্তর– জীবাত্মা, ভূতাত্মা, পারমাত্ম, আত্মারাম অমসুং আত্মা রামেশ্বরনি।

৮। জীবাত্মা মফম কদাইদা লৈখরে ? উত্তর– ভাণ্ডে মতিক চাবা পাত্রনি।

৯। মতিক চাবা পাত্র অদু করম ওইবনো ? উত্তর– অশেংবা তত্ববস্ত অদুদগী মতিকচাবা ভাণ্ড মতিক চাবা ভাণ্ড ওইরিবনি।

১০। তত্ববস্তু অদু করি করিনো ? উত্তর– পঞ্চভূতনচিংবা তত্ববস্ত অদুবু হাইবনি।

১১। পঞ্চভূত কদাইবু কৌরিবা ? উত্তর– লৈপাক-ঈশিং-মৈ নুংশিৎ অমসুং আকাশনি হাইরিবশিংঅসিবু পঞ্চভূত কৌরিবনি।

১২। জীবাত্মা করম্না খুদুম চনগনি ? উত্তর— অপাম্বমি হৌব পুম্নমক ঙমলক্কুনা চংসিল্লকলি মদুদগী অরাম্বা খৌরাং থাদোক্কুনা মুক্তি ফংবসিনি।

১৩। ভুতাত্মা করম্না খুদুম চনগনি নংনা ? উত্তর— লোভমোহ লৈত্রবদা মুক্তি ফংলিবনি অমসুং হায়রিবা ৱা অসি সাধনা তৌবতনা পাঙ্গলনি।

১৪। সাধনা কদাইবু কৌরিবা ? উত্তর — সখি ভাবতা চংশিলগা অমসুং কামবীজ কাম গায়ত্রী অসিনচিংবা সাধনাতনা ঙমগনি।

১৫। পরমাত্মাবু করম খুদুম চনগনি ? উত্তর— নাম মন্ত্র অসিনা অমত্তা ওইবা ৱাখল ওইরকলবা মতম অদুদা পরমাত্মাবু লাকসিন্বা ঙমগনি।

১৬। আত্মারাম ঈশ্বর অসি করম্না করম্বা মওংদা সাধন তৌগনি ? উত্তর— আহার-চাবা, নিদ্রা-তুম্বা, চিন্তা-ৱাখল, সঙ্গীত শকপা শোম্ব, মনন-পুক্লিং লাকসিম্বা, ভজন-নিংবা, মোহন-শুক্ষদপা অমসুং লজ্জা ইকাইবা খংবা।

১৭। আত্মারামেশ্বর অসি করম খুদুম চম্বা? উত্তর— হরিকথা অসি অমৃতগুম্বনি হাইবা গুণ তাবদা শকপদা পেম্বা পোকপা অসিনা ওইরি।

১৮। আত্মারামেশ্বর করম্না সাধক ত্রৈগনি ? উঃ— কামগী অনুরাগ অমসুং শৃঙ্গারনচিংবা রস অসিগী রস মহাও অদু আস্বদন তৌবনি।

১৯। জীবাত্মাগী লৈফম কদাইদনো ? উঃ— গুহ্যদেশ য়াম্না থুপ্লবা মফম চতুর্দ্দলপদ্ম মনা মরি পানবা থম্বালগী মথক্তা লৈবনি।

২০। জীবাত্মাগী শক্তী করিনো ? উঃ— জীব শক্তি হাইবদি মপাঙ্গল য়াম্না কন্বা।

২১। জীবাত্মা অসি করি মচুনো ? উঃ— রক্ত বর্ন ঙাংশং ঙাংবনি।

২২। জীবাত্মা গী আহার করিনো ? উঃ— জল মাত্র ঈশিংতবু পামলিবনি।

ৱাহংখর পাওখুম

১। জীবাত্মান তৌবা কর্ম্মা করিনো ? উঃ- অরুম্বা নুঙাইতবা অমসুং ৱাইচিনবা মাংহম্বা অসিনি।

২। জীবাত্মান করম্বা ৱাখন খল্লিবা ? উঃ- মতম পুম্নমক্তা শান্ত ওইবা তপথবা অসিনি।

৩। জীবাত্মান কনাদা আশ্রয় তৌবা ? উঃ- মতম পুম্নমক্তা হরিনামদা চংজগনি।

৪। ভূতাত্মাগী লৈফম কদাইদনো ? উঃ লিঙ্গমুলদা মনা (৬) তরুক খক্তা পানবা থম্বান্দ লৈ।

৫। ভূতাত্মানা করম্বা শক্তি তৌবা ঙম্বনো ? উঃ— মীওইবগী মশাদা চিংনবা য়াবা মরম খংহল্লি।

৬। ভূতাত্মা হাইবসি করম্না জীব মখন্নো ? উঃ— মহাক অসি লেংদনা ফংদুনা থম্বা জীবনি।

৭। ভূতাত্মাগী করম্ব মচু (বর্ন) ওইবগে ? উঃ— হরি তাল বর্ননি (য়াইঙং মচু) নি।

৮। ভূতাত্মাগী করম্না মওংদচাবগে ? উঃ— বহুভোজন য়াম্না চাবা অসিনি মাগী।

৯। ভূতাত্মাগী মান তৌবা থবক করিনো ?উঃ— রিপু (৬) কাম-ক্রোধ-মদ-মছুর্য্য-মোহ-মদ্সর্য্য।

১০। রিপু (৬) অসিগী কর্ম্মদি করিনো? উঃ— ইন্দ্রিয় পুম্নমকঅসি চেতনা পিবা অসিনি।

১১। য়েক্লব (৬) অসিগী মমিংদি করিনো ? উঃ— কাম-ক্রোধ-লোভ মোহ-মদ অমসুং মাদসর্য্যনি।

১২। ভূতাত্মা অসিনা করি খলিবা ? উঃ— মতম পুম্নমক্তগ দাস্যভাবতা লৈবনি।

১৩। ভূতাত্মান কনাদা আশ্রয় তৌই ? উঃ— মন্ত্রদা আশ্রয় তৌরগা নামামৃত থকই।

১৪। পরমাত্মাগী লৈফম কদাইদনো ? উঃ— নাভিমুলগী মনা ১০ পানবা থম্বালমালৈ।

১৫। পরমাত্মাগী তৌবগুম্বা শক্তি করিনো ? উঃ— সংসারগী মায়া অসিদা শক্তি পিবনি।

১৬। পরমাত্মা অসি করম্বা জীবনো ? উঃ— য়াম্না কুপ্না পৌদবা জীবনি মাদি।

| | |
|---|---|
| ১৭। পরমাত্মা অসি করম্বা মচুনো ? | উঃ— বিদ্যুৎবর্ন (চুমথাংগী মচুনি ফজরিবা)। |
| ১৮। পরমাত্মাগী চিঞ্জাক করিনো ? | উঃ— মহাক্তি মতম চুপদা নুংশিৎনা চিঞ্জাকনি। |
| ১৯। পরমাত্মাগী কর্ম্মদি করিনো ? | উঃ— মখল মখা অয়াম্বা ব্রাখল চিন্তা অসিনি। |
| ২০। পরমাত্মানা করি খলিবনো ? | উঃ— পুন্নমকি মফমদা চানবা সখ্য ভাব অসিনি। |

**অসিগী মখাদা ব্রাহং খর অমসুং পাওখুম খরা অসি লৈরে॥**

| পাওহং | পাওখুম |
|---|---|
| ১। পরমাত্মাগী চংফম আশ্রয় কদাইদা ? | উত্তরম — ভাব ব্রাখল হাইবা অসিদা আশ্রয় তৌই। |
| ২। আত্মারামগী লৈফম কদাইদনো ? | উঃ— থমোই হৃদয়দেশদা দ্বাদশপদ্মাদা লৈ। |
| ৩। আত্মারামগী করি শক্তি নো ? | উঃ— য়াম্না ইংনা মতম তপ্পদা লৈবা চিদ শক্তিনি। |
| ৪। আত্মারাম অসি করম্বা জীবনো ? | উঃ— তটস্ত জীবা হাইবদি মনাক্ত মপান নক্লা লৈবা। |
| ৫। আত্মারাম্ অসি করম্বা মচুনো ? | উঃ— মতম পুন্নমক্ত শুক্লবন ওইরিবনি। |
| ৬। আত্মারাম্না করি করম্না কর্ম্ম তৌই ? | উঃ— হাস্যরস করিগুম্বদসু পুক্লিংদা মতম চুপ্পদা |

| | | |
|---|---|---|
| | | বিরাজমান ওইদুনা লৈবা অসিনি । |
| ৭ । | আত্মারামনা করি করম্বা ৱাখন্দা লৈবা ? | উঃ— বাসল্য ভাব মতম চুপদা অঙাংগী ৱাখলনি । |
| ৮ । | আত্মারামনা আশ্রয় তৌরিবা কদাইদনো ? | উঃ— প্রেমদা তৎন থান য়াদব মফমদা অশ্রয়নি । |
| ৯ । | আত্মারাশেম্বরগী লৈফম্না কদাইদনো ? | কণ্ঠদেশ মনা ১৬ পানবা থম্বান থক্তা লৈবনি । নত্রগা লংলবা মফম মনা ১০০০ অমা পানবা পদ্ম থম্বান্দা । |
| ১০ । | আত্মারামেশ্বরগী তৌবঙম্বা শক্তি করিনো ? | উঃ— হ্লাদিনী শক্তি (শুমহৎলিবী শক্তিনি)। |
| ১১ । | আত্মারামেশ্বর অসি করম্বা মখলগী জিবনো ? | উঃ— মুক্ত জীব লাম্ব্থোকপা জীবনি । |
| ১২ । | আত্মারামেশ্বর অসি করি মচুনো ? | উঃ— শ্যামবর্ন নবদুর্ব্বাদল শ্যামনি । |
| ১৩ । | আত্মারামেশ্বরগী চিঞ্জাক করিনো ? | উঃ— রস মাত্রতবু আস্বাদন তৌই লৌই । |
| ১৪ । | আত্মারামেশ্বরনা করম্বা কর্ম্মা তৌই ? | উঃ— মতম চুপদা শ্রীকৃষ্ণ ভজন শকপা শোনবা । |
| ১৫ । | আত্মারামেশ্বর অসি করি ভাবতা লৈ ? | উঃ— মতম পুম্নমক্তা নুঙাইবা ৱাখল মধুর ভাবনি । |

রসদা চংজবা আশ্রয় তৌবা, বৃন্দাবন ফংবা, মথংদা তত্ত্ব জ্ঞান ফংবা
লোইননা ভজন্নাচিংবা শকপা শোম্বা অসি তৌগনি
মতাং অসিদা জীব তত্ত্বগী বর্ননা লোইরে
হরিবন হাইরসি সাধুজন
পুন্নমক ! হরিবল
—ইতি—

## পঞ্চতত্ত্ব বর্ননম্

১। নির্গুন আত্মাদগী — ব্যোম হাইবদি আকাশ অসি ওইবনি শূন্যনি অহাংবা।

২। ব্যোম আকাশ অসিগী — মরুৎ হাইবদি নুংশিৎ নত্রগা বায়ু হাইরিবনি।

৩। মরুৎ অসিদগী — তেজ হাইবা হাইবদি লংলবা মঙান ওইরিবনি।

৪। তেজ মঙান অসিদগী — ঈশিং পোকই জীবগী জীবননি।

৫। ঈশিং অসিদগী অমুক — পৃথিবী অমসুং লৈপাক পোকপনি।

৬। লৈপাক পৃথিবী অসিদগী — ওষধি হাইবদি ফৌ-গেহু-চানানচিংবা ছাগপট্টা পোকই।

৭। ওষধি অসিদগী অমুক — অন্ন (চাক) অসিদসু নত্তনা জীবগী খাদ্যবস্তু ফংলিবনি।

৮। অন্ন (চাক) অসিদগীদি — পঞ্চভুতনচিংবা মী শা ঙা অতোপ্পা জীব গন্তু পোকই।

## (জীবজন্তু)

পঞ্চতত্ব অসিদগী সৃষ্টি তৌই মখল কয়া। অসিগুম্বা তত্ব অসিদগী তত্ব থাঙ্গৈশেংবা খংবা ঙমলিবনি। অসিগুম্বা তত্ব অসি অথোইবনি, অসিবু মহাক্না তত্বনি অশেংবনি তত্বদগীসু হেনগ্রবা অহেম্ব নিরজ্জনি হাইনা খংলিবনি।

পঞ্চভুত (পৃথিবী ঈশিং মঙান নুংশিৎ অমসুং আকাশ) অসিনা অমত্তা ওইনা পুন্সিলগা অচৌবা চৈতন্য স্বরূপ অসি ওইরিবনি। চৈতন্য শ্রীভগবানগী সত্তারূপনি। পঞ্চভুৎ বিভুতিদগী য়াম্না ক্ষুদ্র ওই অমসুং য়াম্ন চাওই, উরিবা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিনি ওইরিবনি।

পঞ্চভুতকি মনুংদা আকাশদা গুণ অমা লৈ। হাইরিবা অসিদা কন্না অমতা চংলুদে আশ্রয় তৌদে। আকাশদা সুক্ষ্ম আকাশ ব্যোম আকাশ লৈতে। লৈপাক ঈশিং মঙান নুংশিৎ লৈত্রবদা মথোই লেংদনা লৈবা ওইদে। অসিগুম্বা মরি অসি লীলাগীদমক্তা আকাশদ শোইদনা লৈ। অসিগুম্বা ব্যোম আকাশ অসি অভাব ওইরবদি শৃষ্টিগী অধিকার ওইদরে। মরম অসিদগী ব্যোম অথোইবনি ব্যোম অসিনা পুম্নমকি মথক্তা সৃষ্টি-স্থিতি প্রলয় তোঙান তোঙান খাইদোকলিবনি। সৃষ্টি অমসুং স্থিতি (পোকপা লৈবা) খংনগনি পঞ্চভুতকি তিন্নরগা অমসুং প্রলয় কান্দ অমুক খাইদোক্রদুনা লৈরিবনি।

পঞ্চভুত অসি শৃষ্টিগী মুলনিময়াইনি অমসুং অরোইবনি। মসিমক শ্রীভগবানগী বিভূতিনি, হাইরিবশিং অসি তিনরগা চৈতন্য লেংদনা লৈবনি অমসুং খাইদোক্লরবদি মৃত্যু শিরবনি।

### পঞ্চভুত

পঞ্চভূতকি গুণ, মচু-মশক অমসুং কদাইদা লৈবা মখাগী অসিনি।

১। পৃথিবী — গন্ধগুণ-শুক্লবর্ন স্থিররূপ হাইরিবশিং অসি নাতোন্দ লৈবনি।

২ । অপাইবশিংগী —গুন্নরসনি কিঞ্চিত গৌরবর্ননি, দ্রব্যগী মশকনি লৈয়েংদা লৈ ।

৩ । তেজ মঙান — মশঙ্ক মগুণনি, ভস্মবর্ননি, ফজবা মশকনি লৈফম মিৎনি ।

৪ । বায়ু নুংশিৎ — শোকপদা খংই উন্সান, শ্যামবর্ননি ফজবা মচুনি উন্সাদ লৈ ।

৫ । আকাশ — শব্দ মখোন্না মগুণনি, উৎকি মচুনি, নুংশিবা শকফমনি য়েংবদা লৈফম্না কর্নে নাকোংদা লৈবনি ।

পঞ্চভুতনা সংসারনি । পঞ্চভুত য়াওদনা করিসু ওইথোকলোই পঞ্চভুতকি তত্ত্বগা লোইননা ওইবা ঙাক্তনি । জীবদা অমসুং অথোই অথোইবদা মহাক্না অমত্তা ওইরিবা মশকনি । তত্ব অসে পদার্থ অমদি জীবগী পরমাত্মানি । রূপ-রস-গন্ধ-স্পর্শ তোঙান্দে আত্মা অমত্তনি । পদার্থ শব্দগী অর্থ অমদি বর্ণনা পঞ্চ ভুৎকী মিৎনি পদার্থ শিংথানরি । তত্ব শব্দদা পঞ্চতত্ব পঞ্চভুৎকি মশক ওইরিবা শব্দ-রূপ-রস-গন্ধ স্পর্শ ৫ অসিনি । তত্ব হাইবা অসিগি অর্থ পাকসন্না হাইরগে । চতুর্বিংশ পঞ্চবিংশ অমসুং মোহত্ব অসিনি । মসিদা খংলিবদি জীবন্মুক্ত হিংনা হিংনা মুক্তি ফংবা অসিনি, জীবন্মুক্ত ওইরবদি পাপ পূন্য, জন্ম-মৃত্যু লৈত্রবনি, অপ্রাকৃতদেহ সচ্ছিদানন্দগী মশকনি মতম অদুদা গুরু শিষ্য আত্মা অমত্তনি । নিত্য বৃন্দাবন্দা মতম চুপ্পদা সাধন তৌরগনি । অসিগুম্বা পঞ্চতত্ব জীব অসি হাইবা ঙমদবনি অসিগুম্বা জীব হিংনা হিংনা মুক্তি ফংলবনি ব্রাখন তৌনা লৈরগদবনি ।

## পঞ্চগুণ

১। পৃথ্বী – অস্থি-মাংস-নখ-রোম অমসুং চর্ম্ম (উনশা) অসিনি পৃথিবী অসিদগী পোৎলম ৫ অসি পোকলিবনি।

২। অপ – শুক্র-শোনিত মল-মুত্র-মজ্জার অসিগা লোইননা লৈরনি (অপ) ঈশিং অসিদগী পঞ্চগুন অসি পোকলিবনি খংগনি।

৩। তেজ – মঙান্দগী ক্ষুধা-তৃষ্ণা-নিদ্রা-ভ্রান্তি-আলস্য হাইবদি অরাম্বা থৌরাংবা তুমনিংবা অতম্বা অসি পোকলিবনি।

৪। বায়ু – ধারন চালন সঙ্কোচ প্রসারন নুংশিৎনা মীওইবগী চৎথোক-চৎসিন চিংথোক-চিংসিন পুন্নমক অসি তৌবনি।

৫। আকাশ – কাম ক্রোধ-লোভ-মোহ-লজ্জা-পুন্নমক অপাম্বা, মিহৌবা, অঙকপা, ইকাইবা, হাইরিবশিং অসি আকাশদগী পোকই।

১। পৃথিবী করম্না খুদুম চম্বা ঙমগনি ? শ্রীগুরুগী কৃপা পাঙ্গলতনা ঙমগনি।

২। অপ ঈশিং অসিবু করম্না খুদুম চনগনি ? অফবা ব্রাখলতনা পেলহনগনি।

৩। তেজ মঙান করম্না খুদুম চনগনি ? নাম সংকীর্ত্তণনা পেলহনগনি।

৪। বায়ু করম খুদুম চনগনি ? ধ্যান ধারনা তৌবতনা খুদুম চনগনি।

৫। আকাশ করম্না খুদুম চনগনি ? সাধনা নুংশিৎ চিংথোক-চিংসিন। হাইবদি কুম্ভোগ-পুরক-রেচক তৌগনি।

মতাং অসিদা পঞ্চভুতকী সাধন লোইরবনি ইতি।

---

## তৃতীয়কল্প

# ইন্দ্রিয়তত্ত্ব বর্নন্

রাজসিক অহঙ্কারদগী ইন্দ্রিয় (১০) তরা অসি পোকলিবনি। মসি করি করিনো ? হাইরবদি, জ্ঞান ইন্দ্রিয় অমসুং কর্ম্ম ইন্দ্রিয়নি, মসিবু অমুক করি করিনো ? হংলবদি ?

১। কর্ন-চর্ম্ম-চক্ষু জিহবা অমসুং নাসিকানি- মখোই অসি জ্ঞান ইন্দ্রিয় কৌই।

২। বাক-পানি-পাদ পায়ু অমসুং উপাস্থ- মখোই অসিনা কর্ম্ম ইন্দ্রিয় কৌরিবনি। ইন্দ্রিয় ১০ অসিগী তোঙানবা অর্থদি: কর্ন-নাকোং ! চর্ম্ম-উন্সা। চক্ষু-মিৎ। জিহবা-লৈয়েং। নাসিকা-নাতোন। বাক-চিন। পানি-খুৎ। পাদ-খোং। পায়ু-অমোৎপা চাথি থকথিবগী পুমথরবা ফক্ত্রবা অদুবু হাইবনি। উপস্থ-লিঙ্গ কামদ ইশিং চৎফমনি।

৩। কর্ন-জ্ঞান ইন্দ্রিয়নি আকাশাদ লৈবনি শকপা শোনবা তাবনি খংবনি।

৪। জিহবা – জ্ঞান ইন্দ্রিয়নি মহাক অসি অথা-অয়াক-অসিন অকক থংলিবনি।

৫। নাসিকা – জ্ঞান ইন্দ্রিয়ান, মহাক্না মনম-নুংশিবা নমথিবা খংলিবনি।

৬। বাক – কর্ম্ম ইন্দ্রিয়নি, মহাক অসিনা ৱারি-ঙাংবা শকপা খংই ঙমই।

৭। পানি – কর্ম্ম ইন্দ্রিয়নি – মহাক অসিনদি লৌবা পাইবা পুবা লৌবা ঙমই।

৮। পাদ – কর্ম্ম ইন্দ্রিয়নি – মহাক্লা চথোক চৎসিন মন্দির পরিক্রমা তীর্থ চৎপা অসিনি।

৯। পায়ু – কর্ম্ম ইন্দ্রিয়নি, চাখি-থকখিবগী অমোৎপা ময়াম লৌথোকফমনি।

১০। উপস্থ – কর্ম্ম ইন্দ্রিয়নি, শুক্র-মুত্রনচিংবা থাদোকফম ওইবনি।

লিঙ্গ মখল ২ শুই পুংলিঙ্গ অমসুং স্ত্রিলিঙ্গ। পুংলিঙ্গ পুরুষগী লিঙ্গবু খংনগনি খংনরিবনি, স্ত্রিলিঙ্গ নুপি ওইবীশিংগী যোনি অসিবু খংনরি।

ইন্দ্রিয় তত্ত্বগী ৱা খর মতাং অসিদা লোইরে ইতি।

---

## চতুর্থ কল্প

## দশমতত্ত্ব বর্ননা

১। অহাম্বতত্ত্ব অমসুং মুলতত্ত্ব।

ওঁ-ক্লীঁ-শ্রীকৃষ্ণ-শ্রীগুরু-শ্রীচৈতন্য অসিনি।

২। শুবদা তত্ত্ব অমসুং যুগল তত্ত্ব। যথা-রাধা কৃষ্ণ। আদি অনাদি। পুরুষ-প্রকৃতি। গুরু-বৈষ্ণব। কাম-প্রেম। শুক্র-শোনিত অসি অনিশুবনি।

অহুমশুবা ত্রিতত্ত্ব। –

ত্রিদেবতা – ব্রহ্ম, বিষ্ণু, মহেশ্বর, ত্রিভুবন – স্বর্গ-মর্ত্ত – পাতাল।

ত্রিধাম – গোলক, বৈকুণ্ঠ, ব্রহ্মাণ্ড, ত্রিব্রহ্ম – ওঁ, তৎ, সৎ।

ত্রিমোহন্ত – শ্রীগুরু কৃষ্ণ, বৈষ্ণব,। ত্রিগুণ – সত্ত্ব, রজঃ তমঃ।

ত্রিপ্রভু – গৌরাঙ্গ, নিত্যানন্দ, অবৈদত। ত্রিব্যাধি বায়ু – পিও-কফ।

ত্রিনাড়ী – ঈড়া, পিঙ্গলা, সুযুম্না। ত্রিস্থান উর্দ্ধ-অধঃ মধ্য।
ত্রিকাল – ভুৎ, ভবিয্যাৎ, বর্ত্তমান। ত্রিশক্তি-হলাদিনী সন্দিনী সম্বিৎ।
ত্রিনদী – গঙ্গা, যমুনা, সরস্বতী। ত্রিরত্তি-সামর্ত্ত সাধারনী, সামঞ্জসা।
ত্রিপ্রকাশ – ব্রহ্মা-আত্মা-ভগবান। ত্রিনায়িকা-রাধিকা, কুব্জা, রুক্মিনী।

## (৪) চতুর্থতত্ত্বম্

১। চতুর্ভূজ- শঙ্খ-চক্র-গদা পদ্ম। চতুর্ব্বেদ- ঋক-সামঅজু অমসুং অথর্বা- চতুর্যুগ-সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি। চতুর্ব্বেদ ধর্ম্ম অর্থ-কাম মোক্ষ।

চতুদের্বতা – ঈশ্বর-হরি-রামচন্দ্র-শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র।

মনচতুর্বিধা – মন-বুদ্ধি-চিত্ত; অহঙ্কার।

চতুর্দেশ – স্থূল-প্রবর্ত্ত-সাধক-সিদ্ধি অসিনি।

## (৫) পঞ্চতত্ত্ব।

২। পঞ্চআত্মা – জীবাত্মা, ভুতাত্মা, পরমাত্মা, আত্মারাম, আত্মারামেশ্বর।

পঞ্চজীব – স্থুলজীব, তটস্থজীব, বদ্ধজীব, সুক্ষ্মজীব, মুক্তজীব।

পঞ্চশক্তি – জীবশক্তি, নন্দিনীশক্তি, মায়াশক্তি, চিৎ শক্তি হলাদিনী, শক্তি অর্থ-জীবগী ঙন্ব শক্তি, নন্দিনী- নুঙাইবা পিবা শক্তি, মায়াশক্তি, সংসার অসিনা, চিৎ শক্তি থমোই শেংব, হলদিনী শক্তি শুদ্ধৎপা পিবা শক্তি।

৩। পঞ্চভাব – শান্তি, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, মধুর।

পঞ্চতত্ত্ব – শ্রীচৈতন্য, নিত্যানন্দ, অদ্বৈত, গদাধর, শ্রীনিবাস।

পঞ্চভুত – পৃথিবী, অপ-তেজ-বায়ু-আকাশ

পঞ্চগুণ — শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস, গন্ধ ।

পঞ্চমুক্তি — সাষ্টি সারূপ্য, সামীপ্য, সালোক্য, সাযুজ্য ।

পঞ্চবর্ন — শ্বেত-রক্ত-পীত-শ্যামবর্ন -বিদ্যুৎ ।

পঞ্চআশ্রয় — নামাশ্রয়, মন্ত্রাশ্রয়, ভাবাশ্রয়, প্রেমাশ্রয়, রসাশ্রয় ।

পঞ্চলোভ — লোভ-সারুপ্য-রুচি-আসক্তি, ভাব ।

পঞ্চবান — মদন-মাদন-পোষন-স্তম্ভন-মোহন ।

পঞ্চপ্রান — প্রান-অপান-সমান-ব্যান-উদান ।

পঞ্চসাধ্য — সাধ্য-সাধন-সেবা-বস্ত-প্রাপ্তি ।

পঞ্চঅলঙ্কার — ক, ল, ঈ, ঁ, ং

পঞ্চদীপ — গুরু, কৃষ্ণ, সাধু, রাধিকা, বৃন্দাবন ।

পঞ্চপাশ — জাতি-বিদ্যা-মহত্ত্ব-রূপ যৌবন ।

পঞ্চতত্ব পুথোকপা অসিদা লোইরে ।

## (৬) ষড়তত্বম্

ষড়রিপু — কাম-ক্রোধ-লোভ-মোহ মদ সাৎসর্য্যা ।

ষড়রস — অম্ল-পিও-তিক্ত-কষায় লবন, কটু ।

ষড়ৈশর্য্য — ঐশ্বর্য্য-বীর্য্য-যশ-শ্রী-জ্ঞান-বৈরাগ্য ।

ষড়পদ্ম — দ্বিদল-চতুর্দ্দল-ষড়দল-দশমদল-দ্বাদশদল-ষোড়শদল ।

## (৭) সপ্ততত্বম্

সপ্তস্বর্গ — ভুলোক-ভুবলোক-স্বলোক-মহল্লোক-জনলোক তপোলোক-সত্যলোক ॥

সপ্তপাত্তাল — অতল-বিতল-সুতল-তলাতল-রসাতল-পাতাল-মাতল ।

অর্থ — হাইরিবা পাতাল ৭ অসি শ্রীভগবানগী খ্বাংদগী মখা চখরকপদা শ্রীচরন য়ৌবা ফাওবনি ।

সপ্তসাগর — লবন-ঈক্ষ-সূরা-সর্পি-দধি-দুগ্ধ জলমাত্রম্ ।

অর্থ-লবন-থুমহি, ইক্ষু-চুহিংগুম্ব, সূরা-সদ্যপানগুম্ব, সর্পি-ঘিগী মনম, দধি-সঙ্গোম অফম্বা মনম, দুগ্ধ-সঙ্গোম অনৌবগী মনম, জলম ঈশিংত ওইবা ইচম চম্বা ঈশিংনি ।

সপ্তদ্বীপ — জম্বুদ্বীপ-প্লক্ষদ্বীপ-শাল্মদ্বীপ-কুশদ্বীপ-ক্রোঞ্চদ্বীপ-শাবাদ্বীপ পুষ্করদ্বীপ হাইরিবা দ্বীপ ৭ অসি ভারত কুম্বা দেশ ঙাক্তনি ।

সপ্তধাতু — শুক্র-শোনিত-মজ্জা-মেদ-মাংস-স্থি (অস্থি) ত্বক্ অসিনি ৭ধাতুনি ।

অর্থ — শুক্র-পিতৃদগী লাক্‌প শুক্রনি, শোনিত-মাতৃদগী ওইবা শোনিত 'ই' নি, মজ্জা (শ্রী), মেদ রসবিশেষ, মাংস সদুম, স্থি-শরু, ত্বক-উন্সানি। সপ্তবেদ — সামবেদ-ঋগবেদ-যজুর্ব্বেদ-অথর্ব্ববেদ-উপনিষট-আয়ুর্ব্বেদ প্রণব ওঁবু হাইবনি (ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বর-সত্যম শিবং -সুন্দরং)

সপ্তরস — হাস্য মোমনমিনোক, অদ্ভুত অঙকপা কয়ানতিম্বি, বীব পাঙ্গল য়াম্না কনবা, করুন য়াম্না ইং-তপ্না লৈসি লৈথোনবা হৈবা মী, রৌদ্র অশাওবা খাংবা কম্বা, ভয়ানক অকিবগী মশক ফংব মীনি । বীবৎস-নমহৎপা।

## (৮) অষ্টতত্ত্বম্

অষ্টসখী — ললিতা-বিশাখা-সুচিত্রা-চম্পকলতা-রঙ্গদেবী-সুদেবী-তুঙ্গবিদ্যা ইন্দুরেখা ।

অষ্টমঞ্জুরী — শ্রীরূপমঞ্জরি-শ্রীরসমঞ্জরী-মঞ্জুমালীমঞ্জুরী-কস্তরীমঞ্জরী বিলাসমঞ্জুরী-শ্রীগুনমঞ্জুরী-লবঙ্গমঞ্জুরী-অনঙ্গমঞ্জুরী ।

অষ্টনায়িকা — অভিসারিকা-বাসকসজ্জা-উৎকণ্ঠিতা-বিপ্রলব্ধা-কলহান্তরিতা প্রোষিত ভর্ত্তৃকা-স্বাধনভক্তিকা-খণ্ডিতা ।

অষ্টশক্তি – প্রিয়স্বরূপ-দয়িতস্বরূপ-প্রেমস্বরূপ-সহজাতিরূপ-নিজা নুরূপ প্রভুর স্বরূপ-তদনুরূপ-স্ববিলাসরাপ ॥

অষ্টপ্রকারসেবা – শৈল-দারূময়-লৌহ্-লেখা-গ্রন্থাদি-চিত্রপটাকাদি-মনোমত, মনোময়ী (বালুকানির্মিত)

অষ্টপাশ – ঘৃনা-লজ্জা-জয়-শঙ্কা-জিগীষা-জাতি কুল অমসুং মান।

অষ্টসিদ্ধি – অনিমা-লঘিমা-মহিমা-প্রাপ্তি-প্রাকাম্য-বশিতা-ঈশিতা কাম্যবসায়িকা।

অষ্টসাত্বিক – স্তম্ভ-কম্প-অশ্রু-পুলক-রোমাঞ্চ-স্বরভেদ বৈবর্ন্য বেপথু (স্বেদ) –।

## (৯) নবতত্ব

নবদ্বার – চক্ষুদ্বয়-কর্নচয়-নাসিকদ্বয়-মুখ-গুহ্য-লিঙ্গ ৯ অসি থোংনি।

নববিধাভক্তি – শ্রবন-কির্ত্তন-স্মরন-পাদসেবন-অর্চ্চন-বন্দনা-দাস্য-সখ্য আত্মনিবেদন।

## (১০) দশমতত্ব

দশদশা – চিন্তা-জাগরন-উদ্বেগ-তাণ্ডব-মলিনাদি-প্রলাপ-ব্যাধি-উন্মাদ-মোহ-মৃত্যু।

দশইন্দ্রিয় – চক্ষু-জ্বিহ্বা-কর্ন-চর্ম্ম-নাসিকা-বাক-পানি-পাদ-পায়ু-উপস্থ।

দশদিক – পূর্ব্ব-পশিচম-উত্তর দক্ষিণ-ঈশান-নৈর্ঋত-বায়ু-অগ্নি-উর্দ্ধ-অধঃ।

নোংপোক-নোংচুপ-অৱাং-মখা-ঈশান (নুমিৎ থোকফম)-মোইরাং লাইচি-কৌব্রু-মৈরম-মথক আকাশ-অধমখা রসাতল।

অধিষ্ঠাত্রীদেবতা — দিক (কাল) বায়ু (পবন) অর্ক (সূর্য্য) প্রচেতা (বরুন) অশ্বিনীকুমার (নাসত) বহ্নি (অগ্নি) ইন্দ্র (দেবরাজ) উপেন্দ্র (বিষ্ণু) মিত্র (যম) প্রজাপতি (ব্রহ্মা) পুম্নমক অসি মপুনি।

মতাং অসিদা ৫শুবা খণ্ডগী আত্মতত্ব অমসুং পঞ্চতত্ব
বর্ননা তৌবা মতাং অসিদা লোইরে।

---

## ৬ খণ্ড

## ১ কল্প

## দেহতত্ববর্ননম্।

(দেহেদেবতা অবস্থান নির্নয়)

দেহদা লৈরিবা দেবতাশিং অবস্থাফিবম খন্ন-নৈনবা।

দেহদা পুম্নমকি মরু ওইরিবা য়েংলসি। মফম অসিদা দেব মুর্ত্তিবু নির্দ্ধার তৌরি অধ্যাত্মিক জ্ঞান বৈষ্ণবশিংনা মতম চুপ্পদা ধারন তৌরিবনি। হাইরিবা অসিবু পাংথোক্লবদি সিদ্ধি ওইরবনি অমঙ্গল লৈতরে। বৈষ্ণবশিংগী লাইবক্তা কেশব লৈরিবনি। ওইরোমদা লক্ষ্মীদেবী য়েত্তা সরস্বতী লৈবনি। কণ্ঠ যোগে লাইবক্তা শ্রীগোবিন্দ লৈ ওঁকার স্বরূপনি। খুত্তা বাঁশী চিন্দা নোকপা যুগল রূপনি।চতুর্ভূজ মাধবেন্দ্রানি বক্ষস্থলদা লেংদনা লৈবনি। শঙ্খ-চক্র-গদা-পদ্ম পাইবা নুংশিরবা মুর্ত্তি প্রকৃতিনি। নাভি মুলদা নারায়ন লৈ ধ্যান তৌগনি। অদু ওইরবদি ভাবক পুম্নমক কল্যান ওইরবনি। য়েৎকী কক্ষদা বিষ্ণু লৈ তারো। পাম্বোমদা মধুসুদনগা লোইবা শ্রীরাধা ত্রিবিক্রমনা কন্দমুলদা ঙান্দুনা লৈ। বামকক্ষদা শ্রীবাই দেবনা লেংদনা লৈ। শ্রীধরনা বাম বাহুদা নুপিগা লোইননা ঙানলি।

হৃষীকেশ কন্দমুদা লৈবা যোগী লোইননা। তুংলোমদা পদ্মনাভ লৈ হাইরি। কটিদেশদা দামোদরনা চাওথোক্লা লৈ হাইরি তারো। দ্বাদশদেবতা অসি দেহদা লৈ হাইবসি নিরূপন তৌরিবনি। অসিগুম্বা দেবগী মুর্ত্তি নিংশিংগদবা ওই। বৈষ্ণব পুম্নমক্ত তিলক মুদ্রা অসি তৌরিবনি। হাইরিবশিং অসি তৌদ্রবদি ধর্ম্ম কর্ম্ম পুম্নমক বিফল ওইরে কানদরে। অসিগী মতুংদদি দেহতত্ত্বগী বিচারনি। দেহগী মনুংদা বৃন্দাবন লৈ সর্ব্বসিদ্ধিনি। মপান্দনা চৌরাশিক্রোশ শ্রীবৃন্দাবন লৈরিবনি। অসুম্না দেহ অসিদা লৈ হাইবসি নির্নয় তৌরি। অলঙ্কার কয়া লৈরি। পুম্নমক অসি গুরু কৃপাতন খংগদবনি শাস্ত্রগী দেহতত্ব নির্নয় অসিদি। পুক্লিং চংনা বিচার তৌগনি শ্রীচরন দাস লেংদ্রবা ৱানী। গুরুগী মফমদগী তত্ত্ব ওইবা হাইবদি সোইরোইদৌবা ৱা অসি মুন্না খংজিলু।

মতাং অসিদা দেহতত্ত্বগী নৈনরোন লোইরবনি।

## দ্বিতীয় কল্প

## দেহগী মফম অমসুং লৈফম ১৮।

(৬ সুব খন্ড দেহতত্ত্বম্)

পুক্লিং চংনা দেহতত্ত্বগী বিচারনি। দেহগী মনুং বৃন্দাবন লৈব অশেংবনি মপান্দনা ক্রোশ ৮৪ নি। দেহগী মনুংদা লোইনমক লৈ হাইনা বর্ননা তৌরি। ব্রহ্মাণ্ড অসিদা পুম্নমক অসি লৈরিবনি। শ্রীগুরু কৃপাতনা খংবা ঙমগনি পুম্নমক অসি। মরম অসিদগী বিবরন হাইরগে তারো। নিত্য আনন্দময়স্থান্দ বৃন্দাবন ধাম লৈবনি। থবাক্তা মথুরা ধাম লৈবনি লেংদনা। মুখদ্বারদা শ্রীরাধিকা লৈবনি, ব্রহ্মরন্ধ্র কোক্তা শ্রীগোলকধামনি। নাকোং ২ দা শ্রীগোকুল, রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড মিৎ ২ নি অসিনি। কালিন্দী যমুনা নাতোন ২ অসিনি লৈয়েংদা গোবর্দ্ধন কুঠুরিনি। হাইগ্রবা অসিনিমুন্না

তাও, অসিগী মতুংদা পুক্লিং ১৮ মোকার তত্ত্ববর্ননা অসি পুক্লিং চংনা তাবদা কানগনি।

চুড়াগী মনুংদা চুড়ামনি লৈবা ব্রহ্মশাপতগী লৈখিবনি, ইন্দ্রিয়গী মনুংদা মহাবিষ্ণু লৈ। মিৎকি মনুং কালাচাঁদ অমুবা থা লৈ। নাসিকাদা নিত্যানন্দ মধুপান তৌই। কর্ন নাকোংদা চৈতন্য গোশাই সাবধান ইংনা তপ্পা লৈ। মুখেচিন্দা ভদ্রাক্ষ ফমলি ৩২ যোগ তৌদুনা। লৈয়েংদা নারদ মুনি মাত্রা শক্তুনা লৈ। জিহ্বাগী মখাদা নদী গঙ্গা জল লৈ। জিহবাগী য়েত্তা সরস্বতি ওইদা শ্রীদাম বক্ষদা শ্রীকানাই, বাহুদা বলরাম।। খুৎময়াইদা শ্রীগোবিন্দ লৈ দানগী মপুনি দ্বিব ৭ তা জগন্নাথ লৈ। খোইদৌগী মরুদা ব্রহ্মান মতম পুম্নমক্তা লীলা সানরিবনি। লিঙ্গদা মহাদেবনা চন্দ্রকলা ফমদুনা লৈ। শুহ্যদ্বারদা ফমলি য়ে নাড়ুয়া গোপাল। কামিনীগা লোইননা শানরিবা রস কয়ানসু তিলি। শক্তি লৈরসু মাতী ফংলিবনি আঠারতত্ত্বগী রা পুম্নমক তারবনি। অসিগুম্বা তত্ত্ব কথা অসি মীওইবনা খংনিংই। নরলোক তুচ্ছনি করিসু লৈতবনি দেব লোকনা মুন্না খংই শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য নিত্যানন্দদা চংজগনি। পয়ারগী প্রবন্ধদ হাইরি শ্রীচরন দাসনা চংজরি শ্রীচরন্দা ইতি।

---

## তৃতীয় কল্প

### সপ্তস্বর্গ সপ্তপাতাল অমসুং দেহগী মঞ্জরীতত্ত্ব।

সপ্তস্বর্গ সপ্তপাতাল দেহদা লোইনা লৈবনি। অসিগুম্বা থুপ্লবা তত্ত্ব অসি অমুক হন্না বর্ননা তৌরি। স্বলোক কোকনি, গলা অন্তরীক্ষ অহাংবনি। স্কন্ধ দেশ পৃথিবীনি, মহালোক বক্ষ থবাকনি। জনলোক পৃষ্ঠে তুংদা বিরাজিত ওইরিবনি। তপঃ লোক কটিদেশনি। ব্রহ্ম তালুদা সত্য লোক ওইরিবনি। অসুন্না হাইখরে সপ্তস্বর্গগী বিধান অসিবু।

সপ্তপাতালগী তত্ত্ব অমুক হাইরগে মুন্না তারসি। খ্বাংগী মখা অসি তলাতলনি। গুহ্যদেশদা বিতলনি পুক্লিং চংনা তাসি। জঙ্ঘদেশ তলনি, হাঁটু খুকউ তলাতলনি। খোংগী খোংনিং অমদি মমাং সুতলনি। খোংগী মথক খোংমন রসাতলনি। পাতাল খোং মখানি ফজনা নির্নয় তৌরিবনি। হাইরি বসিং অসি স্বর্গ অমদি পতালগী বিধাননি। দেহগী অন্তরঙ্গ মুন্নাতারসি পুক্লিং চংনা।

## সপ্তস্বর্গগী মখা

মঞ্জুরী অমসুং সখীশিংনা লৈবা মফম হাইরগে তারসি পুক্লিং চংনা তারসি দেহদা মঞ্জরীগী তত্ত্ব। শ্রীরূপমঞ্জরিনা মিৎতা শ্রীললিতা সখী। শ্রীরতীমঞ্জুরীনা নাকোংদা শ্রীবিশাখা সখি। শ্রীরসমঞ্জুরীনা চিন্দা শ্রীসুচিত্রানি। অমদি শ্রীলবঙ্গমঞ্জুরীনা নাতোন্দা শ্রীচম্পলতানি। মঞ্জুমালী মঞ্জুরী কণ্ঠদা সুদেবীনি। কগুরী মঞ্জুরী থবাক্তা সখি বঙ্গদেবীনি। শ্রীগুনমঞ্জুরী গুহ্যদা তুঙ্গ রেখানী। বিলাসমঞ্জুরী খুত্তা ইন্দুরেখানি। অমঙ্গ মঞ্জুরী পুক্লিংদা শ্রীরাধিকা লৈবনি। মঞ্জুরীতত্ত্ব অসি মুনা বর্ননা তৌপ্রবনি।

হংস মন্ত্র সোহং অর্থ ॥

অহংজাত পরং তত্ত্ব হংসাদি পরম লভ্যতে।
নাহং স্বাসং পরং তত্ত্ব মনহী পরম জীবকং ॥

হ 'স' হকচাংগী শাখা ২ নি রবি-শশী। ময়াইগী বিন্দু পরম অথোইবা ব্রহ্মনি হকচাংদা লৈ ফোংদোকলি। হননির্গমনি, সনা প্রবেশনি হোন্দোক হোঞ্জিন তৌরিবনি। মতম চুপদা ওইরিবনি, চথোক চৎসিননি। হংস শব্দনা (শব্দ) দা সোহংগী অর্থ পুক্লিং খংলগা। সোহ শব্দ অসিদা ঐনি হাইনা খংলগা। 'হ' 'স' হাইবা মশা ২ ককথৎপা। বিন্দু অদুতবু পরমাত্মানি খনগনি। মসিবু খংলবদি 'আত্মা' চৈতন্যগী মশক ঈশ্বরনি। অদু ওইরবদি নবদ্বীপা লোইননা শেংনা খংলগনি উরগনি। তত্ত্ব পুম্নমক

অসি শ্রীগুরুগী জীবননি। গুরু নিংদবা মরম চাদে। হংস মন্ত্র সোহং মন্ত্র জপ তৌগনি অহিং নুংথিন চুপদা। হাজার ২১৬০০ মশিং গননা তৌগনি; হাইবা অসি শাস্ত্রদা ইদুনা লৈ। অসিবু পুক্লিং চংনা বৈষ্ণব ওইবা মীনা তাগদবনি।

## ৪ কল্প

## ষটচক্রগী তোঙান তোঙানবা

প্রনম্য পরমাত্মানং ষটচক্রং নিরূপনম্।
পূর্নানন্দোদিতং রম্যং বিদিতো ক্রীয়তেময়া ॥

অসিগুম্বা মানব দেহ অসি য়েংবদা, অসিবু চতুর্বিংশ তত্ত্বনা লেংদনা থমলিবনি। পঞ্চভূত পড়রিপু অমত্তা ওইরগা। ইন্দ্রিয় ১০ গী মনুংদা অসিবু লেংদনা থম্লিবনি। মহাভুত অহঙ্কার লোইননা মন। পুম্নমক অসি চতুর্বিংশতত্ত্বনি কারিগর সেম সাবা হৈবা হৈবীনা সেম্বনি, হাইরিবা শিং অসিগী মনুং ষড়দল মনা তরুক্তা পানবা থম্বান অমা লৈরি, মনা ১০০০/১০০০ গী মনুংদা, মনুং অদুদা আত্মা রামেশ্বরগী গোলক মণ্ডলনি। নাসামুলদা দ্বিদল মনা ২ তা পানবা থম্বানগী মশক অমা লৈ খঞ্জপখিনি। থৌরিদা মনা ১৬ পানবা পদ্মা থম্বান লৈ। হৃদিপদ্মদা ঙাম্দুনা লৈ দ্বাদশদল পদ্ম। কুল কুণ্ডলিনী কৌবা মনা ১০ পানবা, থম্বান নাভিমুলদা লৈ। নাভিগী মখাদা সরোবর পুক্রি অমা লেংদনা লৈরি। মনা ১৮ পানবা থম্বান্ন মহাককি মনুং লৈবনি। মসিগী মনুংদা নাড়ীশিংলি কোটি অহুম তঙ্খাইনি, বাহত্তরহাজার নাড়ী (শিংলি) লৈরিবনি চাতরেটকী মনুং অহাম্বনি, চাম হেনবা ২৪ শিংসি না অমুক অথোইবনি। একশত ছাবিশকী মনুংদা বত্রিশ নাড়ী লৈ য়েংউ। মসিগী মমিংনি অসিগুম্বা বিশোদড়ী চতুর্বিংশনা অথোইবনি। চতুর্বিংশতি অসিদা চতুর্দশ নাড়ীনা অমুক অথোইবনি অহেনবনি। অসিগুম্বা ১৪ অসিদা অথোইবদি নাড়ীশিংলি অহুমখক্তনি। মমিংদি ঈড়া পিঙ্গলা অমসুং সুষুম্না অসিনি।

ওইরোমদা ঈড়া, মখারোমদা পিঙ্গলা। অনি অসিদগী সুষুম্না নাড়ীনা চক্র অসি থিঙ্গাইদুনা লিঙ্গমুলদা যড়দল মনা তরুক পাম্বা থম্বান অদুগা তিনসিনখরে। গুহ্যমুলদা মনা ৪ তা পানবা থম্বান অমা বিরাজিত ঙাম্দুনা লৈ। মনা ৮ পানবা থম্বান অমা দেহ অসিদা আশ্রয় তৌদুনা লৈরি। হৃদিদা মনা ১৬ পানবা থম্বান হৃদি পদ্মনি। সহস্রদল দলনা অষ্টদলদা দেহ লৈতে। অসিগুম্বা পদ্ম অনি অসিতদা লেংদববস্তু অদু ফোংদোকই। মরূ ওইবা ষটচক্রদা মৃনাল থম্বৌ মরিন্দা মেরুদণ্ডনি। কোকফাও থিনগাইদুনা লৈ অণ্ডনি, চক্রমুলনা হংসকাংঙনি আধারনি। অষ্টদলচক্রদা লৈ লীলা সঞ্চার তৌদুনা। প্রান-অপান-ব্যান উদান অমসুং সমান কণ্ঠদগী পদ্মাবধি অসি চতুর্দ্দলদা লৈবনি। কণ্ঠদা উদান অমসুং হৃদিদা প্রান। খোইদৌগী মনুংদদি চপ মান্নে। চতুর্দ্দলে আপন প্রানি পুম্নমক্তা লৈরিবনি। অনুলোম-বিলোম পুম্নমকি মফমদা সন্দোকলি অজা মিং অসিনা কুম্ভক রেচক। অনুলোম বিলোম মরুওইনা পুম্নমক্তা সন্দোকপা। অনুলোম উর্দ্ধরেতনি, বিলোম প্রবর্ত্তক ইনসিন্বনি। প্রবর্ত্তক সাধকনা হৃদি পদ্ম দেশদা লৈবনি। শেংলবা মনা ১০০০ পাম্বা থম্বান বিশেষনি অথোইবনি। রতি লেংদবা প্রেমনি পুখ্রি অমা লৈ মনা নিপান পাম্বা থম্বান শাৎলি। সাধনাশিংগী মরুনি পুম্নমক সাধক ঙাক্তনি।

আধারং গুহ্যচক্রস্তু স্বাধিষ্ঠানঞ্চলিঙ্গকে  
মণিপুরং মাভিচক্র হৃদয়স্ত অনাহগুম্ ॥  
বিশুদ্ধং কণ্ঠচক্রস্ত মূর্দ্ধঞ্চ সহস্রদলম,  
চক্রভেদং ময়াখ্যাতং চক্রস্তীতং নমোনমঃ ॥

(মসিমক পীঠমাল মহাতন্ত্রদা লৈ হাইরি)

মীওইবগী দেহগী মনুংদা লৈরিবা ষটচক্রগী বিচার তৌরসি। খেনবা 'মত' না হাই হাইরি তারসি ব্রা অদু। মরু ওইরিবা কুণ্ডলিনী গুহ্য অসি মথক্তা লৈ থম্বান অসি মমাই মখা ওম্ববনি। মনানা ৪ তা পালি মচুনা

সনা অহিংবনি গুহ্য দেশদা লৈবা চক্রগী মুলাধারনি। অনিশুবা থম্বানগী ব্বারিসু ফোংদোকলি। লিঙ্গমুলদা মহাক্কি লৈফমনি হাইনা বিকাশ তৌরি। মচুদি থোক্লকপা নুমিৎকী মণ্ডাননি য়েংবদা য়াম্না মনোহরনি। অমুকসু মনা ৬ক্তা পাম্বা থম্বান পরম সুন্দর ওইবনি। অহুমশুবা থম্বানগী তত্ব থাঙ্গৈশেংবদু হাইরগে তারো। লিঙ্গ দেশতা লৈবা তত্ব নিরূপন তৌরি। অমুক মনা ১০দং পাম্বা থম্বান মচুনা শাংবান্নে। মণিপুর নাভিচক্রদা মহাকপু নির্নয় তৌরি। থমোই অনাহটচক্রদা লৈ মনা ১২ দমক পালি। য়াম্না লংবা মচুনি য়াম্না ফজবা মওংনি অমোৎপা লৈতে। মনা মরিতা পাম্বা থম্বান অসি অথোইবা নির্দ্ধারননি। মনা ৫ পাম্বা থম্বানগী ব্বা খংলসি ঐখোয় বিশুদ্ধ চক্র কণ্ঠাদা লৈ মনা ১৬ নি সনা মচু মাম্বনি অমদি য়াম্না লংই। অসিগুম্বা ৫ শুবা থম্বান অসি প্রকাশ তৌরি, অসিগুম্বা মফম অসিদা আত্মারামগী লৈফমনি। খৌনাওগী মথক্তা পিশুমগী মরক্তা ধ্যান তৌগনি লৈফমনি। অদুদি মহাক ঙৌরোক ঙৌই থম্বান অসি য়াম্নসু ফজখ্রবনি। মনা অনিতা পানবা থম্বানগী ব্বাসু হাইরি। অদুগীসু মথক্তা থম্বান অমা লৈবি মনা ১০০০ অমা পালি হাইরি। মমাই মখা ওন্থবা থম্বান অমা মনানা দশ (১০০০) শতদলনি হাইরি (১০.০০০) খোকলকপদা ঙাইরিবা নুমিৎকা মানবা মচুনি য়াম্না তরুতরুনা ফজরিবনি। মতম চুপদা ঙানলি কিশোরী কিশোর ওইনা। যোগীনা যোগ তৌদুনা লৈ চৎলি রোগীনা রোগদা চৎলি অমম্বনি। থম্বান অসিগী নিয়ম প্রনালী ব্বারি কয়া সারনি মরুওইখ্রবা ব্বানি। গুরুদগী তমলগা খংলগা মদুমক খংহৌদ্রবনি। অকি অখং থাদোকলো গুরুগী পাদদা চংজরসি, সোইদনমক্কি খংলক্কনি চিংনবা পুন্নমক কোকনি। অদুবু তোঙান্না খংবা পামই অরোইবা শরুক্তা য়েংলসি। পাকসন্না ইরি যোগাযোগ খন্ন নৈনরগা।। শ্রীগৌরনিত্যায়গী চরন্দা চংজরো থম্মোই শেংনা শ্রীচরন দাসনা মসিবু হন্না হন্না লাওরি অমগী সদা চারনি ফজরিবনি। ইতি।

মতাং অসি ৬শুবা খণ্ডগী দেহতত্ত্ববর্ননা তৌবা লোইরে।

---

## মপ্তম খণ্ড

## অথগুরুতত্ত্ববর্ননম্ ৭শুবা খণ্ড (গুরুতত্ত্ব)

## শ্রীগুরুমাহাত্ম্য

গুরুগী গুণ গুরুদা লৈবা গুণ কয়ানি খংননবা নৈনবা অসি গুরুগী থোইদোকপা গুণ অদুগী প্রশংসা তৌবা অসি গুরুগী গুণ শকচ শোঞ্জবনি পেম্বিননবনি।

অজ্ঞান তিমিরান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জন শলাকয়া।
চক্ষু রুম্মীলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ ॥ ১
অখণ্ড মণ্ডলাকারং ব্যাপ্তংযেন চরাচরম্।
তৎপদং দর্শিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ ॥ ২
গুরুর্ব্রহ্মা গুরুবিষ্ণু গুরুদেবো মহেশ্বরঃ।
গুরুরেব পরং ব্রহ্ম তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ ॥ ৩
ন গুৰোরধিকং তত্ত্বং নগুরোরধিকং তপঃ।
তত্বজ্ঞানং পরং নাস্তি তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ ॥ ৪
নাম শ্রেষ্ঠং মনূরপি শচীপুত্র মাত্র স্বরূপং।
রূপং তস্যা গ্রজ মরুপরীং মাথুরী গোষ্ঠবাটীং ॥ ৫
রাধা কুণ্ডং গিরিবরমহং রাধিকা মাধবা শাং।
প্রাপ্তো যস্য প্রথিত কৃপয়ং শ্রীগুরুঃ তংনতোহস্মি ॥ ৬
নমস্তে গুরু দেবায় সর্ব্বসিদ্ধি প্রদায়িনে।
সর্ব্ব মঙ্গল রূপায় সর্ব্বানন্দ বিধায়িনে ॥ ৭
সর্ব্বমঙ্গল প্রদাতায় সর্ব্বশাক্তি স্বরুপিনে।
মম মঙ্গল স্বরূপায় নমস্তে গুরুমে প্রভো ॥ ৮
পরমমঙ্গল প্রদাতায় পরম স্বরূপ পতয়ে।
মঙ্গলামঙ্গল নামো পরমসিদ্ধ পতয়ে নমঃ ॥ ৯
গুরু পূজা গুরুভক্তি গুরুদেব জন প্রিয়ো।
গুরু পংক্তি নমস্তভ্যং প্রনমামি সদা হরি ॥ ১০

## গুরুধ্যান

প্রাত ঃ শিরসি শুক্লাব্জে দিনেত্রং দ্বিভুজং গুরুম্ ।
বরজয়বরং শান্তং স্মরেৎ তন্নাম পূর্ব্বকম্ ॥

গুরু শ্রেষ্ঠ কিসে ? গুরুনা করিগী অহেন্বা মী ওইরিবনো ? ৱাহংনি । জীবগী মঙ্গল ভগবান শ্রীহরিনা পাকসন্না সন্দোকই, গুরুগী মশক ফোংদোকলি মতিক মগুন্দা হরি গুরু অমত্তনি চপ মানৈ হাইনা খংগনি । গুরু অজ্ঞা থম্মোই চেৎনা পুন্দুনা থমগনি । গুরুগী মফমদা পেন্দবা নুঙাইতবা খক থমলোইদবনি করিগুম্বা কান্দা । কনাগুম্বা মীওইনা কৃষ্ণগী মফমদা শাওরুরবা শ্রীগুরুনা অদুবু ঙাকপিহৈরিবনি । গুরুগী মফমদা করিগুম্বদা অশাওবা নুঙাইতবা খক থমোইদবনি । গুরুবু মীনি খলোইদবনি, গুরুনিন্দা তৌবা নাকোংদা হাপলোইদবনি মফম অদু থাদোকনি । গুরুনিন্দা তৌবা মীগী মমাই য়েংলোইদবনি । শ্রীগুরু পাদ থমোইদা চেৎনা থমগনি নিংথিনা লাৎকনি খুরুমজগনি ।

## গুরুত্যাগ অকর্ত্তব্য

করিগুম্ব কান্দ গুরুবু থাদোককে নিংলোইদবনি পাপকি মশকনি ।
অবিদ্যোবাসবিদ্যোবা গুরুদেব জনার্দ্দনঃ ।
মার্গস্থোবাপ্য মার্গস্থো গুরুরেব সদা গতিঃ ॥
(মসিমক শ্রীহরি ভক্তি বিলাসত হাইরি)

গুরুদেব মুর্খ ওইসনু পণ্ডিতসু ওইসনু, মীওইবা ঐখোয়গী জনার্দ্দনমকনি খনগনি নিংগনি । অফবা লম্বী ফত্তবা লম্বীদসু চৎসনু শিষ্যগী মফমদদি অফবত্ত খনগনি । শাগৈগী গুরু দেবগী গুরু থাদোকপা য়াই করিসু কাইদে । শিরমদাইদা মাংস চারোইদবনি । অমুক্তং গুরুনি খংগ্রবদি মদু খক কাওরোইদবনি, করিগুম্বদা থওইদবা তৌরোইদবনি,

অসিগুম্ব নরাধম ওইদুনা দেহত্যাক তৌরবসু কোটি কল্পনরক তারবস গুরুদেবদো ঐগীদি গুরুনি খক থাদোকলোই পাপ ওইগনি।

গুরু থাদোক্লবগী শাস্ত্রবিধি করি ওইগনি ?

অবৈষ্ণবোপদিষ্টেন মন্ত্রেন নিরয়ং ব্রজেৎ।

পুনশ্চ বিধিনা সম্যগ গ্রাহয়েৎ বৈষ্ণবান গুরোঃ ।।

মহাকুলো প্রসুতোহপি সর্ব্বযজ্ঞেষু দীক্ষিতঃ।

সহস্রশাখা ধ্যায়ীচ ন গুরুস্যাৎ বৈষ্ণবঃ ।।

(মসিমক শ্রীহরি ভক্তি বিলাসনা নারদ পঞ্চরাত্রদা হাইরি)

বৈষ্ণব ওইদবা মীনা মন্ত্র লৌরবদি নরক তাই হাইনা শাস্ত্রবচন তৌরি। বৈষ্ণব ওইদ্রবসু অহানবদা মন্ত্র লৌখ্রবদি। বৈষ্ণবনা গুরুগী মফমদগী মন্ত্র লৌবগী বিধি নিয়ম লৈ। উচ্চবংশদা পোকপা অয়াম্বা যোগ্যতা ওইরবদি বেদগী শাখাতম্ব য়ারবনি। মদুমক মহাক্লা মতম অসিদা বৈষ্ণব ওইদ্রবা অদু ওইরবদি মহাক মতিক চাদবা মী ওইরবনি।

## দ্বিতীয় কল্প

### গুরুপদাশ্রয়বর্ননা

হাইরগে পুক্লিং চংনা তারো গুরুপাদ আশ্রয়। দীক্ষাগুরু শীক্ষাগুরু অনি অসি অমত্তনি। অহানবদা পিখিবদি মন্ত্র উপদেশ পাওতাকনি। মন্ত্র গুরুনা দীক্ষা গুরুদগী তোঙানবনি। গুরুতত্ব কৃষ্ণতত্ত্ব মী অদুনা খংগদবনি শিক্ষাগুরুনা ওইরবসু শাস্ত্রগী ভাষা ঙাক্তনি। শিক্ষা গুরু ওইনা খংলবসু কৃষ্ণগী স্বরূপনি অন্তর্য্যামী ভক্ত অথোইবা তোঙানলি অনিশুবনি। গুরুনা কৃষ্ণরূপনি শাস্ত্রদা প্রমান পিরে গুরু রূপ ওইনা কৃপা পি ভক্তগী মফমদা জীবগী অশেংবা অমা লৈতে গুরু চৈতন্য রূপনি। শীক্ষা গুরু ওই কৃষ্ণগী স্বরূপনি। ঈশ্বর রূপতা ভক্তগী মফম অদুদা লেংদনা লৈ। ভক্তগী

থমোইদা মতম পুন্নমক্তা ভক্তগী থমোইদা বিশ্রাম তৌই। কৃষ্ণ গুরু ভক্ত শক্তি অবতারনি ফোংদোকলি। কৃষ্ণনা মশক ৬ পুথোকলি। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতদা ইরি। পুন্নমক অসিগী বৃত্তান্ত হাইরগে পুক্নিং চংনা তারো। পূজা মুলং গুরু পদং ধ্যান মুলং গুরুমুর্ত্তি মুর্ত্তি গুরু মুলংকৃপা কহে স্মৃতি শ্রুতি। পুন্নমক অসে গুরুগী মুখদগী থোকপনি।

ভক্তিগা লোইননা থমোইদা চেংনা থমগনি। গুরুগী বাক্য ব্রা থাজদ্রবা মী গুরু থাদোক্লক্লবনি, মহাক অদু তিনররোই শোইদনা থাদোকপা তাবনি, মরম অসিনা বৈষ্ণব অপরাধা ওইরবনি। গুরুনা দেশনি গুরুনা উপদেশ গুরুনা ধর্ম্মগী আচারনি। গুরুউপদেশ লৌদবা মী তিনরোইদবনি। খংদবা হাইবসিনা থমোই অসি নুং ওইনা কলি। গুরু নত্তনা হাইবদি গুরুবাক্যতন লাম্ভোক্কদবনি। হরি ভক্তি বিলাসদা বর্ননা তৌরি, পুক্নিং চংনা তারসি ভক্ত পুন্নমক। গুরুদা পুক্নিং চংলবা মী অদু পাঙ্গল থৌনা লৈরবনি। শাস্ত্র তম্লগা গুরু ভক্তি লৈত্রবা মহাক গুরু পাদপদ্মদা পুক্নিং চংদ্রবনি! শাস্ত্রতমদ্রবদা করম্না পণ্ডিত ওইগনি যথা তথা গুরু দর্শন তৌগনি। উবদা খুৎ হেক্তা লোনগনি। অষ্টাঙ্গ প্রমান তৌগনি। প্রনাম তৌদবা মী অদু লৈমাইদা লৈরিবা উ মরুগুম্বনি। ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরাণ্ড বর্ননা তৌরিএ পুক্নিং চংনা তারো ভক্ত পুন্নমক! গুরু কৃষ্ণনি ইষ্ট গুরুনি বন্ধুনি। অতৈ অমা ওইসনু পামলিবদি প্রেম্না লননি। ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষ পুরুষ মরিনি মখোইবু নিংবদা পুন্নমক তিনরি, গুরুভক্তি য়াওদনা ব্রত যোগ ধ্যায় তৌবদা প্রেম য়াওদ্রবদি অরেম্বা তাই। গুরুদা পুক্নিং চংনা হাইজগনি। শ্রীগুরু চরম্বু নিংজরি ভক্ত ভক্তি গুরু অমসুং ভগবান অমত্তা ওইবনি মরি অসিনি। শ্রীগুরুপাদ নিংলবদি অয়াম্বা বিঘ্ন লৈত্রবনি, সাধ্যবস্ত সাধনদগী বেদদা হাইরি, ভক্ত মালা গ্রন্থদা বর্ননা তৌরি। করিগুম্বা অরুবা খর হাইরগে তারো। ভগবান্দা ভক্তদা অমসুং শ্রী গুরু চরন্দা গুরু কৃপা নত্তনা প্রেম পোকলোই স্বয়ং ভগবাননি মহাক

থাঙ্গৈশেংনা গুরুবু য়েংউ ভক্তিগা লোইননা রাধা কৃষ্ণ রঙ্গ রসনি কৃষ্ণনাম মহামন্ত্রনি মরম অসিদগী থমোইনুংদা চেৎনা থমগনি। গুরু সেবা তৌ পুক্লিং ২ লোংদনা। গুরু শিষ্য আত্মা অমত্তনি হাইনা খনগনি, তত্ত্বজ্ঞানতনা গুরু শিষ্য অমত্তনি খনগনি। পূর্ব্বাপর হাইবা ব্রা অসি মীওইবগী ব্রাখননি। গুরু শিষ্য তোঙান্দবনি পরমাত্মানি য়েংউ। গুরু বাক্য সত্যনি হাইনা পুক্লিংদা লেংদনা থমগনি গুরুদা মীনি করিগুম্বদা খলোইদবনি। গুরুদা লাই পুম্নমক্ত তিল্লি হাইবসি অরেপ্পা ব্রাখন থমগনি। মনা ১০০০ পানবা থম্বান্দ ধ্যান তৌরগা উবা ফংগনি চৈতন্য স্বরূপনি খংগনি। মতম অদুদা পুক্লিংনা আকার মওং মুন্না খংগনি। আত্মা অমত্তনি কাওরোইদবনি, ভক্তি তত্ত্বসারদা লৈরিবনি বর্ননা তৌদুনা। থোইনা লুবা নত্তে হাইগে তারো, গুরু সেবা অতৎপা লৈতনা তৌগনি মী অদুনা লক্ষ্মীপতিবু মতম চুপদা য়েংনরিবনি। গুরু সেবা তৌদ্রবা মী অদো দুরাচারনি। মাগা মানবা পাপি অমা লৈত্রবনি। গুরুগী মফমদা মতম চুপ্পদা পুক্লিং সেংগনি নত্রবদি মহাপাপিনি হাইনা সোইদনা হাইনগনি মীনা মরম অসিনা গুরুগী মফমদা ভক্তি লৈগনি, গুরু সেবা নুমিৎ খুদিং কাওরোইদবনি। অদুগা মানবা ভাগ্যবান অমা লৈত্রবনি। মহাকি পূন্যগী ব্রা করি অমুক হাইগনি। মহাপূন্যবান লৈবাক অসিদা, মহাক্না মাননা শেংবা সংসারদা লৈত্রবনি। ব্রত তৌবা যজ্ঞ তৌবা উপাসনা তৌবা পূন্যগী মশকনি। তীর্থস্থান্দ শ্রার্দ্ধ পূন্যনি, গুরু সেবানা অদুদগী অমুক হেলিবা পূন্যবাননি। গুরুনা গতিনি, গুরুনা মতিনি, গুরুনা যোগেশ্বরনি। গুরু কৃপা নত্তনা করিগুম্বা থবক অমা হেক পাংথোকপা য়াদবনি। লাই পুম্নমককি মশক ওইরিবা শ্রীগুরুনি শাস্ত্রনা হাইরিবনি। লেংদ্রবা বেদ শাস্ত্রগী ব্রানি। গুরুনা পেম্বিরবদি থবক পুম্নমক মঙ্গল ওইরিবনি। হাইরিবা ব্রাশিং ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরকদ গনেশ খণ্ডদা বর্ননা তৌরি অসিগুম্বা ব্রা অসি হাইখ্রবনি মুন্না তাগদবনি।

মতাং অসিদা গুরু পদাশ্রয় বর্ননা লোইরে ইতি।

---

# তৃতীয় কল্প

## দীক্ষা কদাইবু কৌবগে ?

দীয়ন্তে জ্ঞান মত্যন্তং ক্ষীয়তে পাপসঞ্চয়ঃ ।
তস্মাৎ দীক্ষেতি সা প্রোক্তা মনির্ভি স্তত্ত্বদর্শিভিঃ ।।
দিব্যজ্ঞানং যতো দদ্যাৎ কৃত্যা পাপস্য সংক্ষয়ম ।
তস্মাদীক্ষেতিসা প্রোক্তা মনির্ভিস্তত্ত্ব বেদিভিঃ ।।
দিব্যজ্ঞানং দীয়তেযদা তস্মাৎ প্রদক্ষিনিকৃত্য ।
নত্বা শ্রীগুরুচরনং সর্ব্ব পাপ প্রমুচ্যতে ।।

(মসি রুদ্রযামল অমসুং যোগিনী তন্ত্রদা হাইবনি)

করিগুম্বা থবক হাইবদি শাস্ত্রনা তাকপা বিধিকাইদনা পূজা অর্চ্চা অদুবু তৌবগা দিব্যজ্ঞান ফংলিবনি অসিবু দীক্ষা কৌই । প্রকৃত পক্ষদা দীক্ষা অর্থ বর্ননা অমদি শব্দ বিশেষ তৌরি পুক্লিং চংনা তারো । বর্ননা তৌরিবা বর্নশিং শব্দব্রহ্ম নত্রগা নাদব্রহ্মা হাইরগা নোং খোংবগুম্বনি অসিগুম্বা বর্ন অসি ভগবানগী নামনি । নাম অমসুং নামি অমত্তনি করিসু খেনবা লৈতে । অসিগুম্বা ৱাখল অসিনা নাম নত্রগা মন্ত্র লৌবা অসিবু দিক্ষা কৌরিবনি । মহাক্লা নাম অমসুং মন্ত্র অমদি মন্ত্রগী অপাম্বা দেবতা অদু নিংগনি মসি প্রকৃতিগী ওইনা দিক্ষা তৌবনি । দীক্ষামন্ত্র লৌবা মতমদা শব্দব্রহ্ম নত্রগা নাদব্রহ্মগী অপাম্বা দেবতা জ্যোতির্ম্ময় ওইবা মুর্ত্তি থমোই অন্তর রন্দা চংহলগা মখোইগী থমোইগী অমম্ব অদু মাংখ্রগনি । মতৌ অসুম তৌনা মন্ত্র নত্রগা দীক্ষা লৌরগা নিজ ইষ্ট দেবতাগী ভাব অদু পোক্লক্ত্রবা অদু ওইরবদি অসিগুম্বা মন্ত্র নত্রগা দীক্ষা, দীক্ষা নত্রগা মন্ত্র লৌবা শিজিন্নবা অসোইবনি চেৎনা থাজগদবনি ভক্তিগী মরুনি ।

গুরুবীজমন্ত্রঃ— ঐং শ্রীগুরবে নমঃ ।

গুরুগায়ত্রীঃ— ঐং গুরুদেবায় বিদ্মহে চৈতন্য রূপায় ধীমহি তন্নো গুরু প্রচোদয়াৎ ।

## বিষ্ণুনৈবেদ্যবা মহাপ্রসাদ ভোজন

কোটি যজ্ঞ তৌবা, কোটি মাস পূন্য ধামদা বাস তৌবা ওইরবসু অমুক্তং বিষ্ণুগী প্রসাদি ফংবগী ফলগা মানৈ হাইরি। মহাপ্রসাদ ওইরবদি অকংবা ফিদা পকপসু ওইসনু ফংবা মতমদা চাগনি। হাইরিবা অসিদা মফম অমসুং মতম বিচার তৌররোই। সুরশিং, সিদ্ধশিং অমসুং ঋষিশিংনা বিষ্ণুগী প্রসাদি অসিদি পবিত্রনি হাইরিবনি। অন্য দেবতাশিংগীদি থকপা লৌবা শোকপা য়েংবা চাবা তৌরোইদবনি।

## একাদশী ব্রত

যাবজ্জীবন একাদশী ব্রত তৌগনি। হরিবাসর লাক্লবদি ব্রহ্মহত্যানচিংবা পাপ পুম্নমক চাক্তা চংদুনা লৈ হাইরি। অতোপ্পা হরি বাসর হাইবদি একাদশী তিথিদা অন্ন ভোজন চাক চারবদি পাপ চাবনি হাইরি মরম অসিনা সোইদনা ব্রত অসি তৌবা তাবনি।

পুম্নমক অসিগী মথক্তা অমুক হাইরিবদি জল, ঈশিং উহৈ, ৱাহৈ ফল সংগোম-ঘি ব্রাহ্মনগী অপাম্বা গুরুবাক্য অমসুং হিদাক ওইনা ৮ অসিদি চারুরবসু করিসু কাইদে। তৌইগুম্বসুং শয়ন একাদশী পার্শ্বৈকাদশী অমসুং উত্থানৈকাদশী অসিদদি ঈশিং ফাওবা থকপা য়াদে হাইনা হাইরিবনি।

## অন্যান্য ব্রতবা উপবাসাদি

অষ্টমহাদ্বাদশী, শ্রীবামনদ্বাদশী, শ্রীনৃসিংহচতুর্দ্দশী অমসুং শ্রীশ্রীজন্মাষ্টমী ব্রত অমসুং শ্রীরামনবমী হাইরিবশিং অসি শোইদনমককি পালন তৌগদবনি। বৈষ্ণবশিংনা শিবরাত্রি ব্রত প্রয়োজন ওইদবনি, তৌইগুম্বসুং সদাচারী ওইনা শিবরাত্রী উপবাসদি তৌগনি।

অতোপ অতোপ্পা জন্মতিথিঃ— শ্রীমদ দ্বৈত মহাপ্রভু জন্মতিথি (মাঘগী শুক্লা সপ্তমী) শ্রীমন নিত্যানন্দ প্রভুগী জন্মতিথি (মাঘগী শুক্লা এযোদশী) শ্রীশ্রী গৌরাঙ্গ প্রভুগী জন্মতিথি (ফালগুনগী পূর্নিমা) শ্রীরাধিকাগী জন্মতিথি রাধাষ্টমী) ব্রত উপাসনা অসিদি দেবতাশিংগীদমক্তনি তৌগদৌরিবনি।

## পঞ্চম কল্প

## গীতা অমসুং ভাগবতকী মহাত্ম্যানচিংবা

### শ্রীমদ্ভাগবত গীতা মহাত্ম্য

স্বয়ং পদ্ম নাভ শ্রীকৃষ্ণগী মুখদগী থোক্লকপা গীতা শোইদনা পাঠ তৌগদবনি। গীতা সর্ব্ব শাস্ত্র ময়ী সর্ব্ববেদ ময়ীনি। মরম অদুগী গীতাবু মতম পুম্নমক্তা অভ্যাস তৌগদবনি। গীতাগী অরোইবদা মতিক মগুণ কয়াসু ইরি। কনাগুম্বনা অধ্যায় অমা, নত্রগনা শ্লোক অমা নত্রগা শ্লোককী তংখাই অমা পাঠ তৌরিবা মী অদো অয়াম্বা পাপ কোক্তুনা বিষ্ণু লোগ ফংই হায়রিবনি। অদুক মগুণ লৈশ্রবা ভগবত গীতানি লাইরিক অসি সম্মান তৌনরিবনি।

### শ্রীমদ্ভাগবত মাহাত্ম্য

ঈচেন নাইরিবা ঈশিংশিংগী মনুংদা গঙ্গা, সরস্বতী, তাপ্তি, পয়োষ্ণী হাইরিবা ঈচেন ঈশিং অসিগী মনুংদা অথোই অহেনবা ওইরিবদি 'গঙ্গা' না অথোইবনি। দেবতা লাই পুম্নমককি মনুংদা ভগবান বিষ্ণুনা অথোইবনি। বিষ্ণুভক্তশিংগী মনুংদা মহাদেবনা অথোইবনি। অসিগুম্না পুরান পুম্নমক্তগী অথোইবা করম্বনো খঙ্গৎলকপদা শ্রীমদ্ভাগতনা অথোইবা অহেনবা ওইরিবনি। গ্রন্থ অসি পাঠ অমদি শ্রবন তাবদা পরমপুরুষ শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অৱাবা অঙকপা অমদি অকিবা পুম্নমক লোইনা কোকই।

কলিযুগ অসিদা করিগুম্বা মফম অমদা শ্রীভাগবত শাস্ত্র অসি লৈরবদি, মফম অদু শ্রীহরিনা অয়াম্বা দেবতাশিংগা লোইননা লৈরে হাইবসি খংনগনি। মতৌ অসিগুম্না অয়াম্বা তীর্থ নদ-নদী অমসুং সরোবর পুম্নমক লৈরে হায়বসি খংনগনি। অসিগুম্বা শ্রীভাগবত সর্ব্ববেদান্তগী সারনি। কনাগুম্বনা মসিগী রসামৃতদা পেনবা পোকলিবনি, মহাক অসিনা অতোপ্পা ৱাখল খন্দ্রবনি।

### শ্রীশ্রীমহাপ্রভুরমত

আরাধ্য ভগবান, ব্রজেশস্তনয়স্তদ্ধাম বৃন্দাবনং।
রম্যা কচিদুপা সনা ব্রজবধুবর্গেন যা কল্পিতা॥

শাস্ত্রং ভাগবতং পুরানমলং প্রেমা পুমর্থো মহান ।
শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভোর্মত মিদং তত্রাদরোন পরা ।।

ব্রজেন্দনন্দন ভগবান শ্রীকৃষ্ণ নিংগদবা দেবতানি, শ্রীবৃন্দাবন্দা মহাক্কি মফমনি, ব্রজবধুশিংনা থল্লবা চরিত্র অসি উপাসনা তৌরিবনি, মহাকপু উপাসনা তৌবা সাত্বিক পুরান শ্রীমদ্ভাগবত শাস্ত্রনি ।

## চারি ধাম

মথুরা, দ্বারকা, পুরী অমসুং রামেশ্বর মেতুবন্ধনি । হাইরিবা চারি ধাম দর্শণ তৌবা অমসুং পরিক্রমা তৌবা বৈষ্ণব বগগী কর্ত্তব্যনি ।

## একমাত্রকর্ত্তব্য

স্মর্ত্তব্য সততং বিষ্ণু স্মর্ত্তব্যো ন জাতুচিৎ ।
সর্ব্বোবিধি নিষেধঃ স্যাদেতযোরেবকিঙ্কব ।।

(তথাহি পদ্মপুরানে)

মিকুপ খুদিং শ্রীবিষ্ণু নিংশিংগনি ।
ক্ষন খুদিং কাওরোইদবনি ।।
বিধি নিষেধ তৌবা পুম্নমক্কী মপুনি ।
চৎনবা অমসুং চৎনদবা অমুক হন্না প্রজাগিনি ।

(বৃহত্তক্তিতত্ত্বমার)

---



# পরি শিষ্ট

## নিত্য ক্রিয়া পদ্ধতি

### শয্যাত্যাগ

দিক্ষীত ব্যক্তি (হাইবদি মুন্না খংলবা তম্নবা) মীনা ব্রহ্ম মুহুর্ত্তদা সূর্য্যোদয়গী মমাং পুং ৪ লৈরিঙৈদা সাধারন ওইনা মতম অসিদা তুম্বা থাদোক্তুনা শয্যাদা ফম্লগা মখাগী মন্ত্র অসি শোনগনি –

কৃষ্ণ কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, কৃষ্ণ হে।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, কৃষ্ণ হে।

নদীয়াবাসিশিংনা মখাগী অসি শোননি।

গৌর গৌর, গৌর গৌর, গৌর গৌর, গৌর হে।
গৌর গৌর, গৌর গৌর, গৌর গৌর, গৌর হে ।।

কীর্ত্তন অসি তৌরগা।

সমুদ্র মেখলে দেবী পর্ব্বত স্তনমণ্ডলে।
বিষ্ণুপত্নি নমস্যামি পাদস্পর্শ ক্ষমস্বমে ।।

মন্ত্র অসিনা প্রার্থনা তৌরবা মতুংদা "প্রিয় দত্তায়ৈ ভুম্যৈ নমঃ" হাইনা পৃথিবীবু কোক কংলগা শয্যা থাদোক্কনি।

### মুলমুত্রত্যাগ

য়ুমদগী খর লাপ্পা চংলগা মৌনভার (হাইবদি ঋা ঙাংদবা) নুংথিন হাইবদি নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবফাওবা মাই অম্নাং ওনবা, অহিংদা ওইরবদি মাই মথা ওনবা, মসি বেদ বিধিনি। "মতমগী মতুং ইন্না ঙসিদি পায়খানা লৈখিবনা ওনগদবা মাইকৈ অমদা অদুম ওনখরে।" নিয়ম অসি তৌদুনা মল মুত্র থাদোক্কনি। যজ্ঞ সুত্র হাইবদি নোগুন য়েৎকি নাকোংদা হাপকনি, য়েৎকী নাকোং অসি গঙ্গা লৈ হাইদুনা ঙাকপিনবা

হাইবনি। মতম অসিদা উখোংদা, মন্দিরদা ভুমি শয্যা তৌবা ত্রকান্ত ওইবা ভোজন তৌগনি। শত্রু মিত্র, মরুপ মপাং অমদি পুম্নমক সন্ধি মতম ওইরবনি যত্ন তৌগনি করম্না মায়া থাদোকপা, অরোইবদা ফংনবা হোৎনরো জীব পুম্নমক! অমত্তনি খনগনি গুস্বা থোক্লবদি বিষ্ণুপাদ ফংগনি শোইদনা, মায়া থাদোক্লো বিষ্ণু ভোজন তৌরো বিষ্ণু পাদ ফংগনি।

ইছাগী ছায়া মরুমদা উগী মরুমদা সূর্য্য, চন্দ্র, অগ্নি, মন্দির গো, ব্রাহ্মন, গুরু অমসুং বায়ু নুংশিৎ মাইরম, থোইদোক্লা লবুক, গোচার সনসেনবুং লম্বি মী লৈবা মফম তুরেন্দা ঈশিংদা শ্মশান্দ উৎ ভস্মদা, অহোবা অমদা হিগুনা লৈরগা মলমুত্র তৌরোই।

খোং হাম্বা লোইরগা য়াম্না যতন তৌনা ওই খুৎনা ঈশিংনা ফজনা শেংদোকনি। সাধারন লৈপাক্লা ঈশিংদগী লৈপাক্লা অমসুং শৌচক্রিয়া লোইরবদা মৃত্তিকা লৈপাক অদুনা লিঙ্গদা অমুক অমসুং গুহ্যদ্বারদা অহুমলক শোকনি, ঈশিংনা শেংবা লোইরবা পুখ্রিদা অতোপ্পা মফমদা নোংপোক ওন্না নত্রগা অবাং ওন্না ফম্নগা ওইগী খুত্তা ১০ রক খুৎ ২ দা ৭ লক খোং ২ দা অহুমলক লৈপাক্লা শেংগনি, খোং-খুৎ শেংলগা খুজিন অমুক শেংগনি। সাধারন ওইনা মীওই অসিনা ঈশিংতনা শেংলি শৌচক্রিয়াসি মনম নমথিদনবা শেংলিবনি। হৌজিক মতম অসিগী চৎনরিবনা সাবম্না শেংনরি ব্যবহার তৌরি।

### দন্তা ধাবন

ঈশিং খুজোক ৬ না চিন শেংদোক্লগা, অবাং নত্রগা নোংপোক ওন্দুনা খুদোন ১২ শাংবা কাষ্ঠনা চিনয়া শেংগনি।

আয়ুর্ব্বলং যশোবর্চ্চঃ প্রজা-পশুবসুনিচ।

ব্রহ্ম প্রজাঞ্চ মেধাঞ্চ ত্বংনো ধেহিবনস্পতে॥

অসিগুম্বা মন্ত্র অসিনা দন্তধারন তৌরগা, য়ানা তপ্পা অমসুং তুমিন্না চিন-য়া সেঙ্গনি। সাধারন মীওই কয়া কয়ানা মানা পাম্বা মওংদা হৌজিক চিন শেংনরি, মসি মী অদুগী অপাম্বনি।

দন্তাধাবন তৌদ্রবদি হকচাং শেংদ্রিবনি। তৌইগুম্বসুং একাদশীনচিংবা করিগুম্বা উপবাসদা, শ্রাদ্ধ নুমিত্তা মনা নত্রগা ঈশিং খুজোক ১২ না দন্তাধাবন তৌগনি হাইরি। পলাশ বট (খোংনাংবট) হাইবনি সনাখোংনাং, খুচুমপেরে বিল্ব হরি খাগোক মশা হাইবনি, করবীর, আম্র অসিনচিংবা, অতোপ্পা মখোম থোকপা উ, কটু তিক্ত (অফকপা অশিনবা হাইবনি) কষায় অশাবা ফাওবা, থোইদোকপা রস য়াওবা উ পুন্নমক অসি দন্তকাষ্ঠ ওইবদা মতিক চাই। থোইদোক্লা হাইরবদা ফংবা ফংদবগী ৱাতনি ইরুজরমদাই কান্দা চৈ অমা লিরুং শানা কোল্লগা লৈ শেংদোককনি হায়রিবা অসি মীওই ঐখোইগী সদাচারনি।

## স্নান বিধি

গৃহীনা হাইবদি য়ুম পানবা মীনা নোংমদা ২ রক ইরুজথোক্কনি যতি ওইবনা নোংমদা ৩লক ইরুজথোক্কনি হাইবদি ত্রিসন্ধ্যা স্নান তৌগনি অমসুং ব্রহ্মচারিনা নোংমদা অমুক্তং স্নান তৌগনি। জলা শয়দা চৎলগা স্নান তৌবা ঙমদবগী ৱানি, মহাক্কি মফমদদি গ্রহস্নান হাইবা অদুনি। ঙমদবা হাইবসিগী মফমদদি অচোৎপা ফিনা খোং-খুৎ হামদোক্লগা শেংদোক্লগা স্নান ওইরে। স্বগৃহদা ঙমদবনা স্নান তৌবা হাইবা অসি খোং-খুৎ শেংনা হামদোক্লগা অদুম প্রনা য়াম্না চিংবদা করিসু কাইদে তৌগনি।

নমো অপবিত্রঃ পবিত্রোবা সর্ব্ববস্থাং গতোহপিবা।
যঃ স্মবেৎ পুণ্ডরিকাক্ষং সঃ বাহ্যাভ্যন্তরঃ শুচিঃ ॥

অতোপ্পা অমনা –

পাপোহতং পাপকর্ম্মাহং পাপাত্মা পাপসম্ভবঃ ।

ত্রাহিমাং পুণ্ডরীকাক্ষং সর্ব্ব পাপ হরো হরিঃ ।।

মন্ত্র অসিনা দেহ শেংদোক্লগা, শ্রীহরি নিংশিংগনি । তুলসী পত্রগতিনরবা জল পাত্র অদুদা অঙ্কুশ মুদ্রান (হাইবদি য়েৎকি খুৎ অসি খুদুম পাইশিল্লগা খুদোনবী তিংথোক্তুনা খজিক্তং খোইজিল্লগা) ঈশিং অদুবু কোইশিনগনি ।

গঙ্গেচ যমুনে চৈব গোদাবরী সরস্বতী ।

নর্ম্মদে সিন্ধুকাবেরী জলেহস্মিনসন্নিদিং কুরু ।।

মন্ত্র অসিনা তীর্থ পুম্নমক আবাহন তৌরগা মখাগী মন্ত্র হাইগনি ।

যথা –কুরুক্ষেত্র গয়া গঙ্গা প্রভাস পুষ্করানিচ ।

তীর্থান্যেতানি পূন্যানি স্নানকালে ভবন্তিহ ।।

শিখা থোকপা –

গছন্তু সকলাদেবা ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরঃ ।

তিষ্ঠতু অচলা লক্ষ্মী শিখা মুক্তং করোম্যহং ।।

মথংদা হকচাং সেংদোক্লগা আচমন মন্ত্রঃ । – ওঁ বিষ্ণুঃ ওঁ বিষ্ণুঃ ওঁ বিষ্ণুঃ মন্ত্র অসিনা আচমন তৌরগা অমসুং "ওঁ তদ্বিষ্ণেঃ পরমং পদং সদা পশ্যন্তি সুরয়ঃ দীবীব চক্ষুরাততম্ । ওঁ বিষ্ণুঃ ওঁ বিষ্ণুঃ ওঁ বিষ্ণুঃ মন্ত্র অসি অহুম্নক হাইরগা কোক্তা ঈশিং হাপকনি । মথংদা ঈশিং থরা কোক্তা হাপ্লগনি মখাগী মন্ত্র অসিনা শিখা পনগনি ।

শিখা পুম্নবা মন্ত্র –

ওঁ ব্রহ্মবানী সহস্রানি শিববানী শতানিচ ।

বিষ্ণোর্নাম সহস্রানি শিখাবন্ধং করোম্যহম্ ।।

চন্দনথিম্নবা মৃতিকা লৌবগী মন্ত্র –

অশ্বক্রান্তে রথক্রান্তে বিষ্ণুক্রান্তে বসুন্ধরে।

মৃত্তিকাহরমে পাপং যন্ময়া দুস্কৃতং কৃতং ॥

তিলকশিংগী মন্ত্র –

নমোকেশবানন্ত গোবিন্দ বরাহ পুরুষোত্তমঃ।

পূন্যার্যশাশ্যামায়স্য তিলকংমে প্রসীদতু ॥

অসিগী মতুংদা তিলকধারন তৌরগনি যথা–

ললাটে শ্রীকেশবায় নমঃ। উদরে- শ্রীনারায়নায় নমঃ। বক্ষস্থলে শ্রীমাধবায় নমঃ। কন্ঠে- শ্রীগোবিন্দায় নমঃ। ডান কুক্ষিতে- শ্রীবিষ্ণবে নমঃ। ডান বাহুতে মধুসুদনায় নমঃ। ডান স্কন্ধে- শ্রীত্রিবিক্রমায় নমঃ। বাম কুক্ষিতে শ্রীবাম নায় নমঃ। বাম বাহুতে- শ্রীধরায় নমঃ। বাম স্কন্ধে- শ্রীহৃষি কেশায় নমঃ। পৃষ্ঠে-ওঁ পদ্মনাভায় নমঃ। কটিতে- শ্রীদা মোদরায় নমঃ।

মতাং অসি কনা কনাগুম্বনা হায়, দ্বাদশ ফোঁটা তিলককি পরিবর্ত্ত ওইনা মখাগী পঞ্চ ফোঁটা অসিনা মরম ওইদুনা তিলক তৌগনি। মসিমক শ্রীগুরুগী পাওতাককি মতুং ইনবনি যথা –

ললাটে- যুগল মুর্ত্তয়ে নমঃ। নাসিকাতে- গোবিন্দায় নমঃ। কন্ঠমুলে গোপীনাথায় নমঃ। বাহুদ্বয়ে মদন গোপালায় নমঃ। বক্ষে- গিরিধারী য়ৈ নমঃ। অসুম হাইনা মফম ৫ অসিদা ফোঁটা তিলক অসি তৌরগা খুৎ হামদোকপগী মচুম অদুদি কোক্তা হাপকনি হাইরিবা অসিদি পুম্নমকসু অদুম হাইরিবনি।

কনাগুম্বশিংনা গোপী চন্দনবু ব্যবহার তৌরিবনি। মসিদা অঙ্গহীন মন্ত্রহীন শ্রদ্ধাহীন অমসুং ক্রিয়াহীন মন্ত্রাশিং অসি সফলতা ওইদ্রিবনি।

মসিগী মতুংদা তর্পন্নচিংবা তৌরগা ক্লীং কামদেবায় বিদ্মহেপুষ্প বানায় ধীমহি তন্নোহনঙ্গঃ প্রচোদয়াৎ "অসিগুম্বা কামগায়ত্রী উচ্চাবন তৌরগা "ইমর্ঘ্যং শ্রীকৃষ্ণায় নমঃ হাইরগা অর্ঘ্য অহুমলক পিগনি অমসুং কাম গায়ত্রী ১০ রক জপ তৌগনি। অসিগী মতুংদা ইদমর্ঘ্যং শ্রীসূর্য্যায় নমঃ হাইরগা সূর্য্যদেবদা অর্ঘ্য অসি পিগনি। কনাগুম্বনা ওঁ নমো বিবস্বতে ব্রহ্মন, ভাস্বতে বিষ্ণুতেজসে জগৎ সবিত্রে শুচয়ে সবিত্রে কর্ম্মদায়িনে ইদমর্ঘ্যং ওঁ শ্রীসূর্য্যায় নমঃ মন্ত্র অসিনা সূর্য্যদা অর্ঘ্য কৎকনি মথংদা–

ওঁ জবাকুসুম সঙ্কাশং কাস্য পেয়ং মহাদ্যুতিং।

ধ্বান্তারিং সর্ব্ব পাপঘ্নং প্রনতোহস্মি দিবাকরং ॥

মন্ত্র অসিনা সূর্য্য খুরুমগনি। মথংদা অয়াম্বা দেবতা খুরুমগনি মুলমন্ত্র ১০৮ লক জপ তৌগনি অমসুং জপ লোইরগা খুত্তা ঈশিং পাইরগা –

শুহ্যাতি শুহ্য গেপ্তৃত্বং গৃহানাস্মৎ কৃতং জপং।

সিদ্ধিভবতু মেদেব ত্বৎপ্রসাদাৎ ত্বয়ি স্থিতেঃ ॥

মন্ত্র অসিগী জপ ফলগা লোইননা ঈশিং খুজোক শ্রীকৃষ্ণদা কৎকনি। মথংদা কনা কনাগুম্বা (মতুংদা মালা জপ তৌদরে মন্ত্র অসি সাধারন ওইনা চৎনৈ) সোইদনা যোড়শী হরিনাম তৌরগা যুগল মহামন্ত্রনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী যুগোল রূপ স্মরন তৌগদবনি। কনাগুম্বনা গুরুনির্দ্দেশ তৌরগা মত ১০০৮ জপ তৌই, ঙমদবা থোক্লবদি ১০৮, ৫৮, ৩৮, ১৮, ১২ নত্রগা ৮ লক্তা ওইরবসু জপ তৌই।

## মালা জপবিধি

অশেংবা আসন অমদা মাই নোংপোক ওন্না ফম্লগা শ্রীকৃষ্ণবুনিংশিংগনি। অসিগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণবু চিন্তা তৌর-তৌরদুনা মুল

মন্ত্র নত্রগা হরিনাম সংখ্যান মাংওইননা জপ তৌরগা কৃষ্ণদা কত্থোক্কনি। ঙন্নবদি অহিং নুংথিন ২ মক্তা ঙন্নিবৰ্মখে হরিনাম জপ তৌগনি। থোইদোকপদি অয়ুক্তা, মধ্যাহ্নদা চাবা থকপা লোইরবা মতুংদা অমসুং অহিংদা শোইদনা হরিনাম জপ তৌগনি।

মালা জপ তৌবা হৌগৎলকপদা গোপীশিংগী গোপী মণ্ডলগী মনুংদা শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণগী ধ্যান তৌবা করিগুম্বদা কনাগুম্বনা প্রনাম মন্ত্র পাঠ তৌরগা লৈরিবনি। যথা –

মালা জপ মন্ত্রঃ –

অবি ঘ্নং কুরুমালেত্বং হরি নাম জপেয়ুচ।
শ্রীরাধাকৃষ্ণযো র্দাস্যে দেহিমালেত প্রার্থয়ে॥ ১
নামচিন্তামনি রূপং নামৈব পরমাগতি।
নামপরতরং নাস্তি নাম তস্মাদুপামহে॥ ২

মালাজপ সমর্পন মন্ত্র ঃ–

নাম যজ্ঞ মহাযজ্ঞঃ কলৌকল্মষ নাশনং।
কৃষ্ণচৈতন্য প্রীত্যর্থে নামযজ্ঞ সমর্পনঃ॥

বিশেষ বিধি

প্রাত স্নানগী মতুংদা অশেংবা ফি শেৎ-ইন্নগা লৈ হেক্লবগী নিয়ম। মধ্যাহ্ন স্নানগী মতুংদদি লৈ হেকলোই য়াদে।

মহাবিষ্ণুবু নমস্কার তৌবা অমসুং মহাক্কি মফমদা প্রার্থনা নোঞবা হাইজবা অমসুং য়াথংগী মতুং ইন্না, তুলসী অমসুং লৈনাচিংবা হেকপা। সুগন্ধি মনম য়াম্না নুংশিবা লৈ শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রদা কৎকদবনি অদুতবু পেম্বিরিবনি।

পুঞ্জিতবৃক্ষগী মপান (লৈ) মোংফমদা শাৎপা লৈ, মনম য়াওদবা অপরাজিতা, তিংখং পাম্বা লৈ, করবী, শিবিষ, শাম্মলী হাইরিবা লৈশিং

অসি শ্রীকৃষ্ণ পূজাদা য়াদে। তিন্না চিকথৎলবা, অকংবা লৈ, লৈপাক্তা তাবা লৈ (১) শেগাইরবা লৈ খুংনা পাইদুনা থম্বা লৈ, মনম য়াওদবা লৈ, অমদি য়াম্না মনম য়াকপা লৈ অমসুং লৈ অদু পুরিঙৈদা কনাগুম্বগা খুরমনবা লৈ অদু শ্রীকৃষ্ণদা কৎপা অমদি পূজাদা শিজিন্নবা য়াদ্রবনি অমসুং ভগবান্না লৌবসু লৌদরে।

তুলসী প্ররিক্রমা মতমদা ভগবৎবিগ্রহবু তুং ওইনবা য়াদে শ্রীভগবান মাংওইননা থল্লগা খল্লগা কোইগদবনি।

অঙৌবা তুলসী অমুবা তুলসী ২ অসি শ্রীকৃষ্ণগী অতি প্রিয়নি, কোক্তা, নাকোংদা তুলসী ধারন তৌবা অমসুং পত্র অদু চাথোকপা ভক্তগী অপাম্বনি। মতম অহুম হাইবদি সন্ধ্যা অহুমদা শ্রীভবত্তাকৎ লুরবা তুলসী পত্র চাবদি, চন্দ্রায়ন ব্রতগা য়েংনরুবদা থোইদোক্লা শেংই হেল্লি হাইরিবনি।

কৃষ্ণবর্ন তুলসী (হাইবদি তুলসী অমুবা) অথোইবনি, প্রসাদি ফংদ্রিঙৈ মমাং তুলসী পত্র অদু হাননাচাবা অথোইবনি। অসুম্না চাবা লোইরবা মতুংদা চিন শেংদোকপা লোইরগা ভগবান্দ কৎলগা তাম্বুল প্রসাদি চাগনি।

সন্ধ্যা উপাসনা লোইরবদা শ্রীহরিগী কৎননবগীদমক থৌরাং তৌগনি। লোককি ব্যবহারদা গুরু দেবগী মফম লৈরগা শ্রীগুরুদেবগী উপহার কৎকনি খুরুমগনি অমসুং ভক্তিগা লোইননা পূজাসু তৌগনি নিয়ম নাইনা।

মথংদা অহোরাত্রকর্ম্ম সমর্পন তৌগনি।

(১) লৈপাক্তা তাবা লৈ অমদি শেগাইবা লৈগী মতাংদা বকুলপুষ্প অমসুং শিঙ্গারৈ হাইরিবা লৈ অসিদি লৈপাক্তা তারগা, মোৎলবদি চামথোক্লগা কৎকনি, অদুগা থুগাইরগা শেগাইরগা কৎলিবদি থম্বাননি। হাইরিবা থম্বান অসিদি অমত্তং ওইরবদি শেগাইরগা কৎপা য়াই থম্বান মনা অমা মপুম অমা চপ মান্নে ফজবদি মপুম্না ফজবা হেল্লি।

শ্রীভগবান পেম্বিনবগী উদ্দেশ্য অসিদা মহাক্কি কর্ম্ম পুম্নমক অমদি কর্ম্মগী ফলদি মখাদা হাইরিবা মন্ত্রসি পাঠ তৌরগা শ্রীকৃষ্ণদা কখোক্লবগী বিধি লৈরিবনি। মন্ত্র যথাঃ—

সাধুবা অসাধুবা কর্ম্ম যদবদা চরিতং ময়া।
তৎসর্ব্বং ভগবন বিষ্ণো (কৃষ্ণে) গৃহানারাধনংপরং।
অদু নত্রগা
অপাং সমীপে শয়নাসনে গৃহেদিবা চরাত্রৌ যতাচ গচ্ছতা।
বদস্তি কিঞ্চিতি সুকৃতং ময়া জনার্দ্দনস্তেন কৃত্যেন তুষ্যতু॥

শ্রীগুরু চরনামৃত ধারন মন্ত্র ঃ
অজ্ঞান তিমিরহরং সর্ব্বমঙ্গলদায়কঃ।
শ্রীকৃষ্ণাঙ্ঘ্রিংপ্রদো বিষ্ণুশ্রীগুরু শরনোদকম্॥

বৈষ্ণব চরনামৃত ধারন মন্ত্রঃ—
অন্তর্দ্ধান্ত বিনাশনং সর্ব্ববিঘ্নং প্রমোচনম্।
ত্রিতাপানি হরেন্নিত্যঃ বৈষ্ণব চরনোদকম্॥

---

# মহোৎসবের পদাবলী

## মনশিক্ষা

### (১)

এতমন, বল রে গোবিন্দ নাম।
আজকাল করি কি আব ভাবিছ
করে তার ধুচিবে কাম ॥
কালবা করিয়া তুমি যে বলিছ
আজতাই করভাই ॥
আজি যা অরিবা তা কর ত্রমনি
কিজানি কখন য়াই ॥
এ হেন কলিতে মানুষ জনম
এমন আর বা কাতে
হরিনাম দিয়া জগৎ তরিলা
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য যাতে ॥
সে তিন যুগের আচার বিচার
এখানি সে সব রাখ ॥
বদন ভরিয়া গৌর হরিবল
যুগের ধরমদেখ ॥
রসনা বদন বশের ভিতরে
কেবল বলিলেহর
আসিল করিয়া নরকেয়াইবে
কারবা এ অপচয়
শমন কিঙ্কর অঙ্গুলি গনিছে
জাননা কখন পারে ॥
কহে প্রেমানন্দ তখন কিহবে
আসিয়া চড়িলে ঘারে ॥

(২)

এমন ! তুমি হে অবোধ বড় ।
দেখিয়া শুনিয়া বুঝিতে নারিয়া
করি তেনা পারদৃঢ় ।।
কে সার অসার না করবিচার
কে তুমি কর কি কাজ ।
পরের কারনে শরীর খোয়ালি
আপন কাজেতে বাজ ।।
ত্রধন এজন আপনা ভাবিছ
সে তোর বুদ্ধিরভুল ।
এখন তখন কখন কিহর
বুঝনা আপনা মুল
দেখনা জীবন কেবন পবন
যাইতে কিতার বাধা ।
কিসের কারন এতেক আবতি
খাটীয়া মরিছ গাধা
দিবস রজনী তিনেনা বিরাম
গনিছ পরিছ কিবা ।
রবির নন্দন আসিবে যখন
তারেকি উত্তরদিবা ।।
বদন ভরিয়া হরি হরি বল
বসিয়া সাধুর সঙ্গ ।
কহে প্রেমানন্দ কি ভয়শমনে
আপনি দিয়েসেভঙ্গ ।।

(৩)

ওরে মন্ বৃথা কেন কর্ম্মেরে দোষাও।

মানুষ উত্তম দেয় ভারত বর্ষেতে সহ
ইহার অধিক কিবা চাও॥
বিচারিয়া দেখ তন্ত্র সর্ব্বশ্রেষ্ঠ কৃষ্ণমন্ত্র
উপাসনা হইয়াছে তাই।
তাতে কলি যুগ ধন্য ধ্যান যজ্ঞাধিকঅন্য
কৃষ্ণনাম বিনা ধর্ম্ম নাই।
কৃষ্ণ কর্ম্ম কর ভোগ বি ধাতাকে অনুভোগ
সে কবে অন্যায় কারকরে।
পাপ পূন্য পূর্ব্বার্জ্জিত এজন্মে তাপরিচিত
এবেবাতা' এখনিবা পরে॥
ভাবি দেখ কেবা কার যে করে সে আপনার
কারো কর্ম্ম করে নাই যায়।
সংসার বিষের নাড়ু কি বুঝে খাইছ ভাড়ু
দেখ জীর্ন কৈল সর্ব্বকার॥
কি সেবা নিশ্চিতআছ উলটিনা দেখ পাছ
কবেজানি পাড়িবেঢুলিয়া।
যম দুত দণ্ডহাতে সে দাণ্ডায়ে আছেপথে
তারে বুঝি রয়েছ ভুলিয়া॥
যদি জিতে সাধ হয় কৃষ্ণনাম সুধাময়
সে অমৃত সদা পিওভাই।
প্রেমানন্দ কহেতবে সব বিষজ্বালা যাবে
মৃত্যুজিনি শমন এড়াই॥

(৪)

ওরে মন ! দেখি শুনিনা বুঝ আপন ।
কেবা তুমি কোথা হতে জন্মি য়াছ জীয় তাতে
কেবা মারে কাহার ঘটনা ॥
গর্ভে ঘোর যন্ত্র নাতে কে রক্ষা করিল তাতে
কে ক্ষীর রাখিল মারস্তনে ।
অজ্ঞানে এমন জ্ঞান স্তন ধরি মুগ্ধপানে
কোথা পেলি এসব সন্ধানে ॥

(৫)

এমন, এবেসে জানিনু তোমা ।
রিপুর সহিত মিলিয়া মিশিয়া
বিপাকে ফেলিলি আমা
দুকর বুড়িয়া কামের নফর
ক্রোধকে ধরেছবুকে ।
লোকের পিছুতে সদাই ঘুরিছ
মোহত্তে মাতিছ সুখে ॥
একমাত্র এলি এথা স্ত্রী পুত্রবা ছিল কোথা
এবে কিসে বলহ আপনা
আমি বল যেই দেহ হে থায় পড়ি বে সেহ
কেবা কার হইবে আপনা ॥
কারহয়ে কারবল নিজপ্রভু কেনভুল
তিন লোকে বন্ধু মাত্রসেই ।
কহ প্রেমানন্দ মন ! ভজকৃষ্ণ শ্রীচরন
মায়াবদ্ধ ধাঁধা যাবে এই ॥

(৬)

এমন ! তোমার বোলিব কি ?

সংসার বাসনা শ্রম যে কেবল
ছাইতে ঢালিছ্যি ॥
দিবস রজনী লিখিছ্ পরিছ্
ভাবিছ্ গনিছ্ তাই ।
খাইতে শুইতে উঠিতে বসিতে
তিলেক বিধাম নাই ॥
চল্লিশ পঞ্চাশ যাটিবা সত্তর
নহেবা শতেকত্তর ।
ইহার ভিতরে কখন কিহয়
তা নাকি নিয়ম তোর ॥
এখানে যেমন সুখটি চাহিছ্
দুঃ খটি ভাবিছ্ভয় ।
মরিলে এ সুখ কোথায় পাইবে
তা নাকি ভাবিতে হয় ॥
এখানে যেমন সুখটি চাহিছ্
দুঃ খটি ভাবিছ্ভয় ।
মরিলে এসুখ কোথায় পাইবে
তানাকি ভাবিতেহয় ॥
এ আয়ুশতেক জানিরে কতেক
গরব করিছ্ শত ॥
চরনে ধরিয়ে মিনতি করিয়ে
হরি হরি বল ভাই ॥
কহে প্রেমানন্দ নামের প্রসাদে
এভব তরি য়ে যাই ॥

(৭)

এমন কিলাগি আইলেতবে।
এমন জননে হরি না ভজিলে
কেমনে তরিবিভবে ॥
মানুষ আকার হইলে কি হয়
করহ ভুতের কাম।
নাইলে বদনে কেননা বলহ
শ্রীকৃষ্ণগোবিন্দ নাম ॥
পাখীরে যে নাম লওয়াইলে লয়
শারী শুক আদিকত।
তুমি যে ইহাতে আলস্যকরহ
এ হয় কেমন মত ॥
দিবস রজনী আবোলতা বোল
পাঁ চাল পাড়িতে পার।
তাহার ভিতরে কখন কেনকি
গোবিন্দ বলিতে নার ॥
ভজিব বলিয়ে কহিয়া আইলি
ভুলিলি কি সুখ পেয়ে।
ডুবিলি আবার সংসার কুপেতে
মজিবি নরকে গিয়ে ॥
বদন ভরিয়া হরিবলে যদি
ক্ষতিনা হইবেতার
কহে প্রেমানন্দ তবে সেনিতান্ত
এরাবে কৃতান্তদ্বার ॥

(৮)

এমন কিকরে উত্তমকুল।
যে কুলে কেন জনম হউকনা
কেবল ভকতি মুল ॥
কলিকুলে ধন্য বীর হনুমান
শ্রীরাম ভকতরাজ
রাক্ষ সলইয়া বিভীষন বৈসে
ঈশ্বর সভার মাঝ ॥
দৈত্যের ঔরসে প্রহলাদজননি
ভুবনে রাখিলযশ ॥
স্ফটিক স্তম্ভেতে প্রকট নৃসিংহ
হইয়া তাঁহারবশ ॥
চণ্ডাল হইয়া মিতালী করিল
শুহক তাঁহারবশ ॥
বল না কিকুল বিদুরের ছিল
খাইল যাহার ঘরে ॥
দেখনা কেমন সাধন করিল
গোকুল গোপের নারী।
জাতি কুলাচরে তবে কি করিল
সেহর যেভজেতারি ॥
শ্রীকৃষ্ণ ভজনে সবে অধিকারি
কুলের গরবনাই।
কহে প্রেমানন্দ যেকরে গরব
নিতান্তমুরখভাই ॥

(৯)

ওরেমন ! স্বর্গ নরক বুঝ কোথা ।
যে যেন কর্ম্মকরে তেমনি ভুজায় তারে ।
ভাবিয়া দেখিলে সব হেথা ॥
কেহ ঘোড়ার দোলায় ফেরে কেহস্কন্ধে বহেকারে
ছত্র ধরি কেহ চলে পথে ।
কেহ কর্ম্ম অনুসারে জন্ম ভরি কারাগারে
কারো বিষ্ঠা কেহকরে মাথে ॥
শত সহস্রাষ্কুলক্ষ কেহ পালে দিয়া ভক্ষ্য
উঁদর ভরিতে কেহনারে ।
এখানে খেখিছ যেবা পারে যাতা জানে কেবা
বিধাতার মনেসে বিচারে ॥
দেবতা গন্ধার্ব্ব যক্ষ প্রেত পিশাচ দৈত্য রক্ষ
স্বভাবে সকলপরাচার ।
কৃষ্ণপরিষদ ভক্ত কৃষ্ণকর্ম্মে সদারত
কভুলিপ্তনহেত্রসংসার ।
সেরহে মায়ার পার তাতেকার অধিকার
নিত্যসঙ্গ নিত্যপরিবার॥
কৃষ্ণ লীলা গুণ নাম রাত্রি দিনে অবিরাম
শ্রবন কীর্ত্তন সদানন্দ
প্রেমানন্দ কহে মতি হয়ে তার অনুমতি
কৃষ্ণ কহি ছিড় কর্ম্মবন্ধ ॥

# নরোত্তম দাস ঠাকুরজী প্রার্থনা

## (১)

গৌরাঙ্গ বলিতে হবে পুলক সরীর ।
হরি হরি বলিতে নয়নে বহে নীর ।।
আর কবে নিতাই চাঁদ করুনা করিবে ।
সংসার বাসনা মোর কবে তুচ্ছ হবে ।।
বিষয় ছাড়িয়া করে শুদ্ধ হবে মন ।
কবে হাম হেরব সেই শ্রীবৃন্দাবন ।।
রূপ রঘুনাথ পদে হইবে আকুতি ।
কবে হাম বুঝিব সে যুগল পীরিতি ।।
রূপ রঘুনাথ পদে বহু মোর আশ ।
প্রার্থনা করয়েসদা নরোত্তম দাস ।।

## (২)

## (দৈন্য বোধিকা)

হরি হরি ! কি মোর করম অতিমন্দ ।
ব্রজে রাধা বকৃষ্ণপদ, নাসেবিনু তিলআধ;
না করিনু রাগের সম্বন্ধ ।।
স্বরূপ সনাতন রূপ রঘুনাথ ভট্টযুগ,
ভুগর্ভ ৺জীব লোকনাথ ।
ইহাসবার পাদ পদ্ম, না সেবিনুতিল আধ,
কিসে মোর পুরিবেক সাধ ।।
কৃষ্ণদাস করিরাজ রসিক ভকত মাঝ,
সে রচিত চৈতন্য চরিত ।

গৌরগোবিন্দ লীলা, শুনিলে গলয়ে শিলা
নাড়ুবিল তাহেমোর চিত ॥
তাঁর ভক্তের সঙ্গ, তাঁর সঙ্গে যার রঙ্গ
তাঁর সঙ্গে নহিল কেনবাস ।
হে মোর দুঃ খের কথা, জনম গোঁ য়াইনু বৃথা
ধিক্ ধিক্ নরোত্তম দাস ॥

(৩)

(সম্প্রার্থনা ময়ী)

রাধাকৃষ্ণ নিবেদন যেইজন করে ।
দেহ অতিরসময় সকরুণ সহৃদয়,
অবধান করনাথ মোরে ॥
হে কৃষ্ণ গোকুল চন্দ্র গোপী প্রান বল্লভ,
হে কৃষ্ণ প্রেয়সী শিরোমনি ।
হেন গৌর শ্যমরায়, শ্রবনে পরশ পায়,
শুন শুনি জুড়ার পরানী ॥
অধম দুর্গত জনে, কেবল করুনা মনে,
ত্রিভুবনে এবশ খেবাতি ।
শুনিয়া সাধুর মুখে, শরন লইনু সুখে
উপেক্ষিনে নাহি মোর গতি ॥
জয় রাধে জয় কৃষ্ণ জয় জয় রাধে কৃষ্ণ
কৃষ্ণ কৃষ্ণ জয় জয় রাধে ।
অঞ্জলি মস্তকে করি নরোত্তভূমে পরি
কোহে দোঁহে পুরাওমনো সাধে ॥

(৪)

**লালসামরী**

হরি হরি ! হেন দিন হইবে আমর ।
দোঁহা অঙ্গ নিরখিব দোঁহা অঙ্গ পরশিব,
সেবা করিব দোঁহাকার ।।
ললিতা বিশাখা সঙ্গে সেবিব বিবিধরঙ্গে,
মালা গাঁথি দিব দোঁহ্ গলে ।
কনক সম্পুট করি কর্পুর তাম্বুল ভরি,
জোগহিব বদন কোমলে ।।
রাধা কৃষ্ণ শ্রীচরন, সেই মোর প্রানধন,
সেই মোর জীবন উপায় ।
জয় পতিত পাবন, দেহ্ মোরে এহ্ধন
তুয়াভিন্না অননাহি চায় ।।
শ্রীগুরু করুনা সিন্ধু অধম জনার বন্ধু
লোকনাথ লোকের জীবন
হাহা প্রভু কর দয়া দেহ মোরে পদছায় ।
নরোত্তম লইল শরন ।।

(৫)

**(দেন বোধিকা)**

হরি হরি ! বিফল জনম গোঙাইনু ।
মনুষ্য জনম পহিয়া রাধা কৃষ্ণনা ভজিয়া,
জানির শুনিয়া বিষ খাইনু ।।
গোলোকের প্রানধন হরিনাম সংকীর্ত্তন,
রতিনা জন্মিল কেনতায় ।

সংসার বিষয়ানলে দিবানিশি হিয়াজ্বল
জুরাইতেনা কৈনু উপায় ।।
ব্রজেন্দ্র নন্দন যেই শচী সুত হৈল সেই
বলরাম হইল নিতাই ।।
দীনহীন যত ছিল হরিনামে উদ্ধারিল,
তার সাক্ষী জগাই মাধাই ।
হা হা প্রভু নন্দসুত বৃষভান সুঅমুত
করুনা করই ত্রইবার ।
নরোত্তম দাস কয়, নাঠেলিহ রাঙ্গা পায়,
তোমাবিনে কে আছে আমার

(৬)

(স্বনিষ্ঠা)

ধনমোর নিত্যানন্দ, পতিমোর গৌরচন্দ্র
প্রান মোর যুগল কিশোর ।
অদ্বৈত আচার্য্যবল, গদাধর মোরকুল,
নরহরি বিনে কেবা মোর
বৈষ্ণবের পদধুলি তাহে মোর স্নান কেলি
তর্পন মোর বৈষ্ণবের নাম ।
বিচার করিয়া মমে ভক্তিরস আস্বাদনে
মধ্যাস্থ শ্রীভাগবত পুরান ।
বৈষ্ণবের উচ্ছিষ্ঠ তাহে মোর মননিষ্ট,
বৈষ্ণবের মনেতে উল্লাস ।
বৃন্দাবনে চবুতরা তাহে মোর মনভোরা,
কহে দীন নরোত্তম দাস

## শ্রীসংকীর্ত্তনের অধিবাস কীর্ত্তন

(১)

জয়রে জয়রে গোরা, শ্রীশচীনন্দন,
মঙ্গল নটন সুঠামরে।
(আজু) কীর্ত্তন আনন্দে শ্রীবাস রামানন্দে
মুকুন্দ বাসু গুণ গানরে॥
দ্রাং দ্রিমিক দ্রিমি, মাদল বাজত,
মধুর মন্দিরা রসাল যে।
শঙ্খ করতাল, ঘন্টা রবভেল
মিলিল পদতলে তালরে
কো দেই গোরা অঙ্গে সুগন্ধি চন্দন,
কো দেই মালতীক মালরে।
পিরিতি ফুলশরে মরম ভেদল,
ভাবে সহচর ভোরবে॥
কোইকহত ঘোরা জানকী বল্লভ
রাধার প্রিয় পাঁচ বানরে॥
নয়না নন্দের মনে, আন নাহিক জানে
হামারি গাধরের প্রানরে॥

(২)

একদিন পঁহু হাসি, অদ্বৈত মন্দিরে আসি,
বসিলেন শচীর কুমাররে।
নিত্যানন্দ করি সঙ্গে অদ্বৈত বসিয়া রঙ্গে
মহোৎসবের করিল বিচার রে॥

শুনিয়া আনন্দে আসি সীতা ঠাকুরানী হাসি,
কহিলেন মধুর বচনরে।
তাশুনি আনন্দ মনে মহোৎসবের বিধানে,
কহেকিছু শচীর নন্দনরে॥
শুন ঠাকুরানী সীতা বৈষ্ণব আনিয়া হেথা
আমন্ত্রন করিয়া যতনে।
যেবা গায় যে বাজায়, আমন্ত্রন করি তায়,
প্রথক পৃথক জনে জনে॥
এতবলি গোরা রায় আজ্ঞা দিল সবাকায়
বৈষ্ণবে করহ আমন্ত্রনে।
খোল করতাল লইয়া অগুরু চন্দন দিয়া।
পূর্নঘট করহ স্থাপনে॥
আরোপন করি কলা, তারে বাঁধ ফুলমালা
কীর্ত্তন মণ্ডলী কুতুহলে।
মালচন্দন গুয়া ঘৃত মধু দধি দিয়া
খোল মঙ্গল সন্ধ্যাকালে॥
শুনিয়া প্রভুর কথা প্রীতে বিধি কৈল যথা
নানা উপহার গন্ধবাসে।
সবে হরি হরি বলে খোল মঙ্গল করে,
পরমেশ্বর দাসরস ভাসে।
নানদ্রব্য আযোজন করিবকরে নিমন্ত্রন
কৃপা করি কর আগমন।
তোমরা বৈষ্ণবগন মোর এইনিবেদন
দৃষ্টি করি কর সমাপন॥

করি এত নিবেদন, আসিল মহান্তগন
কালিহবে কীর্ত্তন বিলাস
শ্রীকৃষ্ণের লীলাগুন করিবেক আস্বাদন
পুরিবে সবার অভিলাস।
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য চন্দ্র সকল ভকত বৃন্দ
গুণ গায় বৃন্দাবন দাস ॥

(৩)

জয় জয় নবদ্বীপ মাঝ।
গৌরাঙ্গ আদেশ পাইয়া ঠাকুর অদ্বৈত লইয়া।
করে খোল মঙ্গলের সাজ ॥
আনিয়া বৈষ্ণব সব হরি বোল কলরব,
মহোৎসবের করে অধিবাস।
আপনি নিতাই ধন দেই মালা দেন
করে প্রিয় বৈষ্ণব সম্ভাস ॥
গোবিন্দ মৃদঙ্গ লাইয়া বাজারতাতা থৈয়া হৈয়া
করতালে অদ্বৈত চপল।
হরিদাস করে গান শ্রীবাস ধরয়েতান,
নাচে গোরা কীর্ত্তন মঙ্গল ॥
চৌদিকে বৈষ্ণবগন হরিবলে ঘনে ঘন
কালি হবে কীর্ত্তন মহোৎসব।
আমি খোল মঙ্গলি রাখিয়ে আনন্দবলি
বংশী বলে দেওজয়বর ॥

## শ্রীশ্রী জয়দেবকৃত দশাবতার স্তোত্রম্
## (মালব রাগ রূপক তাল)

প্রলয় পয়োধি জলে ধৃতবানসিবেদং
বিহিত্র বহত্র চরিএম খেদম্
কেশব ধৃত মীনশরীর
জয় জগদীশ হরে ॥ ১ (ধ্রুবম)

ক্ষিতিরতি বিপুলতরে তব তিষ্ঠতি পৃষ্ঠে
ধরনি ধরন কিন চক্র গরিষ্ঠে।
কেশব ধৃত কচ্ছপ রূপ
জয় জগদীশ হরে ॥ ২

বসতি দশন শিখরে ধরনী তবলগ্না।
শশিনি কলঙ্ক কলেবর নিমগ্না ॥
কেশব ধৃত শুকর রূপ
জয় জগদীশ হরে ॥ ৩

তবকর কমল বরে নখমদ্ভুত শৃঙ্গং
দলিত হিরন্য কশিপু তনু ভৃঙ্গম্।
কেশব ধৃত নরহরি রূপ
জয় জগদীশ হরে ॥ ৪

ছলয়সি বিক্রমনে বলি মদ্ভুতবামন
পদনখ নীর জনিজন পাবন।
কেশব ধৃত বামনরূপ
জয় জগদীশ হরে ॥ ৫

ক্ষত্রিয় রুধির ময়ে জগদপগত পাপং
স্নপয়সি পয়সি শোনিত ভব তাপম্
কেশব ধৃত ভৃগুপতি রূপ
জয় জগদীশ হরে ॥ ৬

বিতরসি দিক্ষুরনে দিকপতি কমনীয়ম্ ।
দশমুখ নৌলিবলিং রমনীয়ম্ ।
কেশব ধৃত রাম শরীরং
জয় জগদীশ হরে ॥ ৭

বহসি বপুসি বিশদেবসনং জলদাভং
হল হতি ভীতি মিলিত যমুনাভং ॥
কেশব ধৃত হলধর রূপং
জয় জগদীশ হরে ॥ ৮

নিন্দসি যজ্ঞ বিধেরহহ শ্রুতি জাতং
সদয় হৃদয় দর্শিত পশু গাতম্
কেশব ধৃত বুদ্ধ শরীর
জয় জগদীশ হরে ॥ ৯

ম্লেছ নিবহনিধনে কলয়সি করবালং
ধুম্রকেতুমিব কিমপি করালম্
কেশব ধৃত কল্কি শরীর
জয় জগদীশ হরে ॥ ১০

শ্রীজয় দেব কবেরিদমুদিতমুদারং
শৃনু সুখদং শুভদং ভবসারম্
কেশব ধৃত দশবিধরূপং
জয় জগদীশ হরে ॥ ১১

---

## প্রথম তরঙ্গ

## অথ তত্ত্ব জ্ঞান বর্নন

বর্দ্ধমানগী অধিপতি শ্রীবিজয়চাঁদ মহাভাব ওইবা রাজা বহাদুরগী অভিষেককি মতমদা আনন্দ আশ্রমদগী শ্রীযুক্ত কুমার নাথ মহোপধ্যায় সুধাকর মহোদয়না মনিগী মালা অমা লেংলগা নিংথৌ অসিগী ওকশমদা হত্তুনা পিখি, মসিমক গুরু শিষ্যগী প্রশ্নোত্তর মালাদা ফজনা বর্ননা তৌরি –

### গুরু শিষ্যগী প্রশ্নোত্তরনি

প্রশ্ন– ভবার্নবে ডুবে মরি,  কহ গুরু কৃপা করি
কিবা করি আশ্রয় কোথায় ?
উত্তর– ধরবসে দৃঢ় করি  হরি পাদ পদ্ম তরী
আর নাই তরিতে উপায় ।। ১

| প্রশ্ন | উত্তর |
|---|---|
| বিষম বন্ধন কাহারে বলি ? | অনুরাগ মাখা বাসনাগুলি । ২ |
| কহ গুরু হয় মুক্তি কিসে ? | হইলে বিরিক্ত বিষয় বিষে ।। ৩ |
| কইসে নরক সংসার মন্দীর ? | ঐয়ে শরীর ব্যাধির মন্দির ।। ৪ |
| স্বর্গ সুখ আর কাহার কয় ? | বিষয়-বাসনা বিষয় ক্ষর ।। ৫ |
| হিত কারি কিবা কিসেবামোক্ষ ? | শুধু আত্ম বোধ সদাই লক্ষ্য ।। ৬ |
| কই ভয়ানক দ্বার ? | ঐ নারীকাম বিলাস যার ।। ৭ |
| শান্তি সুখ কিসে পাইবেসবে ? | অহিংসা কেবল সুখদা ভবে ।। ৮ |
| সুখের শয়ন হয়েছে কার ? | ধ্যান ধার নায় সমাধিযায় ।। ৯ |
| জীবন যামিনী জাগিয়েছেকে ? | হিতাহিত বাতি জেলেছেযে ।। ১০ |
| মহাশত্রু কারা আপনা গেহে ? | অজিত ইন্দ্রিয় আপন দেহে ।। ১১ |
| মিত্র করা ভবে করিবেত্রান ? | বিজিত ইন্দ্রিয় বাঁচাবে প্রান ।। ১২ |

| | |
|---|---|
| যথার্থ দরিদ্র নামটি কার ? | বিশাল বিষয় বাসনা যার ॥ ১৩ |
| বরই সুন্দর সুশ্রী কে ? | সদায় সন্তোষ পেযেছে যে ॥ ১৪ |
| জীবনে মরন হয়েছেকার ? | উৎসাহ উদ্যাম গিয়াছে যার ॥ ১৫ |
| কিছুতেই নাই মমন কার ? | দুরাশা সদাই থুদ্ধি যার॥ ১৬ |
| কোনটি সংসার বন্ধন শুধু ? | মম মম মমতা মধু ॥ ১৭ |
| অন্ধহতে অন্ধ কেবা সেইজন ? | কামে বিদ্ধ যারনযন মন ॥ ১৮ |
| জীবন থাকিতে মরন কার ? | সবে অপযশ ঘোচি ছে যার ॥ ১৯ |
| কেবা গুরু ? | যেবা হিতোপদেষ্টা ॥ ২০ |
| কেবা শিষ্য ? | যার গুরুতে নিষ্ঠা ॥ ২১ |
| মহা বিজ্ঞতম কহি কারে ? | মায়ার পিশাচী বঞ্চে নযায় ॥ ২২ |
| কিবা মহাব্যাধি ? | সংসার রোগ ॥ ২৩ |
| কি ঔষধ তার ? | বিচার যোগ ॥ ২৪ |
| ভুষন হোতেত্তভূষন কার ? | বিমল চরিএ ভূষন যার ॥ ২৫ |
| সর্ব্বশ্রেষ্ঠ তীর্থ কাহারে কই ? | শুদ্ধ শান্তিমন ঐ ॥ ২৬ |
| সাধুর ধৃনিতে কেন কামিনী কাঞ্চন ভোগ ? | জীবের বন্ধন হেতুরমনী বঞ্চর যোগ ॥ ২৭ |
| সদাই শুনিবে কিবা মনে করি এক্য? | আসার সংসার গুরু বেদকাব্য ॥ ২৮ |
| নরকের দ্বার কই ? | মায়াবিনি সঙ্গ ॥ ২৯ |
| কোন সুঘ হেয় মানি ? | ময়াবিনি যুক্তা ॥ ৩০ |
| ব্রহ্মপদ লাভহয় কিবা তারহেতু ? | সাধ সঙ্গ হেতু ॥ ৩১ |
| নিষ্কাম সাত্বিক দান ? | সন্তোষ সকল ॥ ৩২ |
| আর পূর্নব্রহ্ম জ্ঞান ? | বিচার কেবল ॥ ৩৩ |
| এ সংসাররে কারেহন সাধুনামেউক্ত ? | বীতরাগ গতমোহ ভগবদ ভক্ত ॥ ৩৪ |
| যথার্থ কার্য্য কিবা ? | ইষ্টদেবের ভজন ॥ ৩৫ |

| | |
|---|---|
| যথার্থ জীবন কিবা ? | পবিত্র জীবন ॥ ৩৬ |
| যথার্থ বিদ্যা কিবা ? | যাহে পায় ব্রহ্মধন ॥ ৩৭ |
| যথার্থ বোধ কি ? | যাহা মুক্তির ভাজন ॥ ৩৮ |
| যথার্থ লাভ কি ? | যাতে ব্রহ্মজ্ঞানোদয় ॥ ৩৯ |
| বিশ্বজ কার ? | যার মনো রাজ্য জয় ॥ ৪০ |
| বিষম জ্বর কি ? | চিন্তা জ্বর ॥ ৪১ |
| কে মুর্খ ? | বিচারহীন নর ॥ ৪২ |
| শুরহতে শুর জগতে কেবা ? | কাম বশিভুত হয়না সেবা ॥ ৪৩ |
| ধীর শান্ত প্রাজ্ঞ কাহাকেকহে ? | যেনারী কটাক্ষে মোহিতমহে ॥ ৪৪ |
| বিষের বিষকি ? | বিষয় রস ॥ ৪৫ |
| সদা দুঃকী কেবা ? | বিষয় বশ ॥ ৪৬ |
| ধন্য কেবা ? | যারপবহিত ধ্যান ॥ ৪৭ |
| পূজা কেবা ? | যার আত্মতত্বে জ্ঞান ॥ ৪৮ |
| কিকরা জ্ঞানীর উচিৎনয় ? | যাতে পাপ তাপ মমতা হয় ॥ ৪৯ |
| জ্ঞানীর কর্ত্তব্য কি আছে আর ? | সদাশাস্ত্র পাঠ ধর্ম্মাচার ॥ ৫০ |
| কিবা সে সংসার ভূল ? | আমার আমার মায়ার ভুল ॥ ৫১ |
| শৃঙঘল কোথায় ? | কামিনী গাত্র ॥ ৫২ |
| মহাব্রত কিবা ? | দীনতামাত্র ॥ ৫৩ |
| ঘরের মধ্যে পশুতা কই ? | বিদ্যাহিন লোকটা ঐ ॥ ৫৪ |
| থাকিবেনা কার সঙ্গকহ ? | মুর্খ,পাপী, খল, নীচের সহ ॥ ৫৫ |
| মুক্তিচাই কিকর্ত্তব্য সত্বরতখন ? | সাধুসঙ্গ হরি ভক্তিমায়াবিসর্জ্জন ॥ ৫৬ |
| নীচ তার মুল কোথা ? | পরমুখ চাওয়া ॥ ৫৭ |
| উচ্চতারে মুল কোথা ? | সাবলম্বী হত্তয়া ॥ ৫৮ |
| সত্য জন্ম কার ? | নাই পুনর্জ্জন্ম যার ॥ ৫৯ |

| | |
|---|---|
| সত্য মৃত্যু কার ? | যার মৃত্যুনাই আর ॥ ৬০ |
| বোবা কেবা ? | যেবাবলেনা কথা যোগকালের যোগ্য কথা ॥ ৬১ |
| জগতে যথার্থবধির কেবা ? | সত্যহিতকথা শুভেনা যেবা ॥ ৬২ |
| কাহাকেবিশ্বাস করাভুল ? | অজিত ইন্দ্রিয় কামিনী কুল ॥ ৬৩ |
| এক তত্ত্ব কিবা ? | অদ্বৈত বুদ্ধি ॥ ৬৪ |
| নরেকি উত্তম ? | চরিত্র শুদ্ধি ॥ ৬৫ |
| কোন কর্ম্মেকিছু শোচনা নাই ? | পরাৎপরের পূজাইতাই ॥ ৬৬ |
| অতিবরশক্র আছে কহজনা ? | কাম-ক্রোধলোভ প্রবঞ্চনা ॥ ৬৭ |
| বিষয় পুরণ হয়না কার ? | কাম ক্রোধ লোভ মিথ্যাহর ॥ ৬৮ |
| কিবা সেনিখিল দুঃ সেখরমুল ? | মমল, মম, এই মমতা ভুল ॥ ৬৯ |
| মুখ শোভা কিবা | শাস্ত্রাভ্যাস ॥ ৭০ |
| সত্য কিবা ? | জীব অবিনাশ ॥ ৭১ |
| কিত্যাগ করিলে শ্রেষ্ঠদান ? | মায়ামোহখনি কামিনী সুখ ॥ ৭২ |
| দানের মধ্যে কি শ্রেষ্ঠদান ? | ভয়ে ভয়েচির অভয়দান ॥ ৭৩ |

গুরু শিষ্য প্রশ্নচ্ছলে পেলেউপদেশ।
মনো যোগ সেই সব জানিবে বিশেষ ॥
সাধু কিংবা জ্ঞানী কাছে বুঝ হমঙ্কান।
বুঝিত বুঝিতে চাহ পারে তত্ত্বজ্ঞান ॥
ললেনা নামিলে কেহ শিখেনা সাঁতার।
হাঁটিতে পারেনা কেহনাখেয়ে আছার ॥
ক্রমেক্রমে আত্মজ্ঞান লভিবে যখন।
শ্রীচরন দাস কহে বুঝিবে তখন ॥

## দ্বিতীয় তরঙ্গ

### অষ্টাবক্র সদুপদেশ

রাজর্ষি জনক অষ্টাবক্র ঋষিবু খংহনখি ঃ—

কহ প্রভু কিবা জ্ঞানে মুক্তি লাভ হবে।
কিরূপে বিষয়রসে বৈরাগ্য হইবে ॥

মহর্ষি অষ্টাবক্রনা হাইখিবনি ঃ—

যদি বৎস মুক্তিচাও আসক্তি সরিযা দাও
বিষয় বিষের লোভ রাখিত্তনা আর।
মায়া ক্ষমা সরলতা সত্য কিযা সন্তষ্টতা
অমৃতের তুল্য জাবি চেষ্টা করতার ॥
পৃথিবী আর সলিলে কিংবা অনল অনিলে
বটে তুমি কিছুনহতার।
ওই সব সাক্ষীরূপ মুলপাত্র চিৎস্বরূপ
পরমাত্মা কেই জান মুক্তির সার ॥
দেহকে পৃথক ভাবি চিত্তেই বিশ্রাম লভি
থাকিবারে পারযদিস্থিরকরিমন।
অমনি ঘুচিবে ভ্রান্তি হৃদয়ে পাইবে শান্তি
সুখ পাবে দুরে যাবে ভরের বন্ধান
জাতি বর্নে নাহি ভেদ আশ্রমের নাহি ভেদ
চক্ষুর গোচরে তুমি নত্তকখনও।
হইতে বাসনা হীন নির্বিকার চিরদিন
হবে সংসারের সাক্ষী চির সুখীনত্ত ॥
সুখ দুঃখ ধর্ম্মাধর্ম্ম এ সব মনের কর্ম্ম
বিছুমাত কর্ম্মা কর্ম্ম দেখিনা তোমাকে।

কোন কর্ম্মে কর্ত্তানত্ত সংসার ভোক্তা তুমি সেগু
সকলের মধ্যে মুক্ত নির্লিপ্ত সবাতে ।।
"আমি কর্ত্তা" এই ভ্রম বিষধর সপ খম
দংশনে অস্থির তুমি মহৌষধ লও ।
সংসার সুখের সিন্ধু নাহি চারি একবিন্দু
আমিত্ব ত্যজিয়া তুমি সহাসুখী হও ।।
আমিমুক্ত অভিমানে জাগেমুক্তি জীব প্রানে
বদ্ধ অভিমানে জীথাকেবন্ধনেতে ।
যেমতি বাহার মতি তেমতি তাহার গতি
ধ্রুব সত্য ইহাসব জানিহ নিশ্চিতে ।
সাক্ষী রূপ আত্মা বিভু বন্ধ নহে সেই কভু
এক চিৎ স্বরূপ সর্ব্ব ক্রিয়াতীত ।
নিঃ সঙ্গী নিস্পৃহ শান্ত কেন হয়ে হেন ভ্রান্ত
সংসারে সংসারী সেজে ভ্রমেতে পতিত ।।
হায়রে আমি যে নিতা ত্রিগুনী তীত সত্য
শান্ত শুদ্ধ সত্য জ্ঞান নিত্য নিরজন ।।
ভ্রমে হয়ে বিড়ম্বিদ মায়া মোহ বিগলিত
অজ্ঞানান্ধ কারে কত দেখেছি স্বপন ।।
হায় রে দেহের তরে মায়া মোহ আছে ভরে
এই ভ্রান্তি শ্রান্তি ক্লান্তি করি পরিহার ।
কর্ম্ম করি সুকৌ শলে আত্মযোগবুদ্ধিবলে
দেখাচাই মহাসত্তা পরমাত্মাসার ।।
ফেনিল বুদ্‌বুদ্‌ আর চেউ রাশি স্তুপাকার
বিনির্গত বারি হতে বারি ভিন্ননয় ।
বিস্বদেসি সেইমত আত্মা হতে বিনির্গত
আত্মা চারি নাহি কিছু আত্মা বিশ্বময়

বস্ত্র মাত্র এ ধরায় সূত্র মাত্র আছে তায়
বুনে মাত্র তন্তরায় ইচ্ছা অনুসারে।
এই বিশ্ব সেইমত আজ্ঞা সূত্রে নিয়ন্তিত
গড়িয়ে বিকৃত মন প্রাকৃত আকারে ।।
ইক্ষুরস মিষ্ট অতি শর্করাজ অস্থিতি
অনুতে অনুতে ব্যাপ্তঅবিচ্ছেদনয়।
ওইলে সেরূপ লিপ্ত এবিশ্ব তোমাতে ব্যাপ্ত
এই বিশ্ব মাঝে কিছু আমা ভিন্ননয় ।।
অজ্ঞানের কুহেলিকা এইবিশ্বে আছে মাখা
অজ্ঞানে বিকৃত বিশ্ব আমাতেই রাজে।
কিনুকে রজতে বাঁধা রজ্জুতে সর্পের বাঁধা
মরীচিকা যেন দেখি মরুভমি মাঝে ।।
তরঙ্গ জলেত ভাসে নিশে জলে যথা শেষে
স্বর্ন অলঙ্কার গলে স্বর্গে মিশে যায়।
আমাহতে বিশ্বহয় আমাতেই বিশ্বলয়
শতে শতে কুম্ভ যথা মাটিতে মিশায় ।।
ব্রহ্মা আদি মরি লেত্ত বিশ্ব শত বিনা শেত্ত
যায় বিনা শের কভু সম্ভব নারয়।
হায় কি বলিব আর ধ্বংস কভুনাহিযার
আত্মারূপী আমাকে জানি তেই হয় ।।
হই আমি দেহবান হই আমি মহাপ্রান
আত্মা রূপে ব্যাপি য়াছি অখিল সংসার
কোথাও ত নাহি যাই কোথা হতে আসি নাই
এ হেন আমাকে আমি করি নমস্কার ।।
আমার বলিতে আর কিছু মাত্র নাহি যার
নয়ন বচন কিংবা মনেতে যাধরি।

যাহা আছে এ সংসার সবই যার অধিকারে
এ হেন আমাকে আমি নমস্কার করি ॥
জানা বা কি জানিব কি কে জানিবে বলদেখি
কিছু নাহি জানাজানি অজ্ঞতার ফলে ।
দেখায় যে জানাজানি আমিত তা নাহি জানি
বিশ্বরূপে আমি সেথা বিরাজি সকলে ॥
এ দেহত আমিনয় দেহ কি আমার হয়
শিব নাই জীব নাই চিন্ময় কেবল ।
জীবনে মমতা মম বিষয় আশ্রয় ভ্রম
গলায় আঁটিয়া রাখি কঠিন শৃঙ্খল ॥
অবিনাশি নিত্য আত্মা অদ্বিতীয় পরমাত্মা
তত্ত্বে তত্ত্বে সুধাভরা সত্য জানি অতি ।
বিশুদ্ধ চৈতন্য সত্তা পরম সুন্দর আত্মা
জানিয়া শুনিয়া তবু সবে ভ্রান্তমতি ॥
কামনায় লালয়সা কলুষিত করে হায়
কালিমায় নিষ্ককঙ্ক চন্দ্রমাবদন ।
ভাবন কখন মনে কল্পনার কিবা আনে
চৈতন্যই এক মাত্র জীবের জীবন ॥
অদ্বৈত জ্ঞানে তেমন করি যাও সংস্থাপন
মোক্ষপ্রার্থী জীব পুনঃ কেমন করিয়া ।
আকুল কামের বশে না ভাবিয়া করে শেষে
ধৃনিত কামুক ক্রীড়া মোহেতে মজিয়া ॥
বিশ্বব্যাপী নিজ আত্মা দেখেছেন যে আত্মা
কার্য্যা কার্য্য শুভা শুভ কে করে বিচার ।
করেন তা অনায়াসে যে ইচ্ছা যখন আসে
নিষেধিতে তাঁরে বল সাধ্য আছে কার ॥

ক্ষিতি বায়ু তেজ জল মাঝে বস্ত সে সকল
আব্রহ্ম স্তম্ভ পর্য্যন্ত সর্ব্ব বিষয়েতে।
ব্যোম প্রান জ্ঞানী গনে সর্ব্বকার্য্য প্রশমনে
গ্রহনবা বিসর্জ্জনে ইচ্ছা অনিচ্ছাতে ॥
অহো খেখিছ না তুমি চিন্ময় পুরুষ 'আমি'
মায়া ইন্দ্রজালে বিশ্ব আছয়ে ভুলিয়া।
মন কাছে কিবা হেয় কিবা আছে উপাদেয়
অন্ধে রাই দ্বন্দ্ব করে ভাল মন্দ নিয়া ॥
কেবল দুনিতে কাল স্বপ্নে দেখ ইন্দ্রজাল
এ সংসার প্রবঞ্চক মিথ্যা ভান করে ॥
স্বজন বান্ধব মিত্র ধন-ধান্য-কৃষিক্ষেত্র
স্ত্রীপুরুষ সম্পদ মাদ মুহর্ত্তের তরে ॥
একান্ত বাসনা যাহা ভবের বন্ধান তাহা
বাসনা বিনাশ সিন্ধু মিলিবে নিশ্চয় ॥
বৃথা অর্থত কাম নায় কি ফল ফলিবে হায়
লোক ধর্ম্মে পূন্য কর্ম্মে খুচিবেনা শ্রান্তি।
এ ঘোর সংসারে তাই মনের বিশ্রাম নাই
আত্ম-জ্ঞান জন্মিলেই নিত্য সুখ শান্তি ॥
চিন্তাই দুঃ খের হেতু নিশ্চিন্তা সুখের সেতু
নিশ্চয় অন্তরে ইহা দৃঢ় জানি লও।
হয়ে তাই চিন্তাহীন ক্ষান্ত হত্ত নিশিদিন
ভ্রান্ত জীব শান্ত হয়ে চিরসুখী বত্ত ॥
দেহে ইল কত ক্লেশ বাক্যে তর্কে নাহি শেব
মন চিন্তা অশেষে ক্লেশে ভনুক্ষয়।
পাওযদি আত্মজ্ঞান ভ্রম ভ্রান্তি অন্তর্দ্ধান
হইবে নির্ম্মল চিত্ত সর্ব্বানন্দময় ॥

---

# তৃতীয় তরঙ্গ

## শ্রীহস্তাসলক উপাখ্যান

পুক্লিং চংনা তারসি ভক্ত পুম্নমক ! হাইনিংঙাই লৈত্রবা মমাংঙৈদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা তাখিদ্রিবা ৱারিনি। শ্রীহস্তামলক কৌবা ব্রাহ্মন অমা লৈরমই। অথোইবা ব্রাহ্মনগী আশ্রমদা পোকপনি। শেংলবা ব্রাহ্মনগী শাগৈদা লৈবনি, তৌইগুম্বসুং মহাককি ৱা অসি কনানসু ঙাংনদে। লাইগী নোংদমদগী শঙ্করাচার্য্যগী আশ্রমদা লৈরমই। খংই মহাক অসি অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না মিপাই চাওরমই। হংই মহাকপু ভক্তনা নহাক কনানো ? কনাগী মচানো ? কদাইদা লৈবনো ? য়েংবদা নহাক অসি সহায়-উপাই লৈতবা ওইনা ওই, নহাক্কি পরিচয় খংবা পামই, নহাকপু উরগা পুক্লিং অসি পেল্লিবনি। হস্তামলকনা অঙাং অদুগী ৱা অদু তারি। ঐ অসি মী নত্তে, দেবতাসু নত্তে, যক্ষ রক্ষসু নত্তে, শূদ্রসু নত্তে, ঐগী য়ুম লৈতে বন্দা লৈবসু নত্তে। ভিক্ষারী ব্রহ্মচারী ওইবসু নত্তে, ঐবু ব্রহ্মচারি অমা ওইরমগনি হায়বসু খল্লুগনু। নিত্যনি, সত্যনি, ঐগী ৱাখন 'আত্মা' বোধনি ঐদি। নুংশেন্দা ঐগী মী শেংনা উবগুম্বনি, বদনগী ছায়া ২ শুদবনি অতোপ্পসু নত্তবনি উরিবনি খংলিবনি। জীবগী মিংদা মী, ছায়া অসি অচৎ চত্তনা লোইনা খংনরিবনি। জীব নত্রগা ছায়া জীবনি ঐ নত্তে, ঐ অসে নিত্যনি সত্যনি আত্মা জ্ঞান ময়ানি॥ নুংশেন অদু লৈত্রবদি ছায়া লৈরোই, মাই অসি নত্তবা অমা উবা ফংলোই, হাইরিবা অসি বুদ্ধিগী লৌশিংগী পোৎনি দর্পননি। মরম অসিনা আত্মা জ্ঞানদি তরু তরুবনি। তৌইগুম্বসুং মনগী 'মন' মিৎকি 'নয়ন' নাতোন উনসা মিৎ নাকোং মনগী ধর্ম্মনি।

সাধনা কয়া তৌরুদুনসু হেক খংবদি ৱাগনি। অসিগুম্বা শেংলবা বুদ্ধি হাইবসি সমুদ্রগুম্বনি। নিত্যনি সত্যনি উপলব্ধি সুনির্ম্মনি অসিগুম্বা চৈতন্য এক মাত্র চিৎ আকাশনি। মতম চানা হৌগৎলক্লবদা মহাক্কি

মঙান সিন থুংবনি। নুমিৎ মঙান মখল মখা অয়াম্বা পুখ্রি তুরেন গুহা তোঙান তোঙানবনি। বুদ্ধিনা মখল মখা তোঙান তোঙান্না উবদনি তোঙানবদি নত্তে। অসিগুমবা ঐ হাইবা মহাতত্ত্ব অসি জ্ঞানগী মপৈনি। মহাসত্তা অমত্তা ওইবা পরমাত্মা মাংবা লৈতবনি। সূর্য্যগী মঙান অসিগুম্না মিৎকিসু মঙাননি, মরম অসিদগী মিৎকি মঙান্না ফোংদোক্লগা ভুলোগ খংলিবনি। মতৌ অসুম্না থমোই পুক্লিং উবদি পুন্নমকনি। মঙানগী মহাসূর্য্য জগৎকি মঙাননি। সূর্য্যগী মঙান্না অমম্বা মাংহল্লি নিত্য সত্য আত্ম জ্ঞান সূর্য্যনা মঙান ফোংদোকই, ঈশিংগী জালনা জগৎ অসিগী দৃষ্টি পথনি খংদবা অজ্ঞান্না কুপখিদুনা কুপখিবনা মঙান ফংদবনি। মতৌ অসুম্না নিত্য মুক্ত ওইবা মতম য়াম্না চংলিবনি। য়েংবদা অমম্বগী মতৌগুম মমলিবনি। ঐনা বিশুদ্ধ বুদ্ধি ওইরবদা আত্মা খংগনি মাংবা লৈতবনি। মতুং মতুংদা মহাক্লা খল্লকই সংসার অসিদা এক মাত্র হকচাং অসিনদি করি তৌনি। মতম চুপ্পদা সর্ব্বব্যাপী পুন্নমক সিনথুংলিবনি মহাক্তি। অশেংবা অদুতং ফোংদোক্কে হাইবগীদমক, অমকপা লৈতবা শুদ্ধবুদ্ধি লৌবনি। নিত্য আত্মজ্ঞানগী মশকনি ১০০/১০০ রক খন্নগনি শঙ্করাচার্য্যান ফংখি তত্ত্বজ্ঞান অসি ভক্ত ওইবা মীনা অসিগুম্বা তত্ত্ব অসিতবু খংবনি লৌবনি।

---

## চতুর্থতরঙ্গ

### মোহমুদগর

অচৎচত্তা সংসার অসিদা "সঙ্কর আচার্য্য" অফাওবা অমনি। অমম্বনা কুপশিল্লবা অজ্ঞানগী ঋাংমদা লৈবনি। সংস্কৃত ভাষাদা তত্ত্ব উপদেশ কয়া তৌরিবনি। অসিগুম্বা ভাষা অসিগা লোইননা পোক্লকপনি মাদি। পংলবা মীনা ধন লোভগী অয়াম্বা অসি থদোককদবনি, লোইননা কর্ম্ম অসিতবু তানসিনগনি। মসিদা পেছোকপা "চিন্তাদি" থাদোকনি,

লন হাইবসি কানদবনি। পুক্লিংদা লেপকনি, মসিদা নুংঙাইবা করিসু লৈতবনি। লন খল্লুরবদি অৱাবা কয়া অকিবা কয়া নংলিবনি, শান্তি লৈতে অঙাওবনা মতম চুপ্পদা পোত্থাবসু ফংদবনি। নুপী অঙাংদতা পুক্লিং চংখিদুনা মতম লেল্লিবনি। অতোপ্পা ৱাখল অমুক তৌরুগনু। করম্বা থবকপু খল্লিবা করি তৌবা পামলিবা। লাকলবদা সংসার অসিদা তত্ব খংনবা থিবা তাই ॥ নিত্য সত্য আত্মতত্ত্ব খংবা থমোইদা লেংদনা থম্বা অনিবারনি। লেংদনা লৈয়ু য়ারোইদবা লন খর অদুতবু চিন্তা তৌদুনা অরেম্বদা মতম মাংলিবনি। অসিগুম্বা মীশিং অসি অৱাবতনা চাকলি। অহল ওইরকপা মৃত্যু শিব অনাবা অৱাবা কয়া অসি ভোগ তৌদুনা লৈরিবনি। ধন-জন-যৌবনগী গর্ব্ব নাপন্দা করি ফল ফংগনি। মিৎকুপ্তা খাক হৌবা লৈতনা মাংখিগদৌবা মতমনি। মপান নাইদ্রবা সংসার মায়ানি। ব্রহ্ম পদ ফংনবা হোৎনসি যত্ন তৌনা ॥ কাম ক্রোধ লোভ মোহগী পরিহারনি শানরিবনি। ঐ কনানো কনানা কনাগীনো খংগদবদা হাইবা ঙমলোই। মায়ানা ঙাওরবা পংলবা মী আত্মাতত্ত্বদি খংদবনি। ভুলোক অসি নরক্তা তাররি অহিং নুংথিলদা॥ অরেম্বদা খেলা ধুলা তৌদুনা মায়াগী জাল অসিদা। যৌবন যুবতী কয়াগা লোইননা মতম কয়া মাংলিবা। অহনগী মতম ওইরক্লে নানা চিন্তা তৌরিদো। করি ৱাখল তৌদুনা নিত্যব্রহ্ম অনিত্যরা ? প্রাতসন্ধ্যা দিবা রাত্রি শীত অমসুং সন্ত। হন্না হন্না ওইরকই চৎখিনি খংহৌদে কনানা। হেলা খেলা তৌদুনা য়েংউ পরম আয়ুদি চৎখি। অদুম ওইনমক আছ্যাগী নেশাদি থাদোকপা ঙমদে। দেহ হকচাং মন্থরকই অহল ওইরকই মুরম্বা শম ঙৌরকই। য়া তেকশিলকই মাইথোংগী ফজবা মাংশিল্লকই। চথোক-চশিন্দা ঙমলক্তে চৈদা ভারি পিরকই।

অদুম ওইনমক অরোইবগী চিন্তা ৱাখলদি খক তৌদে খংদে থম্বান মনাদা করিগুম্বদা ঈশিং লৈয়ু য়াদবনি। জীবগী জীবন অদু তল মল তৌদুনা লৈরিবনি। ক্ষন মিকুপ্তা ওইরবসু সংসার থাদোকপা তমউ সাধু সঙ্গ

কানগনি। ভবার্নব সংসার সমুদ্র অসিদা তাওরিবনি ঙর্মখৈ ফংনবা লাম্থোক্লবা হোৎনগনি। পোক্লবদি সোইদনা শি মিংচৎ অথিবসিদি কদাইদা। অমুক লাক্কনি পোকনি মুন্না ব্রাখল তৌবা ফৈ। অসিগুম্বা অথোইবা অষ্টাচল সপ্ত সমুদ্র। ব্রহ্ম ইন্দ্র চন্দ্র শূর্য্য অমসুং রুদ্র (শঙ্কর) মহাদেব।। নং ঐ হাইরিবা পুম্নমক অসি মায়ানি লৈহৌগদবা অমত্তা য়াওদবনি।

মরম অসিদগী ব্রারুগদবা মতিক চাদবনি। মতম অসিদা উগী মরুদা হাইবদি উখোং ব্রাখোংদা দেব লাইগী মন্দিরদা লৈবা। অমদি ভুমিশয্যা তৌদুনা একান্ত ভাব তৌদুনা লৈরো। শক্র য়েক্লবা চানবা মরুপ মপাং অমদি সমন্ধি অমদি মতম অসিদা যন্ত্র তৌনা মায়া ফাজিল্লু থাদোক্‌উ পুক্লিং চংগনু।। অরোইবা মতম অসিদা মোক্ষ ফংনবা হোৎনরো। জীব পুম্নমক্তা মানবা ব্রাখল খন্দুনা বিষ্ণুপদ ফংনবা চংসিল্লু। মায়া মোহ থাদোকউ বিষ্ণুবু কাওরগনু নিংউ পুক্লিং চেৎনা। বিষ্ণু চরন ফংগে নিংলবদি পুকেচন শেংবা তায় ঐ-মা থাদোকপা তাঁই একান্ত ওইবা তমগনি তত্তনা চংসিনগনি অব্রাবা কয়া থেংনগনি অইং-অশা থাদোকনি নিংহন্নবা তৌরোইদবনি নত্রবদি বিষ্ণু ফংঙমলোই।।

---

## পঞ্চম তরঙ্গ

### আচার্য্যের উপদেশ

রাজৈশ্বর্য্যমদোন্না দ্ধোন শ্রেয়ো বিন্দতে নৃপঃ।

তন্ময়া মোহিত নিত্যঃ মন্যতে তেসম্পদোঽচলা ঃ।।

নিংথৌ ওইবনা নিংথৌগী ঐশ্বর্য্য সনা লুপা সগোল শামু রথ দোলাই পুম্নমক অসি উবদা অনিত্যবু নিত্যানি খন্দুনা লৈরিবনি। ঙহাক লৈরম্লগা মাংখিগদবা কানদ্রবা সনা লুপা ঐ শ্বর্য্যবু সম্পত্তিনি পুক্লিংনা

চেৎনা নিংলি। ঙসিদি লৈবা য়াই হয়েংগীদমক্তি খংদ্রিবনি। হকচাং পোলাং দেহ অসিবু ঐনি, ঐগীনি খল্লি, ঐ কনানো করি পোৎনো হাইবসি নোংমতসু খন্দে। সংসার মায়ানি। সংসারগী আহার বিহার অন্ন পান স্ত্রী পুত্র অসিদা লননি ঐগীনি খন্দুনা লৈরিবনি। কয়াদা ফজথ্রবা পৃথিবীনো ? চাংদমনিংঙাই লৈতনা ফজরিবা ভাণ্ডার অসিদা মধুতনা সিন্থরি। মাইকৈ মরিমক্তা মধু মধু মধু ঙাক্তনি প্রকৃতিগী মাইকৈদা য়েংখিদরে ঐগী করি পোৎ ঐগীদমক্তা করম্বা মহাবস্তু লৈরিবা হাইরিবশিং ঐনা উখিদরে, উরবসু পামখিদরে। ঐনা রত্ন মাংহল্লি কানদ্রবা লিক্লিবুদি অথোইবনি খল্লি। ঐ কনানো ? ঐঙোন্দা করি পাঙ্গল লৈরিবা হে মন মসিমক য়েংলসি ঃ–

আমি আমি করি বুঝিতেনা পারি
কে আমি ? আমাতে আছে কিরতন।
কোন শক্তিবলে বেডাই চলে বলে
যার অভাবে হবে এ দেহ পতন ॥

দেহ অসিতদা লৈ, প্রানগী সঞ্চারদি, মসিদা হাইরি ঐগী ঐগী প্রান চৎখরে, শরাকার ওইরে অহিংনি অথেংবা মংওইরে সংসারনি।

প্রান থৱাই ঐগীনি নিংলি। প্রান নহাককিনি, প্রান অসি নহাকনি, প্রানগী জগৎনি "সর্ব্ব ময়ং প্রান জগৎ" প্রান লেংদনা লৈহল্লো।

গীতাগী আত্মা আত্মা হাইবসি তারসি, কণ্ঠদা লেংদনা লৈবা আত্মা অসি কনানসু খংদে, খংবা ঙমদে আত্ম দর্শন কনানসু উবা ঙমদবনি অসিগুম্বা আত্মা প্রাননি। ঐখোইনা ঠাকুব পতিষ্ঠা তৌরি, তৌইগুম্বসুং ঠাকুরগী প্রান প্রতিষ্ঠা নত্তে। লৈপাককি ঠাকুর লৈপাক্তা লৈবনি। ঠাকুরগী প্রান প্রতিষ্ঠা ওইরবদি অদু ওইরবদি, ঠাকুর মাংদা লৈগনি– ৱা অসি হায়খরে। প্রান করি পোৎনো ?– লেংদবরা ? অমর ৱা মাদু ওইথোক্ত। ভগবানগী প্রান প্রতিষ্ঠা তৌরো অদু ওইরবদি প্রান তিনরবনি।

প্রানহি ভগবান ঈশ্বর প্রানঃ বিষ্ণুঃ পিতামহ।
প্রানেন ধার্য্যতে লোকঃ সর্ব্ব প্রানময়ং জগৎ ॥

অসিগুম্বা অমৃত অসি আস্বাদন তৌরগা ঋষিশিংনা হাইবনি –

মধুবাতা ঋতায়তে মধুক্ষরন্তি সিন্ধবঃ।
মাধ্বীর্নঃ সন্ত্বোষ ধীঃ।
মধুনক্তমু তোষসো মধুমৎ পার্থিবং রজঃ।
মধুদ্যৌরস্তনঃ পিতা ॥
মধুমান নো বনস্পতি মধুমান অস্তু সূর্য্য।
মাধ্বীর্গাবো ভবন্তনঃ। মধু মধু মধু ॥

নুংশিৎ পুন্নমক খোইহি থুম্না শিংখরে, ঈশিং পুন্নমক খোইহি ঙাক্তা সিহ্বরে, ঐখোয়গী বৃক্ষলতা পুন্নমক মধু খোইহি ঙাক্ত ওইখরে। সূর্য্য অমসুং সম্বী পুন্নমক মধু ঙাক্তা ওইরসনু, মধু মধু মধু ॥

ওঁ শান্তি।

---

## ষষ্ঠ তরঙ্গ

### দেহ তত্ত্ব বর্ননা

ভূঃ ভূর্বঃ স্বঃ হাইরিবা অসিগুম্বা মরোন অহুমগী মনুংদা মখল কয়াগী জীবা লৈরিবনি। নদনদী, সমুদ্র পর্ব্বত, ঋষি, দেবতা গ্রহ, নক্ষত্রনচিংবা লৈরিবনি। পুন্নমক অসি ঐখোইগী দেহ মনুং অসিদা সুক্ষ্ম ভাবতা লোইনা ঙান্দুনা লৈরিবনি। পৃথিবী জল, অগ্নি, আকাশ অমসুং বায়ু অসিগুম্বা পঞ্চমহাভুত অসি দেহ অসিগী মনুং লৈরিবনি।

পঞ্চভুত অসিদগী শরীর অসি সেম্বা ঙম্লিবনি, শুক্র, শোনিত, খজ্জা, মাংস, অস্থি, মেদ অমসুং ত্বক উনশা অসিগুম্বা সপ্ত ধাতু অমসুং

ক্ষুধা তৃষ্ণানচিংবা শরীরগী ধর্ম্ম অসি পোকথ্রিবনি। অসিগুম্বা পঞ্চ ভৌতিক দেহ্ অসি নির্জবনি (হাইবদি থৱাই য়াওদবনি) অমসুং জর স্বভাবনি (চিংনুংগুম্বনি) তৌইগুম্বসুং হাইরিবা অসিদা চৈতন্যগী মশক ওইবা জীবত্মাগী লৈফম ওইবনি, হাইরিবা অসিদা চেতনগী মতৌগুম্না ফোংদোক্লা লৈরিবনি। দেহ্ অসিগী মনুংদা পঞ্চভুতা অসিগী তোঙান তোঙানবা লৈফমনি। হাইরিবা মফমশিং অসি থম্বান নত্রগা চক্র (নাড়ীচক্র) নি হাইরি ॥

গুহ্য দেশতা মুলা ধার ওইবা চক্র অসি পৃথিবী তত্ত্বগী মফমনি। লিঙ্গ মুলদা স্বাধিস্থান চক্র মহাক্কি লৈফম জলতত্ত্বগী মফমনি। নাভি মুলদা মণিপুরচক্র অগ্নি তত্বগী মফমনি। হৃদ্দেশ থমোইদা অনাহতচক্র বায়ু তত্বগী মফমনি। কন্ঠদেশতা বিশুদ্ধ চক্র আকাশ তত্বগী মফমনি। যোগী ঋষিশিংনা অসিগুম্বা পঞ্চচক্র অসিদা পৃথিবীনচিংবা পঞ্চভুতকী ধ্যান তৌদুনা লৈরিবা মফমনি। অসিগী মথক পিশুম ২ গী মরক্তা আজ্ঞাত চক্র লৈবনি মহাক অদু পঞ্চতম্মাত্রনি, ইন্দ্রিয় তত্ব চিত অমসুং মনগী মফমনি। তদূর্দ্ধে মথক্তা জ্ঞানচক্রদা অহং তত্ত্বগী মফমনি, মসিগী মথক ব্রহ্মরন্ডদা মনা ১০০ পানবা চক্রদা মহৎ তত্ত্বগী মফমনি। মীওইবা দেহগী গুহ্য দেশওগী খুদোন ২ গী মথক্তা অমসুং লিঙ্গ মুলদগী খুদোন ২ গী মখাদা খুদোন ৪ পাকপা যোনি মণ্ডল লৈরিবনি। অসিগী মথক্তা মরুওইখ্রবা পদ্ম থম্বান অমা লৈরিবনি। মসিগী মচুদি খজিক্তং ঙাংবনি অমসুং ১৪ মনানা তিম্বনি। মসিগী মনুংদা ব্রহ্মনাড়ীগী মরুদা ঙাংশং ঙাংবা সূর্য্যকোটিগী মঙান্নতিনবা স্বয়ম্ভুর লিঙ্গ লৈখ্রবনি। মহাক্কি মশা অসি অহুম তঙ্খাই কোনশিলগা লিনগী মওংদা কুলকুণ্ডলিনী শক্তি ওইনা ঙান্দুনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা কুলকুণ্ডৎলিনী অসিগী মনুংদা চিৎশক্তি ওইনা ঙাল্লিবনি। মহাক্লা মশাগী মমৈবু মশাগী ময়াদা হাপ্লগা সুষুম্না নাড়িগী থোং অদুদা থিংলগা তুমদনা লৈখ্রবনি। লিঙ্গ মুলদা

মনা ৬ পাম্বা মফম অসি মহাক্কি লৈফমনি। নাভি দেশতা মনা ১০ পানবা মণিপুর পদ্ম লৈরিবনি হৃদিদা মনা ১২ পানবা অনাহত পদ্ম লৈখরে। মসিমক বান লিঙ্গ শিবগী 'হংস' তত্ত্ব জীবাত্মা লৈখ্রবনি। কন্ঠদেশদা মনা ১৬ পানবা শেংলবা পদ্ম অমা অমসুং অসিগী মনুংদা মনা ২ তা পানবা আজ্ঞাপদ্ম থম্বান অসি লৈরিবনি। অসিগুম্বা আজ্ঞাপদ্ম অসিগী মথক্তা ঈড়া পিঙ্গলা অমসুং সুষুম্না নাডীগি তিনফমনি ওইরিবনি। মসিগী মমিংবু ত্রিকুটী নত্রগা ত্রিবেনী হাইনা খংনরিবনি। ত্রিবেনী অসিগী মথক্তা সুষুম্না মুখগীনা মখাদা অৰ্দ্ধচক্রাকার মণ্ডল অমা লৈ। হাইরিবা অৰ্দ্ধচক্রসিগী মথক্তা মঙান কয়ানা তিম্বা বিন্দু অমা লৈ। বিন্দু অসিগী মথক্তা মথক্কি মখা থংবদা দণ্ডকারন্যনদ অসি লৈরিবনি। য়েংবদা অঙকপা তেজ মঙান্না তিম্বা রেখা দণ্ডায়মাননি। মসিগী মথক্তা ঙৌরোক ঙৌবা ত্রিকোন মণ্ডল অমা লৈ। মসিগী মনুংদা শক্তিগী মশক ওইবা শিবাকার, হকারাৰ্দ্ধ অসি লৈবনি। মফম অসিদা বায়ুগী থবক ক্রিয়া লোইরে। অজ্ঞাতচক্র অমদি জ্ঞানপদ্ম আত্ম প্রতিবিম্বগী মঙান দর্শন উরবনি।

তালু মুলদা রক্ত বৰ্ন চৌষট্টি মনানতিম্বা ললনাচক্রগী লৈফমনি। অসিগুম্বা থম্বান অসিদা অহং তত্ত্বগী মফমনি। মসিগী মথক্তা ব্রহ্ম রন্ধ্রদা ঙৌরোক ঙৌবা মনা ১০০ না তিম্বা গুরুচক্রগী লৈফমনি। অসিগী মনুংদা মঙানগী মশক ওইবা কামকলা মুৰ্ত্তিগী মকোক মথক্তা চৈগী মশক ওইবা মঙান কয়ানাচিম্বা নাদগী মথক্কি শরুক্তা মৈখু পক্তবা মৈগী শিখা শীৰ্ষস্থান্দ 'হংস' পীঠদা শ্বেতবৰ্ন রক্তবৰ্ন গুরুবীজ 'ঐ' অসি লৈরিবনি।

অসিগী নাকন্দা অথোইবা গুরু দেবগী গ্রন্থিগা লোইননা লৈখ্রবনি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা কিঞ্জল্ক শ্বেতবৰ্ন সহস্রদল পদ্মে অসিদা সহস্রদল পদ্ম অসিদা পরমাত্মাগী লৈফম ওইরিবনি, ওইরি।

ভৌতিক দেহ্ অসিনা থবক তৌবা গুম্নবগীদমক মরু ওইরিবা চক্র অসিদগী অহানবা ওইনা সাড়ে তিন লক্ষ নাড়ীনা শরুগী মশক ওইনা দেহ অসিগী মনুংদা মনুং মপান সিনথুংনা ওত প্রোত ভাবতা শিন থুংনা লৈরগা অঙ্গ প্রত্যঙ্গগী থবক পুম্নমক তৌদুনা লৈরিবনি। মসিগী মনুংদা ঈড়া-পীঙ্গলা সুষুম্না গান্ধারী হস্তি জিহবা কুহু-সরস্বতী পূষা শঙ্খীনি, পয়স্বিনী, বারুনী, অলম্ভুবা, বিশ্বোদরী অমসুং মমিংশিং অসি কৌবা নাড়ী ১৪ অসিনা প্রধান ওইরিবা অহানবগী অহুম হাইবদি ঈড়া পিঙ্গলা অমসুং সুষুম্নানি।

সুষুম্না নাড়ী মুলাধার পদ্মদগী হৌগৎলক্লগা নাভি মণ্ডলগী তিম্বাকার নাড়ীচক্র অসি লৈ, মহাক্কি ময়াইমক্তুদা থিঙ্গৎলক্লগা ব্রহ্মরন্ধ্রগী মখা ফাওবা চত্তুনা লৈ। হাইরিবা মুলাধার চক্র অসিদা সুষুম্নাগী ওইরোম থংবা শরুক্তগী হৌগৎলক্লগা মথং মনাও নাইনা লৈরিবনি, মনিপুর, অনাহত অমসুং বিশুদ্ধচক্রদা লিরুংশানা কোইশিল্লগা, ঈড়া দক্ষিন নসাপুটদা অমসুং পিঙ্গ লান বাম নামাপুট থুংবা কাওবা চত্তুনা লৈ।

মেরুদণ্ড রন্ধ্রগী মনুংদা সুষুম্না নাড়ী অমসুং মেরুদণ্ডগী মপানগী শরুক্তা ঈড়া অমসুং পিঙ্গলা শিংলি ২ অসিনা চত্তুনা লৈরিবনি। ঈড়াবু গঙ্গা, পিঙ্গলাবু যমুনা অমসুং সুষুম্নাবু সরস্বতীনি হাইরিবনি। আজ্ঞাচক্রগী মথক্তা হাইখ্রবা নাড়ী অহুম অসি তিনফম অসিবু ত্রিবেনী সঙ্গম কৌরিবনি খংনরিবনি। অমুক হন্না কনা কনাগুম্বনা হাইরিবা অসিবু চন্দ্র সূর্য্য অগ্নিনি হাইনা হাইনরি। মুলাধারদগী হৌগৎলক্লগা কুহু নাড়ি মেরুদেশ ফাওবা যশস্বিনী নাড়ীনা য়েৎকি পদাঙ্গষ্ঠ ফাওবা চত্তুনা লৈরিবনি। হস্তিজিহবান বাম পদাঙ্গুষ্ঠ ফাওবা লৈ। পুষা নাড়ীনা য়েৎকী মিৎ ফাওবা, পয়স্বিনীনা য়েৎকী নাকোং ফাওবা অমসুং বারুনী মথক মখা সিনথুংনা দেহগী মফম সিনথুংনা চত্তুনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা নাড়ীশিংলি পুম্নমক অসিদগী মথং মথং মখল মখা অয়াম্বা নাড়ীনা মপানগী শরীর পুম্নমক সিনথুংনা লৈরিবনি চৎলিবনি।

সুষুম্নাগী মনুংদা ব্রজনী কৌবা নাড়ী অসিনা মখাগী শরুক্তগী কোক ফাওবা শিনথুংনা লৈরিবনি। ব্রজনী মনুংদা চিত্রানী কৌবা নাড়ী শিংলি অমা লৈ। অসিগুম্বা চিত্রানী অসিগী মনুংদা বিদ্যুৎ বর্ন নোংথাংগী মচু মানবা লংলবা ফজখ্রবা য়াম্না কুপখ্রবা ব্রহ্মনাড়ীগী মুল আধারনি, মহাদেবগী মুখবিবরন্দগী থোক্লকলগা লিশিংলক চত্তুনা লৈ। অসিগুম্বা নাড়ী অসিদা অরোইবা ফল ফংলিবনি অরোইবনি। অসিগুম্বা ব্রহ্মনাড়ী অসিগী মনুংদা চৎলগা আত্মা সাক্ষাৎ কার ফংলিবনি।

মথক্তা হাইরিবশিং অসিবু মুন্না খংনিংলবদি সদগুরুগী কৃপাতনা ফংগনি। যোগী ওইগনি অমসুং সাধু পুরুষগী উপদেশ সোইদনা লৌবা তাবনি। সদ সঙ্গ নত্তনদি ঋাগনি ফংবা, মতম্না লোইখিগদবা ঙাক্তনি, মন বুদ্ধি কায় অহম অসিনা অমত্তনা ওইনা চিংলবতদা লাকনি সোইদনা ফংগনি তনগনু ইতি –

লোইরবা

(ওভাই) ঘুরলে ভূবন, পাবিনা সে ধন
জ্ঞান নয়ন না ফুটলে পরে।

বাইরেতে খুজলে
পায়না রে যুগ যুগান্তারে।

নাভীর গন্ধে আকুল প্রান
পায়না মৃগ সে সন্ধান,

হরি আছে গাভীর দেহে
গাভীকিতা জানতে পরে।

জ্ঞানাঞ্জন শলাকা দিয়ে
মোহের ঝাপসা দেয় ঘুচারে,

রাহুর গয়াস যুক্তা হয়ে
        উঠরে ভানু উজ্জল হয়ে।
ডানে বাঁরে আগে পিছে
        সেতো তোমার সঙ্গই আছে,
(ওসে) নয়কো দুরে দেখবি কাছে,
        গুরু কৃপা হলে পরে ॥

ওঁ শান্তি (৩)

শান্তিনা শান্তিঃ কথ্যতে নতু শান্তি কি করোতি।

শান্তিপ্রদানেন মানবাঃ সর্ব্ব কর্ম্ম সাধনম্ ॥

— ইতি —

